


ঐখোয়দি কনাগা লৈহৌনি

নাওরেম ইবেম্মু (মেম্মা) দেবী
ককচীং চুম্নাং লৈকাই, দিপা মনাক
মনিপুর (৭৯৫১০৩)



অহানবা ফোঙবা : এপ্রিল ১৮, ২০১০ ইং, নোংমাইজিং।

কোপী মশীং : ৫০০

অফোঙবা : সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীং
মনিপুর।

মখূম য়েকপা : ব্রহ্মচারিময়ুম লিম্থোইঙম্বী দেবী

মমল : ৯৯/-

নম্ফম : টাইমস ওফসেট প্রিন্টর্স, ককচীং।

# ৱাহৈ খরদং

সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীং অইবা/অইবী শিংগী অচৌবা মীথুংশঙ অমনি। উনফমনি। কয়া অমা চৎখ্রে। কয়া অমা লাকখিনি। চেন্থখ্রবা মতমগী ঈচেলবু লেপ্তুনা য়েংহৌরিবা অমদি নৌনা থুংলগদবশিংবু ওক্কদবগী ঙাইরিবা তোর্ব্বানগুম সমিতিদি লৈহৌরগনি।

নাওরেম ইবেম্মু (মেম্মা) দেবী মীথুংশঙ অসিদা নৌনা থুংলবী অইবীনি। মহাক্না লাকপদা ৱারী কয়া পুরকই, তাহল্লি। হেন্না ফবা, ঈংতপ্পা, নুঙাইরবা তাইবংপান অমদা চিংদুনা পুবা ঙম্বা ৱারী মহাক্কী খূদোলশিংগী মরক্তা য়াওবা ওইরসনু।

সাহিত্যগী ৪৩ শুবা মপোক কুমওনগী সাহিত্য মনাশিং লান্থোকপা নুমিৎ তাং ১৮/০৪/২০১০ নোংমাইজিং অসিদা মহাক্কী ৱারীমচা মঙা য়াওবা লাইরিক "ঐখোয়দি কনাগা লৈহৌনি" সমিতিনা মসিগী ১৯ শুবা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপা ঙমজবসি অফোঙবা অমদি অইবী অনীমক্কী নুঙাইরবা কাউঙম্লরোইদবা থৌদোক অমা ওইহৌরগনি। লোয়ননা মনিপুরি সাহিত্যদা অনৌবা মৈরা অমসু চূখৎপা ঙমজরবনি।

তাং ০৮/০৪/২০১০
ককচীং

পৃথ্রম্বম রাজেন্দ্র সিংহ
সেক্রেটবি
সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীং

# অইবগী ৱারোন

“ঐখোয়দি কনাগা লৈহৌনি” হায়না মিংথোনবা ৱারী মচা মঙানা শাবা লাইরিক অসি খূৎই ওইনা লৈরিঙৈদা অমুক্তং পাবীয়ু হায়জরুবদা অচিনবা কয়া কাইথোকপিরগা লাইরিক অসিবু থৱায় হকচাং য়াওনা পাবীরকখিবা ওজাশিংদি সাহিত্য একদেমি এৱার্দি হিয়াংলমগী ওজা মাইবম নবকিশোর, অদি ককচীং তুরেন ৱাংমা লৈকাই মনারৈ পরেংগী ওজা ক্ষেত্রিময়ুম ইবোচাউবা, লোয়ননা ককচীং ঈরুম নিংথৌ পরেংগী ওজা ক্ষেত্রিময়ুম চাওবা অমদি খা মনিপুর কোলেজ, ককচীংগী ওজা নাওরেম ইবোচৌ ককচীং চুম্নাং লৈকাই, লোয়ননা ককচীং খুনয়াই লৈকাইদগী ওজা নাওরেম অমুয়াইমা হায়রিবা ওজা মঙা অসিনা লাইরিক অসিবু বনাননচিংবা চুমথোকপিবতা নত্তনা মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়াসু তাকপিদুনা ঐবু মীৎ-নাকোং ওইহনবীরকখিবা ওজা মঙামক্কী মফমদা হন্দাক মপোক অসিমগী শিংঙম্লরোইদ্রবা লমন কয়া তোনশিঞ্জরে। লোয়ননা মশাগী ওইজবা পূন্বা থাদোক্তুনা সমাজগীদমক কৎথোকপদা মথৌ ওইরবা ককচীং ফৌশুপাৎ লৈকাইগী য়াম্বেম সত্য সিংহ ওজা অসিনসু লাইরিক অসিগী মরমদা অফ-ফত্ত খন্নমিন্নদুনা অফবা পাউতাক কয়া তাকপিরকপা ওজাবুসু হন্না-হন্না থাগৎচরী।

লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপিয়ু হায়জরুবদা হরাওনা য়াবীরক্তুনা মখুম য়েকপিরকখিবী ককচীং চুম্নাং লৈকাইগী ব্রহ্মচারিময়ুম লিম্হোইঙম্বী ইচা অসিবুসু থাগৎচরী। লোয়ননা লাইরিক অসি সাহিত্য সেবা সমিতি ককচীংগী মিংদা ফোঙজগে হায়জরুবদা প্রসিডেন্ট, সেক্রেটরি অমদি কমিটিনা অয়াবা পীবিরকপগীসু সাহিত্য সেবা সমিতি ককচীংবু ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচরী। লাইরিক অসি ফোঙনবা হোৎনরকপদা প্রেসকী নুংশিজরবা ইষ্টাপশিংবুসু হন্না-হন্না থাগৎচরী। লাইরিক অসি ফোঙলুরবগী তুংদা করি ওইরকপা হায়বদুসু ঐদি খঙজদে। ~~লাইরিক অসিনা সমাজদা কান্নবা পীবা পীনবা মতুং ঐ খঙদে~~। ঐগী পুন্সিদা থেংনরকখিবা থৌদোকশিং

অমদি পূক্নীংদা ফাওরকখিবা ৱাখলশিংগা শাগৎমিন্নদুনা ইজখিবনি খঙ হৈদুনা ইজখিবা নৎচদে। সাহিত্যবু পামজরুবা নুংশিজকবনা লন্বীসিদা চঙশিনজরকপগী ৱাতনি, করিসু খঙজদবীনি। লাইরিক অসিদা অশোয় অরান কয়া য়াওরবসু পূম্নমক অইবী ঐগী অশোয়বনি, ঙাকপিয়ু। লাইরিক অসিদা শোয়খিবা লানশিবা পূম্নমক মথংগী খূৎনমদা চুমথোকচগে। লাইরিক অসিগী মিংথোনগী মতাংদসু ৱারী মচা মঙগী মনুংদা য়াওবীবা “ঐখোয়দি কনাগা লৈহৌনি” হায়না মিংথোনবা ৱারী মচা অসিদা হেন্না মিংথোন পীনীংলুবগী মরমদি তাইবংগী লোনদা ফোঙদোকপা ঙমজদ্রবা থম্মোয় নুংদদি ফোঙদোকচরীবা মদুগুমলবা অপেন-পেন্দা কয়াবু ফুমদুনা হিংলিবা মখোয়শিংদুগী মীনুংশি য়েংজরগা থোনজখিবনি।

পুন্সিসে অঙকপনি, করম্না লন্বীসিদা লাকখিবা ঐ তশেংনা ঙকই। অদুবু করিগুম্বা মতমদা হৌখ্রবা খোঙচৎ কয়াবু হঙ্গত্তুনা য়েংনীংলুই মসিগা ঈরোয়ননা হৌজিক মনিপুরগী ওইরিবা তঙদু-লৈতাদ্রবা ফীভমসিদা ইনীংবগী অওনবা অমনা থম্মোয়সিবু চিংদুনা সুম পুরকই। অদুবু ৱাদবদি ঙমদে, সাহিত্যগী পাক-চাউরবা ঈপাক অসিদা করিসু লৈত্রবা মতিক চাদ্রবা ঐনা পামজনা চঙশিঞ্জরকইবা খোঙথাংসিগীদমক। অদুম ওইনমক মতিক চাদ্রবী ঐগী খোঙথাং অসিবু মীয়াম্না নুংশিবীদুনা অমুক্তংদদি লৈচল শুদ্রবা নাচোম অসিবু মীৎয়েং থন্বীদুনা অফ-ফত্ত তাকপিরক্লবদি ঐগী থম্মোয়না কয়াগী মতিক নুংঙাইজগনি।

নাওরেম ইবেম্মু (মেম্মা) দেবী

# কচ্চবা

লোইশিলহৌদ্রবা নঙগী ব্লারীশিং,
পুদুনা চৎলি ককঙাওননা,
লম্বীসিদা অসুম-অসুম।
কাউঙমদ্রবা থম্মোয়সিনা,
খূনগত্তুনা পুজরকইবা
লৈচল শুদ্রবা লৈরাং নাচোম...,
"ঐখোয়দি কনাগা লৈহৌনি"
নৌনা পুন্সি লোমখ্রবা,
নুংঙাইবা শরুক ফংজখিদ্রবা,
ঐগী ইপুরোইবা
শ্রীনাওরেম লোকেন্দ্রো সিংহগী মফমদা কচ্চরী,
লৎনবা লৈতনা লৌশিনবীয়ুকো তরাম্না।
নঙনা হুন্দোকপিরম্লবা
ব্লারীগা তোৎশিন্নদুনা হিংলিবা
পুন্সি মতেক খরসে
নহাক্লা য়াইফ মঙ্গল পীবীদুনা
মীয়ামগী সেবা তৌজবা ঙমহনবীয়ুকো।

নাওরেম ইবেম্মু (মেম্মা) দেবী

# ৱারীশিংগী য়াওফম

# হল্লকখো

লুখোই, শান্তি, মাগী মাগী ফমুংদা কপ্পী, অমনসু-অমনসু খঙনদনবা তূমিন-তূমিন। লুখোই মপিদু তৈথোক্লগা কপলুদবা শারগা হায়রকই—

"শান্তি হন্দক্কী খোঙফমসে নঙ ৱারৌগনু, ঐ ইচেখোয়গী অপাম্বদু থুংনবা উপায় তৌখিবনি।"

শান্তিনা হংগে খল্লম্বা ৱাফমনি অদুবু মপুরোইবনা হান্না ফোঙদোকপা হৌরকই।

"ঐ করি অমত্তা ৱারৌজদেয়ে মখোয় তাচৌ, নীংঙোলশিংনা পীরম্বা বর অদুনা ঐ পেল্লে, মখোয়না নুংশিনা পীরম্বা বরদুনা পুন্সিসে খুয়া তুশিংনা পানবা ঙমজবা অসিতনি ঐনা খনজবদি।"

লুখোই মপি অমুক থুনা শীন্থরকই।

"ঙসিগী অহিংসে নুংশিদ্রা শান্তি? অহিং অসিনা লোইখ্রবদি য়ূমসি থাদোক্লল্লগা চংখ্রগদবনি তম্বা ঙমদরিবা লম্বী অমদা!"

শান্তি খোনজেন থোক্লা কপলগা লাঙতক্তননা হংলকই—

"কদায়দা করি লমদা ঐখোয়বো?" লুখোই মতিন য়োংথরগা খুন্নকই—

"ইংখোলগী পাটাসি পুরগা খুরা তম্ফাজাওদা বন্ধান থমলুবনি মদুগী শেন্দুননি চাক্লৌবগী লাঙনখিবদো। নঙ মসিগী ৱাফমসি ইচে ইচলশিংদা তাহনবা য়াদে কনা অমত্তদা খঙহনবসু য়াদে।"

"কনা অমত্তদা হায়জরোই খঙহনজরোই, মখোয় তাচৌনা সিনা ফনি হায়না শীনবদো ঐগীসু অফবনি।"

শান্তি ব্রা মখা তাখিদরে মপূক্লীংদি নুংশিনা কপ্লী। লুখোই ঙাইহাক্তুং পঙথৈ, শান্তিনা কপলিবদুসু থেমদে, অয়েকপা লাইগুম অয়েংবা অমদা য়েংদুনা লান্থা ফংদ্রবা ব্রাখল কয়া লামশিনবা কন্না হোৎনরি। ঙরাং-নাহলদগীনি মানা মচি মচি পঙথবী হৌরিবসি। লুখোই খনবা য়াবা তরেৎ তরা থোক্লা খল্লবা তুংদা শান্তিগী মীকপতু থুগায়দুনা হায়রকই—

"শান্তি নঙ ইকাইরবসু ইকাইনা মতম খরদি ইবাইখোয়গী মরুম থূপ্তুনা লৈরমখো, ঐ ঐখোয়গী বন্ধান থমখ্রিবা ইংখোলসে হন্দোকপা ঙম্মবা মতম খর লাংফৈ চৎতুনা শেন তাল্লুখিগে, ইংখোল হন্দোকনবা ঙম্মবা শেন শুদ্রিবা ফাওবদি ঐ হল্লকখিরোই। অনা-অয়েক য়াওদনবা ঈশ্বর খুরুমদুনা নীংথিনা লৈরম্মু, মতম খূদিং ঈশ্বরবু কাউগনু উপায় লৈত্রবশিংগীদি ঈশ্বর লৈবনি।"

লুখোই অমদি শান্তি তূল্লগে খন্নদি হীপলি তূমশিনবদি খক য়াদে। লোইহননীংদ্রবা অহিংসে লোইখিনি পাখৎলি। লুখোই অমুক হৌগৎলি য়ূময়ায়দুদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি, মদুসু লৈতাফম খঙদে শান্তিগী মনাক্তা অমুক চঙদুনা কাংথোল মচিদুনা ফম্মী মদুসু নুংগী তৌফম খঙদবা মতৌদু অসুম অসুম হেল্লকই। লাংফৈ চৎখ্রগে হায়নদি চপ লেপ্লী অদুবু চৎকদৌরিবা মফমদো কদায়দনো খঙদে অরেপ্পা লৈতে। লুখোই অমদি শান্তি ফমুংদা মমীৎ কক্লা অমফাওবা উইশিলহৌদনা নুংশিরবা অহিংদো লোইখিরম্মী।

অয়ুক অঙনবনি, মী অয়াম্বা হৌগৎনদরি, শান্তি হেন্না মপূক্লীং নুংশিরকই। চৎলমদাই মীকূপনি, ইমুংগী লাইনিংথৌ লাইরেম্বীদা মীৎলুদগী পিবাং শিন্থুনা হায়জরি, "হে লাইনিংথৌ লাইরেম্বী ইপুরোইবনা চৎকদৌরিবা থবক অসি মায় পাকহনবীয়ুকো? নুংশিরবা

য়ূম ইমাগী মখাসিদা অমুক হন্না লৈবা ঙমহনবীয়ুকো ইমা। ঙসিদি নচা ননাইশিং ঐখোয় অমুক চৎলুখিগে, নঙগী সেবা অমুক হন্না তৌজবা ঙম্নবা বর পীনবীরো ইমা।” লুখোই অমদি শান্তি পিরাং পিরোইননা মচা নিপাদু মখূৎ শম্লগা নম্বোও-থাবোও তৌরগা ময়ূমদগী থোক্লক্লে।

অমুসনা, নুংঙাই য়াইফবা ব্রাত্ত পাদবা ইমুং অমগী মৌনি। নোংমা তরু-তনাল শেৎ চারগা বজার কারকই। কুমগী অহানবা থোকপা য়েঙ্খাং মনা-মশীং অতেক-অনৌ মশক থোকপা খন-খনদুনা লৈরি। তাঞ্জা অদুদা মনাও নুপী থোইনুবীসু বজাব কারকপগা গম থেংনরে।

“ইচেহল করি লৈরম্মীনো? (হরাওনা হংই)

“হায়মা! থোইনুবী নঙসু লাকলম্মি, করি লৈদোইনো? ঐদি ঙা খর য়েঙ্খাং খর য়েংলম্মিনি।” (নুংশিনা খুমখি)

“ঐসুনি, ইচেহল য়েঙ্খাং খর ঙা খর য়েংলুগেনা লাকপনি, তাঙবনবু অমুক্তোইবা লৈফম্নু খঙদেদা।”

“হোয়নে য়েংউনে ঐগী য়েঙ্খাং খরসিবু লুপা চানি চাহুমগী পোৎনি, হৌজিক্তিনে ইবেম্মা অহোঙবা পোৎ অমত্তা হেক লৈত্রেদা। অদো উনদবসু কুইরে করিনো অহাউবা অমদি চামিন্নরুখিসি মদু চানা-চানা নঙগা তান্নগদবা ব্রাফম অমসু লৈ। ঙসি নঙগা থেংনবসে তান য়াম্না চারে ঐ নখোয়দবু চৎকে খল্লম্বনি।”

“করি করম্বা ব্রাফম ওইরবনো ইচেহল।”

“লৈ-লৈ, অদু নঙনা চানীংবা অমা হায়রোনে।”

“ঐদি শিংজুদু মোরোক খর শাতক্লা চাশল্লবা অদুগা ক্বা মতপ অমা হাউনা উমশিল্লগা ঙাওফিং-ঙাওফিং তৌবদো মদুমুক নুংঙাইজবসিদি লৈতে ইচেহল।”

“নঙনা হায়দোক্লকপসিনা ঐনা পামজবদুগা চপ হেক মান্নজে, ফরে অদুদি বোরা-খর কংঙৌ খর শিংজু খর ময়ানশিংদো নঙ খর

লৈরকও ইচেমগী মনাকসিদা চারসি চাবা লোইবগা ক্লাসু চাবা য়ানবা। ইচেমা ক্লাদু খর হাউনা তপলকউকো, সে থোইনুবী শেনসি।" অমুসনা মাগী বেগতগী লুপা ৫০ চৎপি অমা শৎতোক্লগা থোইনুবীদা পী।

"য়ারনিয়ে ইচেহল ঐগীসু য়াওরিয়ে।"

থোইনুবী শিংজু বোরাদু লৈরগা পুরক্লে অদুগা পোৎলক্কী কোম-ক্লা য়োল্লিবী ময়ামদুগী মরক্তা জার্দা য়োনবী নুপী অদুগী মনাক্তা অহাঙবা জগা খর লৈরিবদুদা চঙশিন্দুনা ফমথখরে। শিংজু বোরা অদু জার্দা য়োনবী অদুগা মখোয় অহুম কোইশিন্দুনা চামিন্নরে, চাবা লোইরকপদা অহাউবা ক্বা মতপ অমমম উমশিল্লগা অমুসনা ৱারী শাবা হৌরকই–

"নঙবু হন্দক মরকসি য়ূমদগা চৎলুব্রা?"

"চৎলুদে ইচেহল, ঐদি ফনা কুইরেনে য়ূমদা চৎতবা।"

"হন্দক্কী নিঙঙোল চাক্কৌবসিবু ইবুংঙোদু চাক্কৌগনি হায়বা নঙবু তাবরনে?"

"ঐদুম ইচেহলদা হংগে খল্লম্মী, ঐদি তাদেনে।"

"হন্দক্তী চাক্কৌদবা য়ারোই হায়গে খল্লম্মীনি, চহী অহুম হায়রকলেকো ঐখোয়বু চাক কৌদ্রিবসি, পাবুং লৈখিদবগী অমুক, ইমা লৈখিদবগী অমুক, মেমতোম্বী লুহোংবগী অমুক, হন্দক্তী চাক্কৌ হায়সিনে থোইনুবী। ৱাফমসিগীনি ঐনা নখোয়দা চৎনীংলম্বদো।"

"হায়সি-হায়সি ইচেহল অদু দক্ষিনাদি কমদৌবা? ঐগীদি ফ্রিজ লৈতে মদু ওইনা কৎলকউ হায়গে খল্লি ইচেহল। ইচেহলগীদি করি হায়দোইনো?"

"ঐগীসু ৱাশিঙ মেচিন লৈতে মদুদা মঙায়রে ৱাৎলিবা, মদু ওইনা কৎলকউ হায়গেনা খল্লি।"

"হায়দৌনি ইচেহল, মী খ্বাইসু য়াম্না-য়ানা হায়নৈ মবুং মৌপ্পাশিংনসু য়াম্না-য়াম্না পীনৈ। ঐখোয়গী অপাম্বা হায়বদো থোইনা কায়দব্রা খল্লি।"

"হোয়নে মী খ্বাইনা তৌদবসু নত্তে, হায়বা য়াইনা। মেমতোম্বীগীসু মানা পাম্বদু হায়জনি। অতৈবু লাইরি ঐখোয় ইচীন-ইনাওশিংদো য়াম-য়াম পীরকখ্রপোৎনি। গাড়ী মচাবু পীরকপনে, সনাবু পীরকপনে অঙকপনি অদুনা ঐখোয়সু মখোয়গী মমাঙদা পঙচোপ চোপ্পদি য়াদে। মখোয়শিংদুগা মান্নরুবমক ঙমদ্রবসু মতুং খর ইন্দ্রবদি ইনাওশিংদুনা ঐখোয়বু উশিৎখিরোইদৌরিবনি, ঐখোয়গী য়ূম্বাল অসিদি অতান্নরিবনি থোইনুবী।"

"অচুম্বনি ইচেহল ঐখোয়সুনি, ঐখোয় ইচীন-ইনাওশিংদুসু অস, খঙদে করি-করিনো য়াম্না পীরকখ্রপোৎনি। মখোয়গী মরক্তা ঐখোযসু চাং তাবা য়াবা নত্তে। চহী অমগী অমুক্তা লাকপা নিঙঙোল চাক্কৌবদুতবু ঐখোয় নিঙঙোল ওইবীশিংনা ব্রানা ঙাইজরকপনি নৎত্রনে ইচেহল? নুমিৎ অদুদি ফজনা লৈজবীদ কেথরগা চৎলদৌনি।"

"অদুক ব্রানা ঙাইজরকপা নুমিৎ অদুনা লাক্লবদবু করিগী কেথরোইদগে? কেথদদি কৈনো।" হায়রগা মখোয় অনী পূন্না নোকই।

"থোইনুবী দক্ষিনাগী মতাংদুদদি ইবানি নোংমা চৎলগা মাঙজৌননা হায়হৌরুদবা য়ারোই নৎত্রবদি ঐখোয় ইচীন ইনাওশিংগী মমাঙদা চোপতোইনি ইবেম্মা।"

"ইচেহল অদুগীবুদি ঐ হেক্তা চৎলগা হায়রুগেনে, অদুদা লুরিবদি কূমশিসু ব্রারি চাক্কৌবা ঙমখিরোই হায়রকদ্রা পাখৎলিবা।"

"হায়রকলোইদা চহী অহুমসু চাক কৌবীদ্রবদা কূমশিসু কৌরোই হায়রক্লবদি, নঙসু নচীন পাম্লি খুমলম্মুদনা, চহী খূদিংগী কৌবীরুরনু ঐখোয় লৈরি হায়না ফাওবা নীংশিংবীরক্লনু।"

অমুসনা অমদি থোইনুবী শান্নবা য়াবা ব্রারী কয়া শান্নরবা তুংদা মাগী মাগী ময়ূম মায়গৈ পাংনখরে। চাক্কৌরমদাই নকশিল্লক্লবা নুমিদাংব্রাই অমনি। শান্তি মচা সনাথোইগা বজার কাবকই। মীরোন লৈতবা হায়সিনা কয়াদা ব্রাজরিবা শান্তি খোঙথাং খূদিংগী মচা

সনাথোইদো পুদবা য়াদে অহাঙবা ময়ূমদুদা করম্না মথন্তা থম্লমগনি। মেমতোম্বীনা লৈরিবঙৈদদি সনাথোইবু মাদনা চেল্লম্বনি শান্তিনা থবক চৎখিবদা মেমতোম্বীনা মমা শাদুনা চেনখিবা পূম্নমক শান্তি, মেমতোম্বীনা মপুরোইবগী মকাদা থীনখ্রবা মতুংসিদদা মচলগী নুংশিবদু ময়েক শেংলকই। মেমতোম্বী লৈরিবঙৈদদি চৎনীংবা সুনীংবা কুসিনি, হৌজক্কী মচা সনাথোইগা লৈমিন্ননবা লৈতবদগী খোঙথাং খূদিং য়েৎলে। ঙসিসুনি, থবক সুরুবা হল্লকপগা উয়ানগী মপোৎ লৈরমদবদগী শান্তি মচাদুগা নুমিৎ তাশিনখিগদৌরে হায়দুনা অফংবা মনা-মশীং খর লৈরগা হনখ্রগে খন্দুনা তহা-তহা লাকই। তাঞ্জা অসিদা অমুসনাসু বজার কারকপগা গম থেংনরে।

"হায়মা! সনাথোই নমাগী তুং ইল্লকই? নমা নচাবু করি লৈদোইনো?"

"ইনমহল য়েঞ্জাং খর য়েলুগেনা লাকপনি, ইনমহলবু করি লৈদোইনো?"

"নেচৌ, ঐখোয় ববানা থবক শূবগী শেন ফংলগা ঐগী লাইরিক লৈগনি হায়দো।" (অঙাংগী ৱাহৈনি)

"হোয়-হোয় লৈদৌনি-লৈদৌনি অদুগা লাইরিক কন্না পাদৌনিকো।"

"হোয় নেচৌ।" শান্তি অমদি অমুসনা নোকমী-নোকমীনৈ।

"সনাথোই, নেচৌ নঙগী অচাপোৎ অমা লৈবীগে নঙনা চানীংবা অমা হায়ররো লাকও।"

"লৈরুরনুদা ইনমহল।"

"হো অদু ওইরগা সে-সে লুপা ১০ সিনা নঙনা চানীংবা অমা নমাবু লৈহল্লোসে পায়শিল্লো।" অমুসনা বেগতগী লুপা ১০ লৌথোক্লগা সনাথোইদা পী। সনাথোই মমাদা য়েংখৎলি অদুগা মপীত অয়াবা ঙাই, শেন্দু পাক্লা লৌদে।

“সেনে পায়শিল্লোনে সনাথোই।”

“পায়শিল্লো-পায়শিল্লো।” শান্তি মচাদা হায়খি।

“হো অদুনিদনা অদুদি সনাথোই। নেচৌ ঙা খর য়েংলুখিগে নমা নচা করি য়েংদৌরিনো য়েংহৌখো।”

“হোয় ইনমহল।” অমুসনা মমায় লৈথোক্লুনা চৎপা হৌরুরে ঙা য়োনফমলোমদা অদুগা করিনো অমা খঙনীং নীংশিংলকপগুম–

“ইহে ঙাইখোনে শান্তি, নঙগা থেংনরিঙৈসিদা হংগে খনবা ব্রাফম অমা লৈরেনে, ইবেম্ম।”

“করি লৈরবনো ইনমহল।” শান্তি চপ লেপতুনা মনম্মগী ব্রাদু হায়রকপা ঙাই।

“কৃমশিগী চাক্কৌবসি নখোয়দি করি খন্নরি?” শান্তি পাক খুন্বা ঙমদনা লৈ। শান্তিগী মতৌদুদা অমুসনা পাখৎলপ তৌই।

“কৃমশিদি চাক্কৌদবা য়াদেকো, চহী অহুম হায়রক্লে চাক্কৌরক্তবা। নত্তে নখোয়বু করি খল্লিনো?”

“হোয় ইনমহল কৌনিদা করিগী চাক্কৌরোইদগে।” শোন্থাংননা খুমখি।

“ফরে-ফরে অদুদি, অদু দক্ষিনাদি মতমসিগী চৎনরিবসি নখোয়না হেন্না খঙলিনি মীমাঙদা চোপতনবা তৌরকউ। ইচীন ইনাওশিংদো ইনাক খুনবা ইমুংগী মচা ঙাক্তনি মখোয়গী মমাঙদা চাং তাবা য়াদে ইনাওশিংদুনা উশিৎখিরোই। ফরে নঙগী লৈগদবা লৈজরো ইনমহলসু লৈরুখিগে।”

শান্তি ঙাইহাক্তং তরং অমদা তাওবগুম নুংবঙননা লেপখি। মচা সনাথোইনা ইমা হায়না কৌরকপদুদা জ্ঞান লাকখি। সতমদুদি থেংলবনিনা মচাদু মখূৎ শমলগা পোৎলক্তা চঙখ্রে। য়েঙ্খাং মনা মশীং খর লৈরগা ময়ূম তম্না মচাগা হোবে-হোবে লাক্লে।

“নঙগী খোঙথাং ইনবদা থেঙখ্রনি নখোঙদু খর থুরকউ ববা

হল্লক্লগা চাক লোইরমদে হায়রনি।"

"হোয় অদু ইমা ববানা থবক শূবদু শেন য়াম্না ফংলক্কনিকো।"

"হোয়নে-হোয়নে, থেঙথ্রে খর থুনা চৎসি হায়বা।"

নুমিদাংনি সনাথোই নুংঙাইনা তূমলি, মমাদি তূম্বা য়াদে মচাগী মনাক্তা লোংনা তিংথোক্কুনা লৈ। লুখোইসু তূম্বা য়াদে নিঙঙোল চাক্কৌবা নকশিল্লকপদা মথা শাই। থবক ৱানা শূরুবনি হান্নদি ফমুংদা তাবগা তূমথখিবনি ঙসিদি করিনো পাক্লা তূম্বা য়াদে। শান্তি বজারদা মনম্মা অমুসনা থেংনবগী ৱাদু মপুরোইবদা তমদরি। থবক ৱানা শূরুবনি নুংঙাইবা পাউ চিংদবা ৱাফমদু তমলুরগা মপুরোইবদু হেন্না মথা শাখিনি হায়বগীসু ৱায়। তমদবা য়াদবা পাউ ওইনসু তৌই। শান্তি ঙাইহাক তিংথোক্কুনা ৱাখল তৌরম্বদগী মচাগী কাংখলদু য়েপশিল্লম্লগা মপুরোইবগী ফমুংদা চঙলক্লগা কাংথোল অদুদা মখোঙ য়ান্থদুনা ফম্মী।

"ঙাশাই বজারদা ইনমহল থেংনৈ, কূমশিদি চাক্কৌদবা য়ারোই হায়রকই।"

"কৌনি হায়খিদরো? চাক্কৌদবা কুইরবদুদা হন্দকসু কৌররোইদবগুম খনবগী ওইরিনি।"

"ঐনসু কৌনি করিগী কৌরোইদ্রিনো হায়রম্মী অদুদা...।"

"অদুদা কৈদৌরবা?"

"দক্ষিনাদো অদুগী ৱানি।"

"দক্ষিনাদুদি ঐখোয়না অঙম্বা ফনেক অমা নমথাং অমা কৎলগা লোইরেনা। দক্ষিনাগী ৱাফমদুমা কোন্না খন্নসি মতম মতমদুগী থোক্ল-থোক্লবা লাকচনি।" শান্তি ৱা মখা তানা হংদে। লুখোইসু ৱা মখা তাদে। তূমিন-তূমিন লৈনৈ। অচিকপা অদু থুগায়রগা, "হুম, নঙ তূমলুরো নারক্তনা তোক্কনি।"

শান্তি মপুরোইবগী কাঙখল থাবীরম্লগা মাসু তূম্মবা ফমুং কাখৎখরে। নোংঙাল্লে, লুখোই অফং-অফংবা থবক শূবনি, হিংনবা

হোৎনবদা, অদুবু ঙসিদি চাক চারগা ওইনা চৎলগে খন্দুনা অয়ুক্তু মখোয়গী শঙ্গোয় নমবোন্দুদা পোৎ-চৈ থাফম লম খর হাঙলিবদু শান্তিনা মনা মশীং থাজিনগে খর তৌথোকপিয়ু হায়রকপা কুইরবদুদা লুখোই লৈবাক তৌবা হৌরকই চাক ঙাইবোইনা। ব্রাখলগা তোৎশিন্নরগা তৌরিবা লৈবাক অদু কুইনা তৌবা ঙমদে, ঙাইহাক তৌরগা য়োৎপাক মনীংদু খদাঙনা শৌরগা লেপলিঙৈ তাঞ্জা অদুদা মচেয়াইদু প্রপ-প্রপ চঙলকই থোঙ্গালদুদা।

"ইচেয়াই কদায় চৎলুরিনো সিদা লাকইরা?"

"মরূপকী শেন খোমলুবনি, লম্বী লমদাং ওইবদুদা লাক্তবসু কুইরে হায়দুনা চঙলকপনি, করম-করম পাল্লিনো?"

"পঙপাল পাল্লিবা হায়দুনি ইচেয়াই, চঙবিরম্মো ঐসু চঙলক্লগে।" লুখোই য়োৎপাক্তু থাদোক্লল্লগা মকোক্তা য়েৎলিবা ফিদু লৌথোক্লগা ফ্রং-ফ্রং কহ্লোক্লগা মমায়গী হুমাংদু ফি মচিদুনা তৈথোক-তৈথোক্তুনা মখোয়গী মাঙ্গোলগী দরি অদুদা চনীং তানা ফমথৈ। থোইনুবীদি ইমুং চঙদুনা মমা মচাবু থিরুরিমাল্লে।

"কনা অমত্তা লৈতে মমা মচাবু কদায় কদায়দা চৎনখিবনো?" থোইনুবী মাঙ্গোল মচিদা লৈরিবা মোরাদু পায়রগা মৌপ্পাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা ফম্মী।

"মমা মচাদু স্কুল চৎলমদাইগী মরাঙ-মরাঙ তৌখিবনি, মমাদো মচাবু স্কুলদা থিনবা চৎখিবা ওইরমগনি। লাক্লনি ঙাইহাক ফমখো ইচেয়াই।"

"সে সে সনাথোইগী অচাপোৎ লৈবিরকপনি, হৌরেন ছুতি থারক্লগা চাজনি।" থোইনুবী অচাপোৎতু লুখোইদা পী।

"করি থাগে হায়বা নঙনা য়াল্লিবদুবো?"

"হো নচলনা হব্রাইমুবী খর হব্রাই মকু চাবী খর লৈ থাজিনগে লৈবাক খরদা তৌথোকপিয়ু হায়দনা তৌরম্বনি চাদৌরিরা, চারোইদৌরিরা খঙদে।"

"থাবু থাজিল্লবদি করিগী চারোইদগে? থাজিল্লু-থাজিল্লু। ঙাইখোনে নঙবু হন্দক্কী চাক্কৌবসিবু কমদৌগে খল্লিবা?" ব্রাফমদুগীদমক চঙলকখিবা থোইনুবী খঙনীং-নীংশিংলকপা শাদুনা হংশিন্নে।

"চাক্কৌগনিদা ইচেয়াই করিগী কৌরোইদগে। মমাঙ মমাঙসু কৌনীংখিবনি অদুবু থৌদোকশিংদুনা য়াখিদবগী ব্রানি।" থোইনুবী হরাওনা হায়রকই—

"হোয়নে, অদুনি হন্দক্কী ঐখোয়সু চাক্কৌহন্নীংই। নাহল নোংমা বজারদা ইচেহলদো থেংনৈ মানসু চাক্কৌহন্নীংবগী ব্রা পল্লকই। অদু ইবুংঙো চাক্কৌবা তারবদি দক্ষিনাদো মীমাঙদা তচোপ-তচোপহল্লক্কনুকো। ইচেহলখোয়সু ঐখোয়সু লৈমিন্নরিবা মৌশিংদো দক্ষিনা চাউনা চাউনা পীনরকখ্রে। মখোয়শিংদুগী মমাঙদা চাক্কৌবগী দক্ষিনানি হায়দুনা ঐখোয়না ফনেক অমা নমথাং অমা পুরগা চঙখিবদো য়াম্না ইকাই, অদু পূম্নমক খঙনা ইচীন-ইনাওশিংদুগী মমাঙদা নঙ চোপতনবা তৌরকউকো ইবুংঙো।"

লুখোই তিং লাউই, মচেগী ব্রাদু মখা তানীংদে অদুম ওইনা তাদবসু য়াদে। লুখোই ঙাইহাক অদুদা হকচাংদগী হুমাং জর চেম্থরকই। থোইনুবী মেরীপ্পাগী ইহুন খঙদে মখা তারকই—

"ইচেহলনা হায়ববু মাগীদি ব্রাশিঙ মেচিন লৈতে মদু ওইনা পাম্মী হায়রকই। ঐগীদি ফ্রিজ অমতং পাম্মী। মেমতোম্বীনা করি পামলিবা খঙদে, মাদি থেংসু-থেংনদে নখোয় অমনা চৎলগা হেক হংবীরু। মদুগী অঙাংদুদুম ইচীন ইনাওনি হায়দুনা নোংমতসু হেক কোয়রক্তে।"

লুখোই মরু থেক লূকথরদুনা হৈনীংদনা খুমলকই—

"হোয় ইচেয়াই পীনি-পীনি ইচে ইচলশিংগী অপাম্বা।" থোইনুবী মৌপ্পাগী নুংগী অব্রাবা মা উদে, মৌপ্পাগী মায়থোং মা য়েংদে মানা হায়জবা পূম্বা মৌপ্পানা হরাওনা য়ারে খন্না নোকমিন্নে। তাঞ্জা

অসিদা শান্তি মচা থিল্লুবা হল্লকই।

"ইনময়াই লাকলম্মিরা? কয়াম কুইরে য়ৌরকপা?"

"শান্তি নঙগী চাক ঈশিংদু লোইশিল্লুরো ইচেয়াইসু চারগা হনখিনবা।"

"চাক্তী লোইরম্লবনি চাগদবদা ঙায়রবনি লাকও মখোয়বাসু চাথোকপিররো ইনময়াইগা ঐগা চামিন্নরগে। ইনময়াই ইমুং চঙলসি লাকও।"

"শান্তি ঙসিদি ইনম্মা চাক চাদুনা লৈথোকপা য়াদরে য়ূমদা থবক লৈহৌরি নঙগী চাক্তুদি নোংমসু চারবা য়াই ঙসিদি চাররোই চৎলগে।"

"ইনময়াইবু করি থবক্কী লাকলম্বনো চুম্না সুম লাক্লম্বরা?"

"হো কৃমশিদি চাক্কৌ হায়গে লাক্লম্বনি।"

"মানবু করি হায়রিনো?"

"কৃমশিদি কৌবীনি হায়রি।"

"অদুনি মমাঙ-মমাঙনা দেব কর্মা মথং-মথং তোকখিবনিনা উপায় লৈখিদবনি। কৃমশিদি মানসু চাক্কৌগনি হায়জবনি কৌজনি-কৌজনি ইনময়াই।"

"হোয়নে-হোয়নে অদুদি নখোয় অনীনা ফনবা অদুম শিল্লকও ইনময়াই অমুক চৎশ্রগে চাক চাদুনা লৈররোইয়ে।" থোইনুবী মখোয়গী অপাম্বদু কিৎ নমশিল্লম্লগা চৎশ্রে। লুখোই মচে য়াইমদা য়েংদুনা দারি মপান্দুদা লেপহৌরে।

নুমিদাংনি লুখোই তৃম্বা য়াদে মওন-মওন খল্লি। মচীন্দু মৃক্কম-মৃক্কম শোল্লি অমুক অমুকসু খোঞ্জেন হৌনা হায়রকই– "দক্ষিনা চাউনা পীগদবদি ইচল মেমতোম্বীদনি। ইচে অনীদি ইমা পাবুং লৈরিঙৈ অওং-অউন চাউনা তমদুনা লুহোংখিবনি মখোয়গী মনীং থুংহনখিবনি। ইচল মেমতোম্বীদি মবুং ঐগী অম্বাবদা শরূক য়ামিন্নবদা চাবা-মচেৎ তৃম্বা মচেৎ ওইজখিবা ইচলনি। ইচে অনীগুম মহাক্তী মবুং ঐনা মনীং

থুংহনবা ঙমখিদে। নীংশিংলি ঙসিসু ইমাগী অরোইবা মীৎকৃপতা শিন্নরম্বা। *(মমাগী শিরমদাই মতমনি, মমা হীপলি, খূয়া লুখুমদা শান্তি অমদি লুখোই মেমতোম্বী ইকোয়-কোয়না ফমলি। মচে অনীসু লাক্কুনা মমাগী মনাক্তা ফম্বা য়াওরি)।*

“ইমাগী লুখোই ইমানা নখোয় অনীদা শিন্নরমগদবদি য়েংউ ননাক্তা ফমলিবী নখোয় ময়ামগী খোল্লাং অরেম্বা থক্কুনা চাউরক্লবী নঙগী ঈরেমখাক ওইরিবী নচলসে ইমানা মাগী থৌদোল লোমলমদ্রে নখোয় অনীনা মাগী মমা মপা ওইহৌরগনি নচলবু নখোয় অনীনা মমা মপা শক্লা নাওয়োক নাওকোনবীরকউকো নুপা মচা। নচল অসিবু মপূক্লীং নুংশিহল্লকনু মমীৎ অনীদগী মপি তাহল্লক্কনুকো ইবুংঙো। নচল নচেশিংবু নুংশিনা লোইনবীরকউকো ইমাগী নিংথেম।”

মেমতোম্বী কপ্পী। খঙহৌদে লুখোই হায়দোকখি মমীৎ অনীদু পিনা পিক থল্লদুনা– “পীগনি ইচে-ইচলশিংগী অপাম্বা।”

শান্তিসু ঙশাইদগী মপুরোইবগী থম্মোয় নুংগী চোইরোন্দু তারম্মী। শান্তি কপ্পী তৌফম খঙদনা, কপনা-কপনা মপুরোইবগী চোয়রোনগী মখা শমথরকই।

“নিঙঙোলশিংনা মপামদগী পুনীংবা পুখিবদা মমা মপা মবুং মৌপ্পশিংনা নুংঙাইহৌই হায়নরিবনি। মখোয়না মপামদা লাক্লগা মমীৎতগী মপি তানা হনখিবদা ৰাহৌই হায়নরিবনি। ঐখোয়গী লৈবা লৈতবা চাবা চাদবা থিবা য়াদে নিঙঙোলশিংগী অপাম্বদু পীবা ঙম্নবা তৌসি মখোয় তাচৌ।”

শোমদসু মেমতোম্বী শরত তূম্বা য়াদে, মাগী-মাগী ফমুংদা হীপলগা ৰারী শান্নরি–

“তাচৌগা ইনম্মগদো নিঙঙোল চাক্কৌগনি হায়বা পাউ অমা তারিবসিবু চুমলিব্রা? মখোয়গী ওইহৌরিবা ফীভম অদুগা কদায়দগী শেন্না চাক্কৌগনি হায়দুনা লাঙলিবনো। ঐদি মখোয়না খর কোমদ্রিবা

ফাওবসি চাক্কাক অমত্তা কৌরুখিনু হায়নীংবনি।"

"মী খ্বাইনা মচল মচে চাক্লৌবগী মরাঙ-মরাঙ তৌবসিদা নুংঙাইতদুনা কৌগে খনবগী ওইরিনি। অদু নঙ ইবাইগা ইচেগনা দক্ষিনা অঙম্বা পীরকপদু হরাওনা পুদুনা লাক্কদবনি মদুদা য়াম্মী য়ামদে ঐগীদি সিমা লৈত পীযু হায়দনা তৌগনুকো। ঐদি অচাউরম কাবগী থবক্তু পামদে। চহী অমগী অমুক্তা লাকপা মবুং-মৌপ্বা, মচীন-মনাও নুংশিনবগী মরী চেৎশিন্নবা অহাওবা চাক চরা অমা চামিন্নবা ফংবগী নুংঙাইবা অদো, মতমসিগী অচাউরম কাবা দক্ষিনাগী হিদান্নবা অসিনা মবুং মৌপ্বা মচল মচেগী তৎনা-থানা য়াদ্রবা নুংগী ওইবা ফজরবা শেংলবা মরী অদু থদৎনবা কন্না হোৎনরকই। মসিগী লমজেন অসিদা ঐখোয় য়াওরোইদরবনি, মসি য়াম্না তমথীরবা লায়না মখল অমনি। মসিগী ফৎত্রবা লায়না অসি সমাজ অসিদা ঙসিদি পাক শন্না শন্দোক্লকই। মসি মরু ফংনা মৃৎথত্তবদি সমাজ অসি নোংমদি নিঙঙোল চাক্লৌবগী ব্রাহম্ব্রোক লৈরক্লরোই। মবুং মৌপ্বা মচল মচেগী নুংগী ওইবা নুংশিরবা মরীদু মতমসিগী চৎনরকইবা চৎনবীসিনা থদৎখিদুনা চহী খরগী মতুংদদি শেঞ্জাও পায়বা ইনাক খুনবগীদা ওইনা লৈরক্লগদবা নিঙঙোল চাক্লৌবনি। ফত্ত্রবা চৎনবী অমা ওইনা চৎনখৎলকইবা চৎনবীসে ঐখোয় ঙল্লিঙৈ মতম চারিঙৈদা মরু ফংনা মৃৎথৎহৌদবা য়াদবনি। ইবাইনা চাক্লৌগনি হায়বদো য়াম্না ফরবনি, অদুগা অচাউরম কাবগী দক্ষিনাদি মীসু তৌনৈ হায়দুনা তৌরক্লবদি নঙ মদু য়ূমসিদা পুশিল্লকপা য়ারোই। মেমতোম্বী ঐদি অশেংবা মীনুংশিদুখক পাম্মী।

"অশেংবনি তামো ঐসু মীনুংশি খক্তুনি পামলিবা, অদুবু ঐনা য়াম্না নুংঙাইতবা পাউ অমদি সুম তারকই।"

"করি পাউনো তম্মুনে।"

"ঐখোয় তাচৌদো পাবুং নাবগী লায়য়েংবদা ইমুংদো চপ-চানা পূৎথত্নবনি। ইমাসু নাদুনা লৈখিদরে মদুদসু পূৎথবা য়াবা পূৎথম্রে।

ওল্লকপা চহীদসু ঐ অমুক লুহোংলে মসিদসু অদুমক পৃৎথহৌরবনি। মীওইবনিনা হিংদবদি য়াদে হিংনবা হোৎনবদা ইবুংদো মখ্বাং তেকহৌরবনি।” ৱারীদি লোইদরি মেমতোম্বীদি কপ্পী মৰা মরীন ঙাঙবা ঙমখিদরে।

“নঙগী নুংঙাইতবা পাউ হায়দু অদুদি নত্তে। মদুদি নঙগী নীংশিংবা ৱারীনি। মখা তারকউ নঙনা তারকইবা নুংঙাইতবা পাউদু।” মেমতোম্বী কপনা-কপনা মখা তারকই–

“নোংমা সনাথোইদো মমান্নবশিংগা শান্নরম্মী মতমদুদা মানা শেৎ চাহৌরিবা মফিশিংদো য়াম্না নাতৈ চাহৌদে ঐ য়াম্না নীংঙমদে। অসুক লৈত্রবা ইমুং অদুগী অৱাবদু ঐখোয় ইচে অনীদি খঙদে। মখোয়গী অপাম্বা পীয়ু হায়রমমাল্লে। ইচেহলগীনা ৱাসিঙ মেচিন ইচেয়াইগীনা ফ্রিজ হায়রম্মী হায়বা পাউসি তারকই। ঐ থৱায়সে য়াম্না নুংঙাইতে। অদুক মমল য়াম্বা পোৎশিংদুবু তাচৌনা কদায়দগী পীগনি। অদুবু তাচৌনসু পীগনি হায়খি হায়। ঐ ৱাদবা ঙমদে তাচৌগী খনবদা। অদু তামো করিগুম্বা চাক্কৌবদু চৎলবদি ঐ সনাথোইগী ফূরিৎ অমা খোঙ্গ্রাও অমদি লৈবিখিগে মাগী তোংনবা শেন্দল মচা অমগা মমল য়াম্বদি তৌরোই ঐসু লৈতে।”

“হোয়নে হোয়নে অদুদি ঐখোয়না থোনবীবা হেন্দোকপামখে য়াইনে। ঐনা শাউনীংলিবদি নখোয়গী নচে অফাওবী অনীদুনি ঐনা খ্বাইদগী নুংশিদ্রিবসি। ইনাক খুনবা ইমুংদা ময়ূম পাল্লে হায়বগী মতীক মীগী অৱাবা উদবা নচে অনীদো ঐদি মায় কয়া চান্নদে। ইবাইগা ইচেগনা ওইরিবা ফীভম লৈরিবা মওং অদুবু কদায়দগী ৱাসিঙ মেচিন কদায়দগী ফ্রিজ। চাক্কৌবীরিবসিনা হেন্না ফরে খনগেদি নীংদ্রদুনা অচাউরম কাবীশিংদো নুংশিদে তৌজশারিদো। ইবাইগী ইচেদো মখোয়-মখোয়দগী হেন্না নুংঙাই য়াইফনা লৈরকপা ইমুংগী মচানি। মখোয়দৌনা নোংমতা অচাউরম কাবা উদে। ইচেগী মমাঙদবু ইকাইদৱা

খঙদেনে মায়থাবীশিংদো। নচেগুম্বী ইথক-ঈরাংদা তাউবীশিংসিনা মবুং-মৌপ্বা, মচল-মচেশিংগী নুংগী ওইবা নুংশিবগী শেংলবা মরীসে থদৎপিদৌরে। মরম খূদিংমক অরং-অরাক্তা তাউবী মীগী অৱাবা খঙদবী নুপীশিংসিদগী হৌরকপা ঙাক্তনি।"

"মদু ঙাক্তসু হায়গনু তামো। অচাউরম কাবীদুগী মপুরোইবদুসু অচাউরম কাবা য়াওরিবনি। মাগী নুপীনা পুরকপদুদা মানা য়াদ্রবদি পুরকপা ঙমগদ্রা? মসি পূম্নমক ইমুং অদুগী মনেম মকু মপুরোইবা পূম্নমকসু য়াওরিবনি।"

"উম, নঙনা হায়রিবদুসু চুম্মীনে, মপুরোইবদু মাগী নুপীনা পুরকইবা দক্ষিনাদু ইমুংদা পুশিল্লকপা য়ারোই হায়না থিংলবদি পুশিল্লকপা ঙমলোই চুম্মী। মখোয়সু দক্ষিনা চাউনা পুরকপদু উরগা শোয়দনা হরাওরমগনি মদুননি থিংনীংদ্রিবদু। লৈবাকসে মসিনা সুম মতোক্ত্রবদি লায়য়েংবা ঙমদ্রিবা লায়না অমগুম য়াম্না তমথীরক্কদৌরি।"

সোমদসু শান্তি নোংয়াই য়ৌরবা ফাওবা তূম্বা য়াদনা কপলি। নাতৈ চাদ্রবা য়ূম্বাল অদুদা মপূক্লীং নুংশিরকই। ময়ূমদদি ইনাক-কৈরাক খুন্না নুংঙাইনা লৈরকপনি। মবুং মৌপ্বানা খুদোন্না কক শোক্তনা নাল-নালদুনা থন্নকপনি। মাগী য়ূম্বাল খুদোং চাদবদু মপাম্নসু পাংবা য়াবা মতেং অদুমক পাংই। অদুবু কা হেন্না পাংশিনবা অমদি মপামগা তোরোৎনবা লুখোইনা য়াদে। মাসু মীনি মাগী য়ূম্বাল নাতৈ চাদবগীদমক মীঙোন্দা অদুক হক্লা তেংথাগদবা নত্তে। থবক শূনবা পাঙ্গল লৈরিঙে ঙমলিবা মখৈ শূগদবনি। মীনা ইবূক্কীদমক নোক্লগদবা উশিংলোইদবা থবক তৌবা য়াদে অসিনি মাগী ৱাখল নিপাদি-নিপানি লুখোই।

শান্তি অমদি লুখোইগী য়ূম্বাল মীনদি খঙদনা ৱানা লেল্লি। কর্মা খূদিংগী অনা অয়েক খূদিংগী খর-খর পুৎথখিবদা মপূং ফানা শোকচিনখিবনি। শান্তিসু মপাম নুংঙাই হায়দুনা ইমুংগী অৱাৎপা খূদিং হায়রুবসু ঙমদে। অৱাৎপা ময়াম অদুগী ঙাইহাক লৈতনা

তেংথারুগদবসু ইকাই, লুখোইনসু য়াদে। অদুগীসু মথক্তা ইমুং অমমম হায়বদুসু ওইরবনিনা। ইমুংগী অৱাৎ-অপা অমদি লৈকাইগী দেব-কর্মা য়োংখায় শেনখায়গী হোৎনরিঙৈ মচা অপীকপদুগী মফি মরোন ফাওবা অফবা-অহেনবা শিনবীবা ঙমদে। পূন্নমক নীংশিংলুরগা কনাদনো খঙদে শান্তি মবূক অদু পঙৱাদা ৱারৌই। লুখোইসু নোংমগী পোৎথাবা ফংদনা শূই নোম্মী অদুবু মেনবা হেক্তা কোন্নদে। পূন্নমকসিগী মথক্তা মনম্মনা হায়রম্বা ৱাফমশিংদু নাকোংদা নিলদুনা লৈরি। অসুন্না শান্তি অমদি লুখোই অহিং অদো মমীৎ কল্লা অমা ফাওবা উইশিল্লু হায়বা য়াদনা মাগী-মাগী ফমুংদা লোংনা-লোংনা ৱাখল তৌরিঙৈ নোংঙাল্লকখিবা খঙহৌদে।

শান্তি কোল অমা পায়রগা ঈশিং শোকপা থোকলকই। মবুং রাজেনগা গম থেংনৈ।

"তামোচৌ কদায় চৎলুরিনো?"

"নখোয়দা লাক্লিনি, নঙগা ৱা অমা তান্নগে হায়দুনা।"

"অদুদি য়ূম চঙলুখিসি।" শান্তি মমায় লৈদুনা মবুংগা ময়ূমদা চঙলকই মাঙ্গোল মচিদা লৈরিবা মোরাদু মবুংদা পী।

"লুখোইদি লৈত্রা কদায়দা চৎখি।"

"থবক শূবা চৎখি তামোচৌ।"

"ফৈ-ফৈ, হন্দক্তী চাক্লৌবসে লুখোইসু য়াওনা কৌরগনি নখোয় ঙস্তানা লাক্কদবনি। অদু নঙগী দক্ষিনাদি করি ওইনা পীয়ুগে? মদু হংলুগেনা লাকপনি হায়রো-হায়রো।"

"তামোচৌনা ৱা অমা তান্নগে হায়বদুবু দক্ষিনাগী মতাংগীরা?"

"হোয়নে, মানীনে।"

"অদু তামোচৌ হন্দক্কী চাক্লৌবসিদি।" শান্তি হায়বা ঙমদনা লৈ।

"হায়য়ুনে করি অমত্তা চিংনগনু নঙগী অপাম্বদু হেক্তা হায়য়ু।"

"অদুগী নত্তে তামোচৌ।" রাজেন নোকফেৎনা–

"নখোয়সু করি অমত্তা পুরক্কনু নশা-নশাদা লাকউ।"

"হন্দক্কী চাক্কৌবসিদি ঐ লাক্করোইয়ে তামোচৌ।" রাজেন তিং লাউই।

"করিগী লাকলোইদৌরিবা? করি পেন্দবা লৈ ইবুংদা।" শান্তি খুম্বা ঙমদে।

"নঙনা চাক্কৌবা লাক্ত্রিবসে চহী কয়াদি শুরক্লে। হন্দকসু অমুক লাক্লোই হায়রিসিবু ইচলবু য়াম্না ব্বারব্রনে? নঙগীসি নবুং ঐঙোন্দা পেন্দবা অমদি লৈরে নৎত্রা?" রাজেন তৌফম খঙদনা পিরাং চেল্লপ নোন্থদুনা লৈ।

"তামোচৌদবু করিগী পেন্দবা লৈগদগে? ঐ কনাদসু ব্বারৌদেয়ে তামোচৌ ঐনা হায়বদি ঐখোয়গী ইচল ইচেশিংসু চাক্কৌদবা চহী অহুম শুরবনিনা কৃমশিদি চাক্কৌগে খল্লি অদু ঐনা ঋখোয়বু চাক্কৌরগা ঐনা অমুক চৎথোকপদু নুংঙাইরোইয়ে তামোচৌ।"

"এ, অদুগী ওইরবদি নখোয় অসিগী থবক ইখাং লোইশিল্লম্লগা নঙগী শাজেন্দা লোইরম্মু লুখোইনা লাকপদা নুংঙাইত্রবসু নঙগা সনাথোইগদি লৌবীরগে নঙগী তামোচানবু ওইরবসু ঐনবু ওইরবসু ঐখোয় ভেন্দুনা হেক্তা লৌরগে করি অমত্তা পুরক্কনু নচিন ননাওশিংদুদসু হায়রিবনি নখোয় করি অমত্তা পুরক্কনু অরেম্বদা শেন তিংনবা। ঐখোয়সু নঙসে ইচলনি নঙ মদু খঙউ নঙ লাক্তবা য়ারোই নঙগীদমক খল্লগনি কৌরিবসি। ঐ চৎলগে ঐখোয়না লৌবা লাকপদা ঙাইনহনগনু হনখিবসু চাক তোকপগা হেক হল্লু ঐনা থিনবীনি ঐ চৎলেকো শান্তি নঙগী অঙাং ওইরিবৈগী নরুং কনবদু তৌগনু।"

রাজেন মচলবু থেমবোই-চৈবোই তৌরম্লগা চৎখ্রে। করম্বা নিঙঙোলনা চাক্কৌবদবু চৎনীংলোইদগে। মচাগী নাতৈ চাদ্রবা মফিশিং মাগী মচু তাদ্রবা ফিজোনশিং মতমসিদ্বু করম্না শেৎ-চাগনি। সনা লুপা অমত্তা নপত্রবা পূমকোক কোক্লবা হকচাংনি খল্লুবদা কেনীংলুদে

হেন্দোকনীংদে ময়ূমদগী।

নুমিদাংনি লুখোইসু থবক হল্লক্লে চাক ঈশিং চারগা মচাগী মনাক্তা ফল্লগা মচাবু লাইরিক তাকপিরি। শান্তিসু চাকখুমগী থবক লোইশিল্লগা মপা মচাগী মনাক্তা ফল্লরি।

"ঙাশাইদো তামোচৌ লাক্লম্মী।"

"করি হায়রম্মিবা?"

"কূমশিদি নঙসু য়াওরগা চাক্লৌগনি হায়রম্মী। ঐনা ঐখোয়গীসু চাক্লৌগদৌরি ঐদি লাকপা ঙল্লরোই হায়খি।"

"শাউরমদ্রা? নঙনা চাক্লৌবা চৎতরিবসি কুইরে হন্দক্কা লাক্লরোই হায়বদুদা ইবাইদো শোয়দনা শাউরমগনি ঐ খঙই।"

"ইমা চৎলুসে ববাগা রিক্সো তোংলগা ঐখোয় অহুম চৎলুসে ইমা।" অঙাংনা খর হেল্লি নিঙঙোল চাক্লৌবা লাকপদা হরাওবসি। মমাগী মপামনা চাক্লৌররোই হায়বদা অঙাংনা হেন্না কপনীংই মনিঙাই তৌনীংই।

"ঐদি চৎলোই ঐখোয়সু কৌবনিনা নঙদি ঙাইহাক থবক লোইশিল্লগা নচাগা ফৎ চৎলুবা য়াইনা ইবাইখোয়না নুংঙাইরোইনে।"

"ইমা চৎলুসিকো।"

"অদুগীবুদি তামোচৌনসু হায়রম্মী থবক লোইরগা শাজেন লোইশিল্লগা লৈরম্মু ভেননা লৌরগে। চাক তোক্লগা অমুক নচল নচেশিং উনবা নংনবা থিনবীগে হায়বনি।"

"অদুদি চৎলু-চৎলু নুংঙাইতে। ইবাইখোয়না নুংঙাইরোই।" চহী অমগী অমুক্তা লাকপা নিঙঙোল চাক্লৌববু করম্না নিঙঙোল ওইবীনা চৎনীংলোইদগে?"

"ঐ চৎলোইদা শেৎনা চানবা ফি-রোন নাতৈ চাদেদা।" শান্তি উপায় লৈতনা খুমখি।

"ফরে-ফরে চৎকেরা-চৎলোইরা নঙনা অপাম্বদু হেক তৌরো।"

"মদু মখোয় তাচৌ চাক্লৌবদি হয়েংদা ঙায়রে শেনবু কমহায়না

তৌদৌরিনো কনাদগী পূরুসিগে?" লুখোই খুমদে নুংবঙনৈ, শান্তিসু মখা তাখিদরে। লুখোই চাক্কৌবগী দক্ষিনাগী শেনসি কদায়দগী তৌগনি কনাদগী হংলুগনি হায়বসিনা মহাক ঙাইহাক্তা পোৎথাবা ঙমদে। চারে-চানা খল্লি চৎলে-চৎনা খল্লি শূরে শূনা খল্লি। লুখোইগা শান্তিগা চাক্কৌবগী ৱারী শান্নরম্লগা থেঙজিল্লকপদুদা তূমথোকখ্রে। লুখোই মঙ অমা কন্না মঙলকই–

"নিপামচা নঙবু নচল নচেশিংদু কূমশিসু চাক্কৌবীরোইদ্রনে?"

"কৌনি ইমা অদুবু শেনদি লৈতরি কমদৌশিবনো খঙদে ঐ তৌফম খঙদে।"

"হোয়নে মদুসু লুরিবনি, অদুবু ৱারে হায়দুনা চাক্কৌবীদ্রবদি নচল নচেশিংদো মপূক্লীং য়াম্লা নুংশিরনিবো। পূবরা লঙবরা তৌরগা চাক্কৌবীয়ুকো নিপামচা।"

"হোয় ইমা কৌনিদা-কৌনিদা। ঐ লৈরিসিদি। কারিগী কৌদনি।"

"য়েংউ মহৌশা নঙনা অঙাং ওইরিঙৈ নচেশিংগী পুখমদগী নঙনা ঙা লাক্নুনা চাখিবদো নচেশিংনা নঙবু নুংশিনা নোক-নোক্নুনা তান্নখিবদো নীংশিংলিব্রা? নঙনা নপাদগী খর লাক্লগা চা, নচল তোম্বীদগী খর লাক্লগা চা, নিপানা নথন্তনিনা ননীং নখা তমখিবদো ইমাদি নীংশিংলি মতমদুগী নুংশিনবা মতৌদো কাউগনুকো নিংথেম।"

লুখোই মীকপ খঙথোক থোক্লকই, মমীৎতু পিগী ঈরা চেল্লকই অঙাং ওইরিঙৈ কাউবগী লৈরোন চনখ্রবা ৱারীদু মমানা মমঙদা চিংথোক্লম্বদুদা। চিংথোক্লক্লিবা লংজিন অদুদা লুখোই সুম ইন্নদুনা লাকই। মমানা থূপখ্রবা মতুংদা অৱাবা কয়া মায়য়োকমিন্নখিবা মচল মেমতোম্বী নীংশিংদবা ঙম্লক্তে।

"মেমতোম্বী চেঙদি য়ামহৌদরে কনাদগীনো পূরগা থোংলম্মু · ইনম্মনা হল্লক্লগা হনজিল্লগে হায়য়ু নখোয় তামোচৌনা থেংঙখ্রে

হায়দুনা ঙাঙবনা লোইরে ইনম্মা চৎলুখিগে। ঙসিদি থবক য়ামহৌদে থুনা হল্লক্কনি অঙাংদু তূমলিবনি মীকপ থোকলকপদা চাক খর ইনবীয়ু তোম্বী ইনম্মা চৎলে।" তোম্বী হায়বা মিংগৌসে শান্তি অমদি লুখোইনা মচলবু য়াম নুংশিনা কৌবা মিংগৌনি।

"চেঙ পূগদবসিবু কনাদগীনো? য়ূমলোন্নবশিংসু চেঙ ব্রাৎনবা মতমনি অদুদি অরৈবা খরসিনা থোংবা হায়বদুনি। মখোয় অনীনা থবক শূবনি ঐনা য়ূমদা লৈবনি ঐদি ঙসিগী চরা অসিমদি চাদ্রবসু খাঙবা ঙমগনি ইনম্মদি অঙাংসু চেনবনি মখোয়না চাজরসনু।" হল্লক্লে মখোয় অনী থবক শূবা চৎলুবদু। কূপলিবা চাক্তু হাংদোক্তুনা চাগদবগী থাংদোকই। খঙই লুখোই, মচল চাক চাখিদে হায়বা মনম্মসু খঙই। অরৈবা চাক্তুনা মখোয় অহুম চাখোম অমমম চামিন্নদুনা খাঙখিবা। অদুগুম্বা খুদোং চাদবা নুমিৎ অদু মখোয় অহুমদি মশীং খঙদনা থোকখ্রে।

লুখোই নিপানি পি মহাক তারক্কনু য়াদে। লুখোই সুৎ সুৎ কপ্পী। মতিন য়োৎথদুনা অমুক খল্লি। অসুম্না শেন লৈফম য়েংলকপদা নোং ঙাল্লগা তম্ফাজাওগী মনাক্তা চঙলগে লেপলে। খঙহৌদে নোং ঙাল্লকখিবসু। অয়ুক অঙনবনি, লুখোই তম্ফাজাওগী মাঙ্গোলদা মোরা অমদা ফমলি। তম্ফাজাওনা ইমুংদগী বাক্সি অমা কোল্লগা থোক্লকই। তম্ফাজাও ফামেলদা থারিবা ফক্তুদা অশাংবা শ্বর অমা হোন্দোক্লগা ফমথরকই। বাক্সিদু হাংদোক্লগা চে-চাং খর পুথোরকই। অদুগা শেনসু বাক্সি মনুংদগী বন্দল অমা লৌথোক্লকই।

"সে-সে নঙনা হায়বা শেনফমদু চুল্লব্রা য়েংঙউ।" হান্নদগী থীদুনা থল্লবা শেনফম মাল্লি তম্ফাজাওদি থীদরে। লুখোই তম্ফাজাওনা পীরিবা শেন্দু মশীং থী।

"চুমলে খুরা।"

লুখোই তম্ফাজাওগী বাক্সি মথক্তা লৈরিবা দলিন অদুদা সহি

তৌরম্লগা শেনদু পুরগা লাক্লে। তম্ফাজাওদি বাক্সি কোল্লগা ইমুংদা চঙখ্রে। লুখোই শেনদু পুরগা বজারদা লাকই। করম্বা দুকান্না ফগনি য়েং-য়েংদুনা চৎলি। মপোৎ শুনা য়াওবা অচৌবা দুকান অমদা চঙখ্রে। মচলশিংনা পামগদবা কৃপথনা য়েংলি।

খঙহৌদে মতম চাক্কৌবগী নুমিৎনা য়ৌরকখিবা। ঙসি হিয়াঙ্গেগী নীনি পানবা চাক্কৌবা নুমিৎনি। শান্তি মানা ঙমদুনা চাক্কৌবা চৎত্রে। মনম্মশিং মচল লাক্কুনা হরাও হরাও চাক চামিন্নরি। লুখোই মচে মচলদা য়েংলগা–

"ইচেহল-ইচেয়াই নৌপ্পানা থোংবসিবু হাউত্রো?" লুখোই ময়াদু ইহি হিগৎলদনা চাখোমগা হায়খি। মচে অনীদুসু খুম্মী–

"হাউই-হাউই, তাচৌনা পীজনীংনা থোংবনিনা শাথীনা হাওই।" মেমতোম্বীনা মখা তানা খুমখি।

"অদুনি-অদুনি নঙগী তামোচৌসে খূৎ ফাওবদি থুম্বনি।" মখোয় পূন্না নোকমিন্নে।

মখোয় লোয়না চাক তোক্লে মাঙ্গোলদা ফক থাদুনা মচল মচেশিংদু মথং মনাও নাইনা ফমহল্লে লুখোই ইমুংদগী অপাকপা প্লেট অমদা ক্বা মতপ অমমমগা শেন লুপা তরা-তরাগা হাপলগা পুথোক্লকই। ক্বাগা শেনগদু মথং মনাও নাইনা কৎপা লোইরে।

মেমতোম্বী মবুংগী চল্লবা দক্ষিনাদুদা থম্মোয়দা নুংঙাইবা হরাওবা পোকই। মবুংগী দক্ষিনাবু হরাও-হরাও লৌশিনখ্রে। অদুগা সোমর্দদি মচে অনীদু মমীৎ মমীৎতু শৃক্তোক্কুনা পৈনা-পৈনা য়েংনৈ। মব্বা মরীন ঙাঙনদে। মৌপ্পাগী দক্ষিনাদু পাক লৌশিন্নদে থম্মোয় মনুংদা খন্নে। থম্মোয়গী মমি মায়থোংদ তাই হায়বসি অচুম্বনি। মচে অনীগী থম্মোয়নুংগী ব্বা লুখোই চপ চানা খঙই। থম্মোয়গী মায়থোংদুনা তাকই।

থোইনুবী– "করিনো তৌরকইবা মতৌসিবো মসি থোক্কনি হায়দুনা ঐনা নাহলদনা ব্বাচৎ ব্বানোল্লম্বনি ঐবু ঙসিসে যূমদুদা করম্না

হনজিনখিনি, ইচীন ইনাওশিংদুগী মমাঙদা ইমায়সি করম্না উৎলুগনি অস ওন্থোক্লা ইকাইখ্রেদা।”

অমুসনা– “ঙসিদি শিরেদনা, ইনাওশিংদুদি ঐ হেক য়ৌখিবগা মথন মথন হূপচিন্নরক্কনি ইচেহলগী করি কৎলকই হংলক্কনি ঐবু করি হায়না খুমদোইনো লোইরেদনা ঙসিদি ঐবু করম তৌসিবা!”

অসুম্না মখোয় অনীনা পঙথরিঙৈ লুখোই মাঙ্গোল কাচিন্দ কূপতুনা থমলিবা দক্ষিনাশিংদু হাইদোকপা হৌরকই।

“ইচেহল-ইচেয়াই নৌপ্পাগী দক্ষিনাসি খোয়দাদ্রব্রা? শোমদা অমুক্তা ওনশিনবীরকউ।” মখোয় অহুমমক লৈশন্দুনা য়েংই। কাচিন মনুংগী অরং অরাক ময়ামদু উরুবদা মচে অনীদি মখোয়না খল্লম্বগা খেন্নরম্বদুদা ময়াদু ইহি হিগৎলদনা নোক্লকই। মেমতোম্বীদি পূমঙক ঙকখ্রে মমীৎ মনা লংখৎতুনা থম্মোয়নুংদা লোন্না হংজৈ।

“অসুক মমল য়াম্লবা দক্ষিনাসিবু তামোচৌনা কদায়দগী শেননা লৈরিবা হুম ঐ চিংনদবা ঙমদে করি করম্না কদায়দগীনা লৈরিবা?” লুখোই মেমতোম্বীগী থম্মোয়গী ৱাহংদু থুগায়দুনা হায়রকই–

“ৱাসিং মেচিন অসিনা ইচেহলগী অদুগা ফ্রিজ অসিনা ইচেয়াইগী অদুগা কল্লর টি:ভি: অসিনা ইচল তোম্বীগী। সে থেংখিনবনি কান্নদে ঐ রিক্সো অহুম ফারুখিগে পোৎ চৈশিংসি হাপখিনবা।”

অমুসনা– “এ ইবুংঙো পোৎ চৈসিদি হাপখিনবা ভেন লাক্কনি। থোইনুবী নঙগীসু ভেন্না লৌরনি হায়বদাইনে?”

“অঙ, লৌরনি অদু ইবুংঙো রিক্সোদু মেমতোম্বীগীদ ফাবিরকও ইচেহল ইবানীগীদি য়ারনি।”

লুখোই মচল তোম্বীগী টি:ভি: হাপখিনবা রিক্সো ফাবা থোকখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা লুখোই রিক্সো অমগা চঙলকলে। ঙাইহাক্তু মরাঙ মরাঙই মচলগী হাপলিঙৈ মচে অনীগী ভেন্দু মথং মথং তুংথা-মাঙথা

থৌজিল্লক্লে। মেমতোম্বী ওইরিবা ফীভমদু খঙনীংদুনা ঙাইহাক চোন্থনা লৈনীংবনি অদুবু ইরাং খঙবা মবুংনা প্রপ-প্রপ রিক্সো কৌরুদুনা মবুংনা নুংশিনা পীরিবা টি:ভি: রিক্সো মথক্তা হাপকৎপনা হানখি।

"তামোচৌ নঙগী দক্ষিনাসি ঐ পুবা ঙমলোইয়ে তামোচৌ ইনম্মা।"

"ইচল তোম্বী, নঙ অদুম্মা হায়গনু ঙসিদি ইবুংনা পীরিবসি হরাওনা পুখো।"

"ইচল তোম্বী নিঙঙোল চাক্লৌবা নুমিৎসে থেঙনা চৎপা ফত্তে নফি নরোন হোংলুরো রিক্সোসে কুইনা ঙাইবা নুংঙাইরোই ঙসিদি মখোয়গী শেন তানবা নুমিৎনি চঙঙো-চঙঙো ইমুংদা।

"হোয় ইনম্মা।" মখোয় অহুমগী মায়থোং মান্নদে মদু পূম্নমক লুখোই, শান্তি খঙই।

"শান্তি ইচেশিংগী ইচল তোম্বীগী করি-করিনো য়েংলগা হাপপিখো।"

"হোয়-হোয়।"

মেমতোম্বীসু মচে অনীসু মফি হোংজিন্দুনা চৎনবা শেম-শাবা লোইনরে। মখোয় মথং-মথং মপামদা লাক্লগা পি তাহৈদে কপহৈদে হায়বদুনা কপতনবা খাঙই। অসুম্না মচে অনীদুদি নোক-খেদুনা ভেন্দা মথং-মথং কাখৎখরে অদুগা মেমতোম্বীনা নুংবঙননা রিক্সো মথক্তা কাখৎলগা টি:ভি: দু শেন্ননা ফমখ্রে। মেমতোম্বী রিক্সো তোংনা-তোংনা খল্লি– "ঙসিদি টি:ভি: পুদুনা লাক্লে হয়েংদি দক্ষিনাশিংসি কদায়দগী শেননা তৌরিবনো হায়বা অশেংবা অমদি খঙদবা য়াদে।"

মেমতোম্বী অসুম খন্না মবৃক্তু চিংনা-চিংননা ময়ূম য়ৌরক্লে। ময়ূম য়ৌরকপদুদসু ব্রায় পুরকইবা দক্ষিনা অদু মপুরোইবনদি য়াদবনি। অদুবু মাসু পুনীংদুনা পুরকপা নত্তে।

নুমিদাংনী মেমতোম্বী অমদি শরত তূম্বা য়াদে ফনা থেঙলে মী পূম খূদিংদি নুংঙাইনা তূম্নখ্রে, শরত মেমতোম্বীদা য়েংলগা হায়রকই–

"মেমতোম্বী নঙগী টি:ভি: সি পানখৎতুনা য়েংখিনুশি ইবাইগী ফীভম কৃপনা য়েংখিসি, ঐসু চিংনদবা ঙমদে ইবাইদো লাইরজরবসু মীনা লাকচবা য়াদবা মীনি। মরিংজেল খাবনি ঐ খঙই। নোংমগী চাকখাও হাঙদনবা অফং-অফংবা শৃদুনা হাতে-হাতে তান্দুনা চারিবা মখোয়না অসুক মমল য়াম্বা দক্ষিনাশিংসি পীবা ঙম্নবা হোৎনবদা করিনো অমদি সোয়দনা তৌরমগদ্রা খল্লি।"

"অদুনি ঐনা খল্লিসু মবৃক ফাওবা থন্না চাবা ফংদবা মানা কদায়দগী শেননা লাঙলিবনো ঐ ঙকই। নোং হেক ঙানবগা ঐ চৎকনি অশেংবা অমদি খঙদবা য়াদে। ঐ থম্মোয়সি হরাওবা ঙমদে, মখোয় তামো। ঐদি পুজরোই হায়জবনি অদুবু ইনম্মগা তাচৌগনা য়াদদুনা পুরকপনি।"

"নখোয় নচে অনীদুদি দক্ষিনাশিংদো উবদা ময়াদু হিগৎলম্লনিনে। নুংঙাইবনা অৱাবা খঙদবা হায়বদো মখোয় অদুনি।"

মেমতোম্বী ইকাই, তশেংনা ইকাই। মরু থেক লূকথৈ মচেশিংদুগী খনবদা।

"ইবাইগী মচিং মশোন্দুগা নখোয়গী নচে অনী অদুগী চক্রি মতাদুগদা ইবাইনা তৌগে য়াওনা তৌবা ওইরিনি।"

অহিংদো ৱারী শানা-শানা লোইখরে। অয়ুক অঙনবনি মেমতোম্বী তহা-তহা থোঙ্গালদা চঙলকই। মহাক সুমাং মতোন য়ৌরকপদগী উরে থোঙদু শো লোনবা। লাঙতক্লনা মাঙ্গোল কাখৎলকই মমীৎ অনীদু তথক-তথক পিরাং পিরোইননা কোয়না য়েংই। তপথবা ঙমদে নাহলদগী চিংনরম্বা পুম্নমক অচুম্বা ওইরমাল্লে খন্না তহা-তহা কৌই– "তাচৌ-ইনম্ম, নেনগী সনাথোই নখোয়বু কদায়দা লৈবনো? নেনে লাকইয়ে সনাথোই, নখোয়বু কদায়দা চৎলবনো নেনেগী সনাথোই।"

মেমতোম্বীনা কপ-কপতুনা থম্মোয় শোক্লা কৌবদুদা য়ূমলোন্নবা তম্ফাজাওদু তারমাল্লে মেমতোম্বীগী মনাক্তা চঙলকই–

"ইবেম্মা মেমতোম্বী কৌরুরনু তাররোই নবুংদো মওং অমনি। ঐনদি খামজবনি চৎখিগনু অসুম লৈমিন্নসি নঙনা ঙম্বা মতমদা অদুম হন্দোকউ খুরাদি ইয়াদা য়াই হায়জবনি অদুবু নবুংনা য়াদে।"

"খুরা ঐ ইংখোলসি হন্দোকপা ঙমদরিবা ফাওবদি লাংফৈ চৎখিগে ইংখোল অসিদা থারিবা মহয়-মরোংসি খুরানা অদুম চাবীয়ু অদুগা ইংখোল শম্বলসি শোংদনবা মনা মশীং থাজিন্দুনা খুরানা নীংথিনা য়েংশিনবীয়ু সে খুরা শোসি পায়শিনবীরো। নবুংদো ঐনা খাম্বা য়াদনা ননম্মসু সনাথোইসু পুদুনা ঐঙোন্দা শো শিন্নরল্লগা য়াম্না ঙন্না মী হৌগৎনদরিঙৈদা চৎখ্রে। নখোয়না চৎলিবদুবু মফম কদায়দনো হায়দুনা খুরানা হংবনি মদুসু তাকউ য়াদে। খুরা মফম খঙদরি চৎখ্রবদি থোক্ল-থোক্লবা লাকচগনি, ঐ নিপানি খুরাদা বন্ধান থমলমলিবা ইংখোলসে হন্দোকপা ঙমদরিবা ফাওবা চহী কয়া ওইরবসু য়ূমসিদা হল্লকখিরোই সিখক্তী হায়রম্মী, ইবেম্মা।"

"তাচৌ নঙগী দক্ষিনাসে ঐ পামদে, নঙ য়ূমসিদা হল্লকখো, তাচৌ য়ূমসি থাদোক্তুনা চৎখিগনো তাচৌ ইনম্মা। নেনেগী সনাথোই নখোয় য়ূমসিদা হল্লকখোনে সনাথোই নেনবু মৈচাকসে পুদুনা করম্না খাঙউগেনে? নখোয়বু কদায়দনো চৎলিবা? তাচৌ নঙনা য়ূমসি থাদোক্তুনা চৎনবগীরা নঙনা ঐখোয়বু চাক্কৌবীরিবা। নখোয় হল্লকখো নেনেগী সনাথোই নঙসু নৌনা লায়রবগী চৈথেং ফংলবকো। ঐনা চিংনরম্বা পূম্নমক চুম্লম্লবা।"

মেমতোম্বী ঙসিদি মাগী থিংবা ঙমদ্রবা পিদু খাম্বীনবা লৈতনা মখোয়গী মাঙ্গোলগী উখোকতেন্দুদা ঙারগা মনীং তম্না শিন্থবি। নুংশিরবা মবুং অমদি মনম্মা লোয়ননা সনাথাইবু কৌ-কৌদুনা।"

সোমদনা লুখোই শান্তি পোৎয়োমশিংদুগা মচাগী মখূৎতু শম্লগা সুম লাকপনা লমলোঙ অমদা লেপ্পী।

"ববাগী সনাথোই নঙ নমাগা নীংথিনা লৈরম্মুকো লাইরিক কন্না পাউকো ইচাদি মরম ওকপনি।" লুখোই মচাবু থাংগৎতুনা মচাগী নুংশিরবা মমায় মচাদুদা হন্না-হন্না চূপ্পী মমীৎ অনীদুদি পিনা পিক থনখিবনা নুংশিরবা মচাদু মপূং ফানা উবা ঙম্লমদে অদুবু মচাদো অমুক লেপহল্লগা মকোক্তগী মখোঙ ফাওবা নানবীরগা মখা তানা হায়রকই–

"ববা চৎলুখিগে নমা নচা নকোক ফাওবা চীক্তবা ওইয়ুকো।"

"ববা নঙ শেন য়াম পুরগা থুনা হল্লকউকো।"

সনাথোইগী হায়ফম তৌফম খঙদবা ব্বাহৈনি, ব্বাহৈ খর অদুদা তাইনদুনা সনাথোই মপাবু য়েংলগা কপ্পী। মচাগী মতৌদু য়েংলগা মখোয় অনীসু কপ্পী। লুখোই শিন্থরিবা পিদু শৎ তৈথোক্লগা হায়রকই–

"উম, ববা শেন য়াম্না পুরগা থুনা ইচাগী নাক্তা হল্লক্কনি।" শান্তি মপুরোইবগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী থম্মোয়নুংদা মপুরোইববু চেৎনা থাগোনজৈ। তাঞ্জা অদুদা গাড়ী অমা লাকই, লুখোই গাড়ী অদু খাম্লগা মচা অমদি শান্তিবু য়েংলম্লগা গাড়ীদুদা কাখৎখরে। লুখোইনা গাড়ী অদু হেক কাখৎখিবগা থৌখরে। মমা মচা থৌগ্রবা গাড়ী অদু য়েংলগা লৈহৌই। গাড়ীদুনা মীৎয়েংগী ব্বাংমা লানখ্রবদা শান্তি মচাগী মখূৎ অদু শম্লগা খোমজিনবা ঙমদ্রবা ব্বাখলশিংগা ইরোয়ননা মমীৎ অনীদু পিনা পিক থল্লদুনা মপামগী খাইজিনফম লৈরক অদুদা লূম্লবা খোঙথাং অদুগা তপনা-তপনা লৈশিনখরে।○

# লোইরেদনা ঙসিদি

'ওজা মাধব, মীৎ পাঙনা-পাঙনা মঙ মঙলি।'

"ঙসিগী খোঙথাংসিবু করম্বা খোঙথাংনো ঙন্তানা হেক চোপ্লীদা। নুপীগী থম্মোয় লৈনাগুম থোৎলি খল্লুবা নুঙগুম্না কল্লমলে, থোৎলবা লৈনাগী লৈকা খূদিং থৌরবা তিংখংনা য়োল্লমলে, নুপীমুক লুবসে সংসারসিদা লৈরমদ্রে। ঙসিগীদি খরবু ফরনি হয়েং নোং ঙাল্লক্লবদি মৈবু ফিনা কূপ্লা য়াদবগুম লৈবাক পুংজাও থীলক্লগনি ঐবু কমদৌসিবা? ওম্বোক্লা ইকাইখ্রেদা। ঙসিসে মঙ ওইরম্লবদি কয়াদা নুংঙাইগদবা? ফাজিনবা ঙমহৌদ্রবা থম্মোয়সিনা থৌজিন্দুনা ইখূৎসি ফুটখায়মুক্তা হেনজিল্লুবদা শাংলবা পুন্সি খোঙচৎ অসিমা ইকাই ফিরুক খুল্লবা! ওম্বোক্লা চোপখ্রেদা ইজ্জৎ পূম্বা পূমমাঙ হেক মাঙইদা। ইমা ইপানদি ইথন্তা পোকই হায়দুনা খুদোলনা কক শোক্তনা নুমিৎ-থা য়েংবগুম য়েংদুনা নাল্লগা থম্বনিকো। মীয়াম্নসু ওজা-ওজা লোইরেদনা ঙসিদি। পুন্সিদা কাউবা খক ঙল্লরোইদ্রবা থৌদোক অমনি।

ওজা মাধব ময়াম চঙদুনা নেৎপগা কাওবগা থিনবগা ঙাইহাক্তংদি ফুটবোলগা চপ মান্নখ্রে, উপায় লৈখিদে খাঙবা নত্তনা। মীয়াম্না ফূবা য়াবা ফূথখ্রবগী অকায়বা মমায় অদু লূকথদুনা গাড়ীগী সিত অদুদা খজিক্তা নপলগা মখোঙ খুকউ অনীগী কারক্তা মকোক্তু লোনশিল্লগা য়োৎনা শোক্লবা হঙঙোইগুম ব্রাখলনা মংদুনা ফমলিঙৈ ময়ামদো মখোয়দা কায়রকপা লাল্লকপদি নত্তবনিনা ওজা মাধবতা য়েংলম-য়েংলমলগা গাড়ীদগী মথং-মথং কুমথনখ্রে।

ককচীংদগী ইম্ফাল হাইগৎকদবা বসনি, রাধা গাড়ী নংহৌররোই খন্না পার্কিং তম্না পোংহল্লাই মপুন চানীগা চুজাক চামগা হাপ্লবা খাউ অনীদু মল্লবা সাইকল অমদা হাপচিল্লগা হোবে-হোবে ইল্লকই। ললোনবীশিংদি গাড়ী অদুনা মী ফনা চিল্লবসু মখোয়বুদি খক থল্লমদে। রাধানা পাখৎনা ইল্লকইবদু উবদা থৌবা হৌরুরবা গাড়ীদু খামখি, অদুগা খাউ অনীদু হেন্দিমেন্দুনা গাড়ী অদুগী মথক্তা হাপকৎখরে। মাগী মল্লবা সাইকল অদুনা দুকান অমদা থল্লল্লগা রাধাসু গাড়ীদা কাখৎলক্লে। মবূক থন্দুনা থৌবা হৌরল্লবা গাড়ীনিনা সিত্তগী হাইদোকখিবা ময়াইগী চৎফম লম্বী অদু মীনা কূক-কূক ইন্ননা লেপ্লী। মীয়াম ইন্নরিবা অদুদা রাধাসু য়াওরি, ওজা মাধবকী ফমফম অদুগা তপ পক্লা রাধা লেপ্লী। রাধা কনা ফমলি কনা লৈ হায়বা নীং-মাঙ য়েংদে, হিংনবগী লানফমদা লান্থেংনরিবা মচা য়োক-থাকপা ঙম্নবা হোৎনরিবা মীশকনি।

মনিপুরগী গাড়ী খুত্তোংসিদি নুপীগী সাইদ নিপাগী সাইদ হায়বা নাইদে, সিত অফং-অফংবা পঙফম ফমনৈ, চম্নবগীনি খঙদে হঙ্গোইনদবগীনি খঙদে। তৌবগীদি মসি অমরোমদা য়েংলুরগদি অদুক্কী মতীক চম্না হিংমিন্নে হঙ্গোইনদে হায়বগী খুদমনি। মহৌশাদগী নিপা হায়বা অসিনা অচৌবা মীগী ব্রাখল্লোন চেনবগুম উই। নুপীনা লেপলগা নিপা মখোয়না সিত্তা নুংঙাইনা ফম্বসি মখোয়দা কয়া নুংঙাইজদবা অমদি পোকপা মাল্লি। মাধবকী মনাক্তা চিন্না লেপলিবী রাধাবু মাধবনা মাগী সিত্তুদা ফম্নবা হায়রম্মী। মাধব মীয়াম্না ওজা মাধব হায়দুনা ইকাই খুমনৈ। ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংনিনা মীয়াম্নসু শক-খঙনৈ। মাধব, রাধাগী তুংয়ানদু উবদা হাইফেত্তী চিংনৈ। রাধা ফুট মঙা ইঞ্চি মরি ব্রাংই, মনিপুরগী নুপীশিংগী হায়রুরবদি মী অপীকপনি হায়বদি য়াদ্রে।

"ইবেম্মা নঙবু কদায় য়ৌগদৌরিনো? ইম্ফাল য়ৌগদবা ওইরবদি সিতসিদা ফম্মুসে।"

মাধব ফন্নম্বদগী হৌগৎলি, রাধা ব্রা-লান ঙাঙদে সিত্তুদা ফমগদবগী মমায় লৈশিল্লকপদা ওজা মাধবকা হকথেংনরুই। মখোয় অনীমক শ্বাই লাউনখি ঙাইহাক্তং ঙক্লপনা মীৎচান্নখি। রাধা ইকাইরপ সিত্তুদা ফমথখি। ওজা মাধবতি লেপনা-লেপনা মঙ মঙ-মঙবা হৌরকই।

"রাধা মতম কুইরবগী তুংসিদা ঙসিদি ইখঙ-খঙহৌদনা বস মনুং অসিদা থেংনররে, নীংঙমখিদেকো মতমদো। নফমদা ফোঙদোক্লীংবা ব্রাহে কয়া-কয়ানি, অচীকপদা ফম্মীন্নদুনা শান্ননীংবা ব্রারী লীশিং-লীশিংনি। অসুক কুইবা মতমসে নাহলমখৈ কদায়দা লোৎলুবা? ঙসি থেংনরিবা মফম অসিনা অচীকপা লৈকোন অমদা নৎত্রগা, থরো-থম্বালনা ফুগায়না শাৎলবা নীংথিরবা পাৎ অমগী মপান্দা ওইরন্নবদি থম্মোয়সিনা কয়াদা পেল্লমগদবা।

লৈত-লাইরগী লানথেংনরিঙৈ খোমজিনজবা ঙমদ্রবা নঙগী ফারবা শন্নাংদো ইখূৎসিনা নীংথিনা খোমজিনবীদুনা, লৈখল শুনা শাৎলবা লৈকোন অদুদগী ফজরবা লৈরাং অমা হেক্লগা নঙগী নাপ্পদা চিনবীরমগনি। হায়নরক্কনি মদুদা, লৈরাংশিংনা নঙগুম্না ফজবা লৈতে মালেমসিদা। য়েংউ রাধা নঙগী নুংশিরবা তনৌ-তনৌরবী মায়থোংসিনা ঐগী থম্মোয়বু কয়াদা ওৎহনবীরিবা? লোম্হোক্রবা থম্মোয়সে ঙসিদি মরোন লোল্লক্লে। মসিবু নঙগী করম্বা মায়ানো? মফম মতম চাদ্রবসু নঙ-ঐগী নুংগী ওইবা ব্রারীশিংদো অমুক্তংদি শেংদোক্লখিসি রাধা।"

"ওজা কদায় য়ৌবীদোইনো ভারা লৌগে।"

মাধব ইখং-খংই, অদুবু ভারাদো রাধাগীসু য়াওনা পীনীংই, পীরুরগনা মাগী নুপীনা করি খনখিনি। অশেংবনি রাধাগী ভারাদুবু হেক পীরুবদা হোরেলদি ইমুং মহী লাঙননি য়ূম কায়নগদবা থবক্লী। মাধব রাধাগী ভারা পীনীং-পীনীংনা মফম মতম চাখিদবদুগী হেন্দিমেন্দুদা তাইননীংই।

"হেন্দিমেনসিসুনে থৌবাল ডি:সি: হেল্লগা লৌবা য়াবা ভারাসে পৃক-পৃক হেক পাখৎলদনা।"

"ওজা তাবীদ্রব্রা ভারা লৌগে।"

"সে ইবুংঙো সেক্রেটরিয়েত্তনি।" খর শাউনীংলপ পীখি।

রাধাগা থংননা ফম্মীন্নরিবী চন্দ্রাবলী মাধবতা শাউরংননা য়েংই। চন্দ্রাবলীগী মীৎয়েং অদুগী অর্থ রাধানা খঙলমদে, চন্দ্রাবলী থম্মোয়নুংগী ইহুল কনখৎলকই।

মীনুংশি চাউবা থৌজাল হৈবসে, মথুনসে ঙাইহাক ফাওবা সিতসিদা ফম্বা ফংলোইদবনি, মীশোন খাঙঙমদদুনা লমজা পুই হায়বদো হেক থোকইদা মসিগী নিপাসে। চন্দ্রাবলীনা সুম খল্লিঁঙে সোরা য়ৌরক্লে। সোরা নুপী অদুনা কারকপদসু রাধাদা তৌবগুম তৌখিবনি। মতাইদা ফম্লম্বী সোরা নুপীদু কুমথখরে। ওজা মাধব অমুক ফমথরক্লে। হন্দক্তী রাধানা ময়াই থংলে চন্দ্রাবলীনা থোঙনাউগা তাইননা ফম্মী।

চন্দ্রাবলী নোয়-পেল্লি, কুচু ঙৌই রাশিদি কয়া য়াওদে। রাধাদগী মানা ঙৌবা খজিক হেল্লপনা উই, অদুবু পঙখেন-খেন্নবদি নত্তে। চন্দ্রাবলী থবক তৌবীনি অদুম ওইনা থোইদোক্লা পোঙথোক চাউথোকপা মীওইদি নত্তে। ইচম-চমজবীনি মপুরোইববু লুনা খনজবীনি, মপুরোইবগী চীংলেম্বা মতৌবু কল্লকচনা খম্বলজবীনি। মপুরোইবদা কনানসু মীৎয়েং চঙহননীংদে মাগী থম্মোয়দা লাৎচবদগী হেন্না, মীনা খজিক্তা য়েংলকপদা পাম্মুজে। করিগুম্বা মাধবনা নুপী ওইরম্লবা চন্দ্রাবলীনা নিপা ওইরম্লবা, মাগী নুপীগী খম্বলদা মী ফনা য়াম্নদি ফুনগদবা মীতানি। মীওইবা হায়বসে অকক্নবা নিয়ম লৈত্রবসু তৌবগীদি অচৌবগা-অচৌবগা, মচাগা-মচাগা, লায়রবগা-লায়রবগা, ইনাক খুনবগা-ইনাক খুনবগা মহৌশাদগী চৎমিন্নদুনা লাকই। অনেম অৱাং অমদি অচৌ পীশক্কী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবা কৌবা পল অদুনা পুনশিন্নবা য়াদ্রবা, নকশিন্নবা ঙমদ্রবা শম্বল অমগুম খাদুনা থম্বগুম

তৌই। খারিবা শম্বল অদু করিগুম্বা মতমদা নমখায়দুনা চৎখিবা য়াওদবদি নত্তে, মদুদি অতাঙবনি।

মীওইবগী ফিজেৎ-চাকচা অদু য়েংলগা মীদুনা পাল্লমগদবা য়ূম্বাল, অমদি হিংলমগদবা মহিং, লেলমগদবা পুক্সি মরেন্দু খঙবা ঙস্মী হায়বসি অচুম্বনি। রাধা ফিমায় চায়রবা পারপ্পা লৈ মচুগী ইন্নফি অমা ইল্লি, ইচু তারবা তুকথরবা উরেঙ মচুগী ফনেক অমা শেৎলি। মাগী ওইরিবা ফীভম অদুদা নাক-য়েত্তা ফমলিবা মশা নাল্লবা অনী অদুগী মমাঙদা ইকাইবা পোকই। চন্দ্রাবলী ঙৌরুনবা মচুদা হিগোক মচুগী লৈ মচা-মচা শাৎপা ইন্নফি অমনা সাড়ী মতেক শেৎলি। ফনেক্লা তীল্লখৎ মচুগী মপান নাইবী অমা শেৎলি। মনাদা নানপ্পী অপাকপা অমা, মঙক্তা পীকতকপা সনা মরী অমা, খূজি-খূদোপ, রাধা, ওইরিবা ফীভম অদুদা হৈনদবা পোকই। করম থোক্লা ফমলুরবনো খল্লি মমায় মমীৎ ফং-ফং শাগৎলি।

"ওজা ঐ হৌগৎচরগে।" মাধব ভাব তাই।

"করিনো? কূমগে হায়রিরো? বজার য়ৌগদবা নৎত্রনে?

"বজারবুদি য়ৌগদবনি।"

"অদুদি ফম্মুদনা বজার য়ৌবা ফাওবা লেপলবদি ৱাগনি ফম্মু-ফম্মু। মাধব, রাধা হৌগৎখিনি পাখৎনা হায়খিবনি। রাধা ইকাইবোই হঙ্গোইবোই অমুক ফমথরকই। চন্দ্রাবলীদি খল্লি, হৌগৎগ্রবদি ফগনিদা। মানা রাধাবু হৌগৎহনীংবগী মরম লৈ। রাধাগী মফি মরোন অদুদা নত্তে।

রাধানা মনাক্তা ফম্লবদো মহাক তশেংনা খোয়রাংই লৈতাফম খঙদে, মরমদি রাধা রাশি গুণনা য়োম্লবী য়েংবগী পেনবা নাইদবী য়েংনীংদুনতা লৈরবী মীৎফম খজিক ফাওবা হোংনীংদবী নুপীনি। নুপী মহাক্লা ফাওবা মীৎফম হোংনীংদবী নুপী অদু নিপা নহানদি করম তৌরমগনি। মপুরোইবগা লেংগ-লেংগা পাম্বোমগ-পাম্বোমগা কূক-কূক ঙান্ননা ফম্মীন্নরিবদু উবদা চন্দ্রাবলী খোইদৌ থীৎলি, মীৎ-নাই।

মহাক মীনদি পূকচেল চাউবীনি হায়নৈ, অদুবু মপুরোইবগী কাদদি কনা অমত্তনা মীৎয়েং চঙহননীংদে পূজা তৌজরিবীনি। নোয় পেল্লবা হকচাংদু ঙসিদি থোঙনাউ ময়াদা চপশিন্দুনা শূপচিন্দুনা ফম্মী। মদুগী মরম লৈ। মপুবোইববু খম্বলজবনা রাধাগা কা হেন্না ঙানদনবনি। মপূক্লীংদদি খল্লিবনি ময়াই থংগে হায়সিবা। মদু হায়রুরগনা মপুরোইবনা মাবু পূকচেল পীকপীনি খনখিরোইদ্রা? মথন্তা হংজবা ব্রাহংনি। চন্দ্রাবলী মপুবোইবগা রাধাগা ফমলিবদু হাঙনবা হোৎনবদা মীনদি খঙদনা তশেংনা হুমাং কাংলে।

তশেংবনি, চন্দ্রাবলীগী থম্মোয়দো তপথবা ঙম্লক্তে। থম্মোয়নুংদা হুল্লিবা মিহুলদু খোঙজেন য়াঙখৎলকই। গাড়ী জক্কিং খূদিংগী থম্মায়নুংগী খম্বলবসু মশীং হেনগৎলকই, চিনবান্দদি অমত্তা ফোঙদোক্তে। চন্দ্রাবলীগী থম্মোয়নদি খঙনীংই, মপুরোইবগা খঙনবা মানবা ব্রাহৈশিংদুদা।

"নুপী নঙবু কনানো? নঙগী মীৎয়েং খূদিং থম্মোয়দা মরোল লোল্লি। নঙগী তনৌ-তনৌরবী নুংশিরবা মায়থোং কল্লকপনা থূমহৎলি। ফজবা নুংশিবা কৌবা পোৎশক্তুনা পূনশিন্দুনা শেমলকপরা? ইকাইরপ তৌনা য়েংথোক্লকপা নঙগী মীৎয়েংনা থম্মোয়বু হুমদুনা পুখিবগুম তৌই। লৈরমগনি তাইবং অসিদা নঙগীদমক শিবা কিদবা নিপা কয়া। নঙগী থাউ তৈবীদ্রবা শম্লাং মনজুনরবা ফিজোলশিং সনা লুপা অমত্তা নপত্রবা ইকোক-কোক্লবা নতৌ, হেন্না নুংশিহল্লি। চূবা ময়া তারকপা পূমতক তাবা ঙকশম ময়ামদগী তোপ-তোপনা ফজে। নঙগী ওইরিবা ফীভম অসিদদি নঙ খর ব্রানা লেল্লে হায়বসি নঙনা হায়দ্রবসু খঙবা ঙম্মী। নঙনা নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদা লৈরম্লবদি সনা লুপানা লৈতেংদুনা ফজরবা ফিজোলগা শেৎ চারবদি নঙগুম্না ফজবসি খুন্নাইসিদা লৈরম্লোই। ফজবগী শীংথাবদা কবিশিংনা স্বগগী লাইরেম্বীবু শীংথানৈ। করিগুম্বা লৈরম্বা তারবদি স্বগগী লাইরেম্বী অদুনা নঙবু

উবদা মহাক শোয়দনা ইকাইরমগনি।”

“থৌবাল ডি:সি: য়াওরিরো।”

চন্দ্রাবলী খংব্রেৎ খংই, ফন্নম্বদগী ফুক হৌগৎলি।

“য়াওরি-য়াওরি।” গাড়ীদু ঙাইহাক্তং খাম্মী। চন্দ্রাবলি মপুরোইবদা খোয়রাংনা য়েংলগা,

“ওজা, লৈহৌরগে কয়াম থেঙলক্কদৌরিবনো? পঙথেঙদি থেঙবিরক্কনুকো।”

“থেঙলকলোইদা ব্রারীদা শান্নরম্লগা হল্লক্কদবনি।” চন্দ্রাবলী গাড়ীদগী কুমথখরে।

রাধা, ওজা মাধবকা চন্দ্রাবলীগা অতেনবা ব্রাহৈ খর হায়নখিবদো ইখং-খংই অদুগীসু মথক্তা চন্দ্রাবলীগা ফিজেৎ-চাকশেৎ খেন্নমনখিবদুদা শ্বর ফাওবা হেয়নফম খঙম্দিবনি ইকাই হঙ্গোইনা হৈনদনা ফমখিবনি। চন্দ্রাবলীনা কুমথখিবদগীদি রাধা অহাঙবগী শ্বর অমা শাংনা হোনদোকচৈ। মাধবসু নীং-তম্বগী অশাংবা শ্বর অমা হোনদোকখি। রাধা, মাধবতা য়েংলগা–

“হৌজিক্কী নুপী অদুবু ওজাগী নুপীরা?” রাধা চিংনবা অমদি খঙনীংবগা লোয়নবা ব্রাহংনি। মাধব, রাধাগী মফমদা চন্দ্রাবলীবু মাগী নুপীনি হায়নীংদে ব্রাহংদু থৈদোক্তুনা খুমখি–

“নত্তে লৈকাইগী ইচলনি।”

“ব্রাহৈশিংদুদি।”

“আ, উম, নুমীদাংব্রাইরমদু লৈকাইগী মিটিং অমা লৈবা অদুননি।” হৈংশিংনা খুল্লকপা মাধবকী পাইরক ব্রাহৈশিংদুদা বাধা চিংনরম্বা পৃম্বা মমি শামখিবগুম তৌই।

রাধাগী ফিজোন্না মাগী ফজববুদি নমথহনখিবা খক ঙমখিদে তশেংনা মাধব রাধাগী ফজবদা ঙাওই। রাধানা সিত্তুদা ফম্বদো পোমশাৎনরিবী থম্বাল অমা সিত্তুদগী হৌরকইবোইনা নীংই। অউবা

খূদিংগী থম্মোয়সু চিংশিল্লি। চন্দ্রাবলী কুমথঙ্খ্রবসু সিত্তুদি হাঙবা লৈতে অমনা অমুক শিল্লকই। হন্দক্তী মাধবনা ময়াই থংলে, রাধানা চন্দ্রাবলীনা ফম্লমফম অদুদা চঙশিনদুনা ফম্মী। মাধবকা থংননা ফম্লকইবা নিপাদু ৱাওরি-ৱাওরি খর থাজিল্লকপা মাল্লি, মনমসু চেল্লপ তৌই। নিপা অদুগী মমীৎ অদু মাধব কানথোক্লগা রাধাদা ফল্লপ-ফল্লপ য়েংই, রাধাবু মশক খঙবগীরা নৎত্রগা রাধাগী নীংথিরবা শকফমদুদা ঙাওজরিবা হায়বদুরা খঙদে। মাধব, তশেংনা নিপা অদুগী মীৎয়েংদুদা মথৌমক ওইনা শাউনীংই,

"মসিগী নিপাসে কারন তারক্কদৌরিমাল্লে, কারনদা তারকসনু মমায়সে খূৎচাউসিনা ফাক লাউনা হুমজিনখিগে।" খল্লি নিপা অদুদা শুকলপ য়েংলগা।

নিপা অদুগী মীৎয়েংদুদা মাধব রাধাবু খন্বলবা খঙহেন হেল্লকই। মতম অমগী থৱায় ওইরম্বী মহাক্লা ঙসিদি হৈনদবা মতৌ উত্তুনা ইকাই নুংশি য়ান্ননা ফমলিবা মতৌ অদুনা হেন্না নুংশিরুই।

ঐখোয়গী মনিপুরগী লম্বী থোং হায়রেদনা, অকূৎ-অতোঙ অকায় অতোইনা পিক থল্লি। গাড়ী অদুনা অফবা মপা থি-থিদুনা চৎপগী লৈরকপা হাইরকপগী মতুং ইন্না সিত্তা ফম্মীন্নরিবা মীওইশিংদো অমুক ঙাশিন্নে অমুক থেংজিন্নে। লেংগা-লেংগা পাম্বোমগা-পাম্বোমগা ঙাননা ফমলিবী, রাধাগী ৱাখলদা মাধবকী থম্মোয় অসুম-অসুম চিংশিল্লক্কুনা থম্মোয়নুংগী মীহৌবা মশীং খঙদনা হেনগৎলকই।

রাধা মপুরোইবা কায়নখ্রবসু চহীদি নৌরি যৌবনগী মতম লোইদরি। রাধা অমদি মাধব পাখং-লৈশা ওইরিঙৈ মখোয় অনীসে য়াম্না পক্লে। মীয়াম্না হায়নিখবনি। হকচাং অনী ঙানরিবা ফীভম অদুদা করম্না থম্মোয়গী ইহুল ফাওনরমলোই, পাখং লৈশাগী মতম অদুবু নীংশিংলমলোইদ্রা? মাধব, রাধাগী মীৎয়েংদগী থম্মোয়গী মরোন অমত্তা খঙবা ঙল্লমদে। মাধবতী রাধাগী নুংশিববু কাউথোকপা ঙমদনা

মহৌশাগী মতৌগুম, রাধাগী মায়থোংদা নোকমী-নোকমীনা য়েংবা লেপতে। রাধাদি, মাগী ইকাইজবা লোয়ননা হৈনদবা মতৌদো হোংদে। মাধব রাধাবু য়েংল-য়েংলগা থম্মোয়সু মরোন লোল্লকই, নুংগী ঈনোৎসু থিংবা ঙল্লক্তে। তৎলুরবা নুংশিগী মরীদু করিগুম্বা অমনা চেৎনা পুনশিল্লকপগুম তৌরকই। মখোয় অনীমক ফোঙদোক্লদে, হায়নদে-হংনদে বস মনুংনি, মীয়াম তোংলি। অদুম ওইনমক থম্মোয়নুংদদি লোন ফাওনরকই, ব্বারী শান্নবা হৌরকই।

"রাধা নঙবু করম লেল্লিগে নুংঙাইরিকো।"

"উম, নুংঙাইরি ফীভমসিদা ব্বাহংদুগা চান্নরিব্রা?"

"চান্নদে, ঐসু খঙই, অদুবু নুংঙাইরিব্রা হায়বসিদি অহানবা উনবগী ব্বাহংনি য়াম্না কায়খ্রব্রা?"

"কায়দেদা।"

"হৌজিকপু করি হোৎনরিগে?"

"লায়রবগী মপোক্তা পোক্লবনীনা ইচা য়োক-থাকপা ঙম্নবা লানফম ময়ায়দা লেপ্তুনা হিংনবগীদমক লানথেংনরি।"

"অদুদি, মীওইবা খূদিংমক্তা লেপলিবসে লানফম ময়ায়দনি, খোঙথাং খূদিংসু লানফম ঙাক্তনি।"

"মদু ফনা ওইদুনসু খেন্নবা লৈ, মীগা-মীগা চপ মান্ননা উরবসু ইনাক খুনবগা লায়রবগা অনীগী পুক্সি মরেন খেন্নৈ। নঙ খঙদ্রমাল্লে অচৌবগা-মচাগা ইনাক-খুনবগা লায়রবগা নকশিন্নবা য়াদে হায়বসি।"

"কনানা হায়রিবা? নুংশিববু লায়রা-ইনাক খুনবা অচৌ পীশক খায়ব্রা?"

"খায়, অদুনবু ঐখোয়নী লম্বী তোংঙানখ্রিবদুনি।"

"মদুদি নঙখক্তনা কায়থোকচখিবনি ঐদি লানখিদে। হৌজিকসু ঐ নঙগীদমক ব্বাদবা ঙমদে, নঙ নুপীনি খোৎলবা লৈনানি। ঙসিদি ঐ

নঙগী নতেং পাংনীংলকই, নঙগী হিংবদা ঐবুসু শরুক য়াহনবীয়ু রাধা।”

“লম্লানবী অমগীদমক অদুক হক্লা ব্রাবিরিবা নঙবু ঐগী কনানো? ঐসু মীনি হিংবা ঙমজে, ঐ কনাদগীসু মতেং লৌগে খনখিদে।”

“মদুমক হায়বা য়াই, অদুবু ঐনা নঙবুদি লমলানবী অমগুম খনখিদে নঙ ঐবু তশেংনা ব্রারৌরে নৎত্রা?”

“ঐ কনাদসু ব্রারৌদে, ব্রারৌফমসু থোক্তে অদুবু ব্রারৌবদি লৈ।”

“কনাদা? করিগী?”

“মহাক্কী নুংশিবগী লোইনাইদ্রবা খূদোল কয়াসিগা চাংজৌনা পারবা ঈপাকসিদা ঈরাক্লহল্লম্লগা তাইবঙ-পানবসে থাদোক্কুনা মহাক অদুমক চৎখি ইমা ইচাবু হন্না য়েংলমদনা। ঐনা খাঙহৌই, করাম চাউবা তাইবংগী খূৎশাশিংগী মরক্তা চৈনা কয়াগা লোয়ননা লায়রবগী পনখৈনুংদা, ঐ মহাকপুদি তশেংনা ব্রারৌই।”

“রাধা পুন্সি হায়বসিদি অসিনি, অদুবু নঙ অদুক ব্রানা খাঙগনু, নঙগী থোৎলবা লৈনাশিংদো মচোই-মচোইখিদনবা চৎমিন্নসি, পুন্সি লম্বীসে য়াম্না শাংলি নদোম চৎকে খনগনু রাধা। হৌজিকসু ঐ নঙগী নুংশিবদা লূপলি নশুংলাংগীদমক শিরবসু ঙমগনি থাজদ্রগা নঙগী থোৎলবা খূৎশাশিংসে পায়দুনা ঐ ব্রাশক্লমগে।”

ঙাইহাক অদুদা মধব, চন্দ্রাবলীগী নুংশিবদু হুমদোকখ্রগা রাধাগী নুংশিবনা মাগী থম্মোয়দো পুনশিন্দুনা শুল্লগা থম্বগুম তৌরকই। ইকাই নুংশি য়ান্ননা মনাক্তা ফমলিবী রাধাগী থোৎলবা খূৎশাশিংদো তপনা লামশিল্লুই, অদুগা কন্না থম্মোয় ফূক্লা পায়শিনখি। থাজদনা ওইরকইবা থৌদোক্কুদা রাধা হকচাং পূম্বা শ্বাই লাউই মিহুন তীং-তীং চোংই, শাউনীংবোই পাখৎপোই হূমাং অনপ্পী কারকই। পুন্সিগী অহানবা শৈহৌদা নুংশিবা তম্বীরম্বা মহাক্কী, থীনা চৈবসু ঙমদে, মাধবকী খাঙঙমদবা মতৌদুদা ঙাইহাক খনফম খঙদনা পঙথৈ। লৈশারিঙৈ মতমদদি মাবুতা শোনজখিবনি, থাবল চোংবা খূদিংগীসু মাগীতা

ওইজরম্বা খূৎশাশিংনি, মনাক্তদা লৈরগা নুংঙাইজরম্বা থম্মোয়নি, মাবুতা য়েংজরগা পেঞ্জরম্বা মীৎস্নানি। ঙসিদি রাধা মাধবকী কা হেনবা মতৌদুদা হৈনদবা পোক্লকই শাউনীংবা অসুম হেল্লকই। মদু ফাওবা মীকা ফোংখিনি পাখৎচবনা পায়রিবা মখূৎতু কনা খঙনরক্ত্রিঙৈ শৎতোক্লবা কন্না হোৎনরি। রাধা খনদবা ঙমদে, মাধবতা শাউরপনা য়েংই। মাগীসিবু মী উশিৎত্রিবা হায়বদুরা? ঙসিদি শোয়দ্রেদনা চোপনবা কমদৌসিবা ঐবো?

মাধবকি মনাক্তা নিশা কারপ ফমখিবা নিপাদু মতিন তৎ-তৎ তাখৈ তূমলি, মাধবনা রাধাদা চিরোন তৌরিবদু তাবা শংদে। রাধা শাউনীংবনা থূমহৎলে নুংদগী ফূদোক্লকপা অশাউবদুনা মপাল থোক্লা হকচাং পূম্বা নীকপগুম তৌরকই। মাধব, রাধাগী থম্মোয়নুংগী ইহুল খঙদবা নত্তে, অদুবু নুপীনি খনবগীরা খঙদে পৌ-ব্রা ইশা শাদে। মখোয় অনীনা থম্মোয়নুংদা শান্নরম্বা ব্বারীদু ময়ি চৎলক্তুনা মপান থোক্লকখি। থম্মোয়নুংগী ব্বারীদুনা চিনবান য়ৌরকপদদি নুংগা খেন্নবা লাকখি।

"রাধা ঐগী নুপীদো ঐনা পামদুনা লৌখিবা নত্তে, অহলশিংনা অঙাং ওইরিঙৈদগী কন্নখি শীংনখি হায়দুনা ঐবু নমদনা লৌহনখিবনি, মসিদা ঐগী করি ইরাননো? ঐ নঙগী মতম অমগী মাধবতু হৌজিকসু ওইরি রাধা, তশেংনা ঐ নঙোন্দগী লাপথোকপা পামদে। নঙগী নুংশিবদা লূপলিবা থম্মোয়সিগী অব্বাবসে খঙবীদনা ওৎপিরসিরা? নুংশিবা হৈরুবা থম্মোয়সিবু করিগী নুংশরুরিবনো হায়দুনা মরান পীশিন্দুনা হেক্তা চৈরসিরা? নঙসু পাউখুম অমত্তদি পীরকউদনা।"

"অদুক হক্লা তেংথারিবদুনা, নঙগী করি তোংজবনো? উপায় লৈজদ্রবী নুপীশিংবু করিগী অদুক তোম্থনা খনবীরিবনো? ওজাগী নুপীদো য়াম্না ফরমগনি। মশক মমিং খঙদ্রবসু ওজাবু লুনা নীংজরমগদবা মাল্লি, মাগী মনীং থুংহনবীয়ু, নুপী ওইবীশিংদি উপায় লৈজদবনি মপুরোইবগী মরুম থূপনা হিংজবনি। পুক্সিবু মীনমদুনা শাংলবা লম্বীসি

চৎকে খনবীগনু ওজা। মীমাঙ থোক্লা চোপনরক্তিৈঙে মীকা ফোংনরক্তিৈঙে ইখূৎসি থাদোকপিয়ু। ঐগীদমক অদুক হক্লা পাম্বোম তিংবীরক্কনু ইপুরোইবা লৈখিদ্রে খন্দুনা খুদোং চাবা লৌগে খনবীগনু, ইজ্জৎকী খল্লগা খরসু চম্না হিংবা তমসি ওজা।"

"মদুমক্তী হায়গনু, ঐগী নুংশিবসিবু নঙনা ফাগী ওইনা খনগনু রাধা। ঐ নিপানি, তরাগী মপু, ঐগী থম্মোয়গী অপাম্বসে নঙনা মনীং থুংহল্লু। হৌজিকসু ইবানি হিংমিন্নবা হেন্দোক্লা য়ারি। হৌখ্রবা খোঙচৎতো ঙরাংখক্তনি, ঙরাংদো ঙসিনি খল্লগা হিংমিন্নসি কৈদৌগে? নঙ নবূক কনমল্লি নঙগী থম্মোয়দা ঐগী মফম খজিক ফাওবা লৈত্রব্রা।"

"লৈতে, ঐগী থম্মোয়দি ইচাগী নত্তনা কনাগী মফম লৈতে।"

"অদুদি নঙ ঐগী ব্রারীশিংদুদি মল্লে খন্না হুন্দোকপ্রব্রা?"

"হুন্দোকখ্রে, নুংশিরবা ইচানা ইমাংদা লেপলরবদা মল্লবা ব্রারীদুগী চন্নফম্বু লৈরিব্রা? হুম, মসিগী ব্রারীসি তোকসিদা, ওজা ঐগী খূৎসে থাদোকপীয়ু অনম কনবীগনু।"

"অনম কনবগী ব্রা নত্তে, ঐনা ঙসি পায়রিবা খূৎসিদি পুক্সিগী ওইনা থাদোক্লরোই খন্না পায়প্রবনি শিরবসু নশুং লাংগীনি।" ওজা মাধব রাধানা শাওরগা ফনা হায়জরবসু ব্রা ওইরুদে হেন্নদুম রাধাগী মখূৎতো পাইশিল্লকখি।

"ওজা মীমাঙদা অচোপ-অরেং য়াওনরক্তিৈঙে ফনা হায়রিঙৈ য়াবীয়ুদা ইখূৎসে থাদোকপীয়ু। ঐদি পুক্সিগী ওইনা যূম অমুক পানগে খনদে, মীওইবনা হিংনরিবসে তুংগীদমকনি, মমা মপা ওইবশিংনা হিংলিবসু মচাগীদমকনি, ঐসু ইচাগীদমক হিংলিবা মমা অমনি। ঐনা ইচা য়োকপা-থাকপদা কনাগীসু মতেং নিবা লৈখিদে, নিবসু পামদে মচা লৈরবা মমা অমনা মৈতৈ নুপীগী থৌনাদু থুপচিন্দুনা পাঙদবা অমগী মতৌ উৎতুনা করিগী মীকাদা য়েৎকদগে? ঐ ইশাগী চপ চাবা

ফীরেপ লৈজে। হিংনবগীদমক পাঙ্গল লৈরি কনাবুসু কিদে, অদুবু ঐ ইজ্জৎপুদি কি, সমাজবু কি। ইখূৎসি থাদোকউ ঐ মচা লৈরবা মমা অমনি। ইপুরোইবগী লোইরমদাই মীৎকুপতা ঐনা মফমদা শকখিবা ব্রাশক লাই ফাওবনা ঐগী ব্রাশক থুগায়বা খক ঙমলোই। নুপী ওইবী ঐখোয়গী ইজ্জৎ কন্নবগীদমক ঐ লালথেংনরক্কনি হায়বসি খঙবীয়ু ওজা।"

অশাউ পরৈনরবা রাধাগী ঙাঙশিল্লবা মায়থোংদুদা ওজা মাধব খিরুম-খিরুম মথ্বায় ব্রাবা নিংশা থীবা অমত্তা পোক্তনা রাধাবু য়েংবসু লেপতে। মাধবকী তৌবা ঙম্বগী মতৌদুদা রাধাদি মনা পায়বা য়াদরে।

"ওজাগী অপাম্বা ঙাক্তসু চৎথবীগনুদা নাতৈ কয়া চানরোই ওজা।" ওইরিবা ফীভম অদুদা মখোয় অনী অঙম তান্নরকপদগী খোন কনখৎনরকই। অরোনবদগী অফোংবা ওইরকই, মদুদগীদি গাড়ী মনুংদা তোংলিবা মীয়ামদুনা– করিগীনো? করিগী'না? হায়দুনা য়ৌ-য়ৌ মরাঙ-মরাঙলকই।

মতমদু ফাওবা ওজা মাধব রাধগী মখূৎতু থাদোক্লমদে। ওজা মাধবতি খনবু খল্লি, মীয়ামসিনা কন্যা কৎপীরক্লবদি ফখ্রনিদা। অসুম্না মীয়ামদুনা মরাঙ-মরাঙলিঁঙে গাড়ী পার্কিং য়ৌরক্তুনা খামখ্রে। মদুদগীদি মীয়ামদুনা ওজা মাধবতা ওমশিল্লক্তুনা ব্রাহং পাউহং কয়া তৌবা হৌরকই। মদুদগীদি মখা তাবা থবক অদুম চৎথবা হৌখ্রে।

রাধানা খনখি– "নাম্মা হায়রিঙৈদা য়াদ্রগা পাবোৎ লোল্লক্কান্দা য়াই হায়বদুনি।" রাধা মশাগী ইজ্জৎকী খল্লগা মীয়ামদুদা হায়রকই–

"ময়াম পূম্নমক, মখূৎ মশা শাংবা নিপাসে মতুং অমুক হন্না তৌদনবা ব্রারকপা য়াবা খর ব্রারকখো।" রাধা ব্রাহৈ খরদু হায়রম্লগা মাধবতা মীয়াম ওমশিল্লিবদু হায়ফেৎ য়েংলম্লগা গাড়ীদগী কূমথরক্লে।

লাইবক থীবনি মাধব পাখং-লৈশা ওইরিঙৈগী ব্রারী পুশিল্লুবা ব্রাশক পরৈ চেৎপী, লেপখিবা পূকচেল হোংদবী রাধাগী মফমদা চন্নফম খঙদনা মাঙখ্রবোই। ইজ্জৎপু কিজবী মপুরোইববু নীংজবী পূকচেল

চেৎপী নুপীশিংগী মফমদদি কা হেনবা নিপাশিং লাকথুবা ঙম্মী হায়বসি রাধা মীয়াম মাঙদা উৎলম্লগা হেন্দিমেন্দুনা থাংথরকপা খাউ অনীদু রিক্সো অমদা হাপ্লগা বজার মনুংদা চঙখ্রে।

সোমদদি ওজা মাধব গাড়ীদগী কূমথবদি লায়রদনা তাইবংসে মঙলানগুম মঙলাক্লরিঙৈ হেন্দিমেন্দুনা হায়রকই–

"ওজা ঐখোয় খুমন লম্পাক য়ৌরুগদৌরি কূমথবীরো।"

ওজা মাধব খঙব্রেৎ খংই, মতমদো গাড়ী খূদিংমক খুমন লম্পাক য়ৌরুদবা য়াদবা ওইনা তৌরম্মী। গাড়ী মনুং অদুদা নিপা অনীগা নুপী খরগদি খুমন লম্পাক্তা কুমগদবনি হায়দুনা য়াওরি। ফমলিবা মখোয়শিংদুদগী নুপী অমনা ওজা মাধবদা য়েংলগা হায়রকই–

"ওজানিদি হায়, অদুগা কারনদি থীনা তাইহে, পেল্লিদা মখূৎ-মশা শাংবা নুপীবু হন্থনা খনবা নিপাসিদি খর থীনা ফূরম্লবদি ফগদবনি, কায়রিবা মমায়সে পূমতোই তোইনবা ফূরম্লবদি থব্রায়সে হেক পেনগদবা।"

ব্রা খরদু হায়বা লোইরকপদা নুপীদু ওজা মাধবতা মমীৎ শূকতোক্লুনা য়েংই। গাড়ী মনুংদা য়াওরিবা নিপা নহা অনী অদুদি নুপী অদুগী ব্রাহৈ খরদুদা মখোয়না ওইনা ইকাইদুনা মমায় মমীৎ ঙাওশং ঙাওশল্লদনা সিত মথক্তা ফমলিবদো মৈথক্তা ফম্বগা চপ মান্নখ্রে। নুপীশিংদুদা হাইগৎতুনা মায়য়োক্লনা য়েংবা ফাওবা ঙমজখিদ্রে। হৌগৎপা ঙমদনা লৈরম্বা ওজা মাধবসু নুপী অদুগী ব্রাহৈ অদুদগী খঙাহৌদে কায়রি-কায়রি তৌরবা মমায় অদু লূকথরপ তৌরগা গাড়িদগী কূমথখরে। কারন তারিঙৈদা সেক্রেটরিয়েত্তা কূমগদবসু কূমহৌদ্রে। মীয়াম্না ওজা-মাধব, ওজা-মাধব হায়দুনা ইজ্জৎ তৌনরম্বদো হৌজিক্তী ওজা মাধব গাড়িদগী হেক কূমথরকপগা ওজাগী ইজ্জৎ পূম্নমক নালাদা হৈথরম্লগা কারন মাধবকী মিংথোল পুরগা সেক্রেটরিয়েত তম্না হাইথখ্রে।○

# ঐখোয়দি কনাগা লৈহৌনি

বীজু, মমানা মথন্তা পোকই। মহাক চাক চাবা খর-খর হৈরকপা মতমনি। রানী মচাবু খোল্লাং ইল্লল্লগা মচানা ঙাইহাক তূমলিঙৈদা সড়ক থোকখিবনি। লাইন বস, মাঙ-তুং কন্না তান্নরকপগী তাঞ্জানি। হকচাংনা ঈ-নৌরিবগী হাইরং-হাইরংলিঙৈ ওইবনা, হুৎ-হাৎ লৈথোক লৈশিনগী পাঙ্গল ঈয়াও-য়াওজদবগা হকথেংনদুনা রানী অহানবা বস অদুনা থোমখরে। লাইবক থীবনি রানী শিরে. বীজুদি নুংঙাইনা তূমলি। রানীগী ঈনা পূমঙাঙ-ঙাঙলবা অশিবা হকচাংদু মীয়াম হূপনা য়েংনবি। হায়নরকই কনানো-কনানো, অখঙবা মীনা রানীনি ঙাঙনরকই। অশিবা হকচাংদু য়েংলিবা মীয়ামদুদগী মখোয় খর চেল্লক্লগা তোল্লমুদা তল্লরে। তোল্লমু পাউদু তাবদা শ্বাই লাউই। ফিংলপনা মিহুন তীং-তীং চোংনা চেল্লকই। রানীগী অশিবা হকচাংদু উবদা নিপাগী থম্মোয় ওইদুনসু করম্মা কপতবা ঙমগদগে? তোল্লমু খাঙবা ঙমখিদে পিগী পরেং কয়া জর-জর শীন্থরকই। করি উপায়দি লৈ, কপচবতা ঙায়রে। রানীগী অশিবা হকচাংদু ময়াম চঙদুনা মথৌ মঙম পাঙথোকখ্রে।

তোল্লমু অমদি চাওবী মচা পোক্তে, রানীবু মখোয় অনীনা মচা শক্লা য়োক্লকখিবনি, অদুবু তোল্লমুসু মরাইবক থীবা হায়বদুনি। চাওবী মনুং মতম চাদনা নোঙ্গাখিরম্মী। চাওবীনা রানীবু কয়াম্মা নুংশিরম্বা, কয়াগী মতীক লুনা তৌরম্বা পূম্নমক্কু পূনশিল্লগা তোল্লমুনা রানীবু লুনা তৌজবনি নুংশিনা থমজবনি। রানীনা চানীংবতা চাহনদুনা ইমুং অদুদা মনীং তম্মা লৈরকই।

তোল্লমুনা রানীবু অহাউবতা পীজবগীরা খঙদে, নোংমা-নোংমগী রানী খুৎনা ইনবদৌনা চাউখৎলকই, মশা মউ তীক-তীক লাউরদনা য়েংবদা চপ চানা নুংঙাইরে। মশক মতৌনগা ফজবনে মরাশীনগা লৈবনে মাবু উবদা কল্লক্তবা মী য়াওরমদে।

মীওইবসু ইনখৎলকইবা পাখং-লৈশাগী মতমবু কানথোক্তুনা খক-চৎখিদে। জিব খুদিংসু মপূং-মরৈ ফারকপা যৌবনগী মতমবু করম্বা জিবনা নাথৈখিবগে? রানীখোয়গী লৈকাই অদুদগী রানীবু য়াম্না নুংশিবা অমুবা কৌবা পাখং অমা লৈ। রানীবু পামজবা পাখংদি মশীং য়াম্মী। অদুবু মখোয় খুদিংমক রানীবু পামজবা নুংশিজবা খক্তনি। লাপনা য়েংলগা ঙাওজবা নত্তনা উপায় লৈতে, মরমদি রানীগী মনাক্তা অমুবনা চূপ-য়ুংবগুম য়ুংদুনা রানীবু মাগী ওইজবা ফংনবা শঙলি।

রানীনা মপূং মরৈ ফারকপদা তোল্লমু মথৱায় ৱাজৈ। য়ূমদগী চৎথোকতনবা ৱারকচৈ, মদুমক্লা অমুবা রানীগা ঙাইহাক্তসু ৱারী ৱাতায় শান্নজবগী তাঞ্জা অদু ফাওবা ফংজদে। রানীনা মাঙ্গোলদা লৈরে অমুবনা মমাঙ শঙ্গোয়দা মরৈ। রানীনা ইমুংদা লৈরে অমুবনা মনীং শাইগঙদা মরুম্মী। মখোয় অনী ফম্মীন্নদুনা ৱারী শান্নবা ফংদ্রবসু থম্মোয় মনুংদদি লোন ফাওনৈ। মীৎকা-মীৎকা মীৎচান্নবদি ফংই, মদু ফাওবদি তোল্লমুনা থিংদে। মখোয় অনী নোংমা-নোংমগী নুংশিনবগী চাং অসুম-অসুম ৱাংখৎনরকই। অমনা অমবু কল্লকনৈ খম্বলনৈ পাখৎনৈ। লমলানবা কনাগী ওইখিনি, লমলানবী কনাগী ওইখিনি মীপাইনৈ। ঙাইহাক্তসু ফম্মীন্নদুনা থম্মোয়নুংগী ওইবা ৱারী কয়া শান্ননীংই।

অমুবা শাবান মুর্তি চুম্মী নোংশাগী শাবান্নী। নিপাদা নিপা হায়বদুনি মীনা কিবা শাবাননি চাউ শাংই মশা মউ তীক-তীক লাউই। রানীবু পামজবদগী লুম্বা লাকলিবা পাখং ময়ামদুদগী অমনা হায়রকই—

“অমুবা হায়বা পাখংসে ইবোশা, মশাবুদি ফৈ চাউ-শাংই হায়ববু মশক অসিদি থীহে। মমীৎনা ইশূক-হেক শূকচিল্লে, নখাঙনা ইতেক-

হেক তেকশিল্লে মহাকসিবু রানীনা পাল্লমগদ্রা? অমনা তাপ ওল্লগা খুল্লকই–

"পাল্লমগনি-পাল্লমগনি মশক্তবু থীজবনি, নিপা থোকপা মতৌ অসি নুপীশিংনদি য়াম্না পামগনবা শক্তানি। কান্নরোই চৎসি অমুবা লৈরিঙৈ ঐখোয়না রানী ফংবা ওইথোক্তবনি। মাদা নুপীরো খুল্লক অসিদা মশক ফজবী নুপী য়াম্না লৈ। চৎসি অরেম্বদা মতম মাঙনবনি।"

রানীবু পামজবা য়াম্না নুংশিজবা পাখং অমনা অমুক হায়রকই–

"ঐদি অমুবা হায়বা পাখংসে নিপা থোককেরা চাউ শাংগেরা ফুনিংলিবো। ঐখোয় অসুক য়াম্বসিবু মা কিদুনা হেক হল্লসি হায়বা অসিমক্তি ঐখোয়সু খর পাংমন্দবা হায়বদুনি। ইকায়বু-ইকায়নে, অমুবগী মাঙদা, নিপা ওইনা পোক্লগবু রানীদা ৱাহৈ মচেৎ অমা ফাওবা ফোঙদোক্লম্বা ঙমদনা অমুবা কিদুনা হনবা তারবা!"

মখোয় ময়ামদো চপ মান্নরা খুল্লকই–

"হো নঙনা রানীদা ঙাওজরগনা অমুবগা হেক থেংনজহৌরো ঐখোয়দি চৎলে।" চৎপা হৌখ্রে ময়ামদো। মখোয় ময়াম অদুদগী রানীবু খর হেন্না নুংশিজবা পাখংদু অমুবগী মরীল ফজনা খঙই, মানা রানী ফনা পামজরবসু নুংশিজরবসু অমুবগা মাগদি লাম্বা ঙল্লরোইদ্রবনিনা উপায় লৈতদুনা ময়ামগী তুংদুদা শোৎ-শোৎ ইন্নখরে।

পাখং ময়ামদুনা ঙাঙনরম্বদু অমুবা তাদে, খর লাপনৈ, করিগুম্বা তারম্বা তারবদি অকোনবগী পাখং অদুমদি অমুবনা পাইথোক্কুনা শেৎথরমগনি। অমুবনা কিবা কনাসু লৈতে, মখোয় ময়াম রানীখোয় থোঙ্গালদা মরাঙ-মরাঙ লাঙবদুদি উই। মদু ফাওবা অমুবনদি খল্লিবনি।

" রানী লুম্বা লাকলিমাল্লে, লম হেন্দ হেল্লকসনু মখোয় তরা চঙলক্লবসু কিবিগদবা নত্তে। লম হেল্লকপশিংদি লোইনা হায়হৎকে খঙগনি। রানীগীদমক শিবা কিদবা অমুবা লৈ হায়বসি খঙহনগে।"

শোমদসু রানীনা খল্লি–

"অমুবগুম্না নুংশিবা সংসার অসিদা লৈতে, পুন্সিগী অহানবা থেংনজবা নিপানি, নুংশিবা তম্বীবা মহাকনি, মহাক্কী চীং লেম্বা মতৌনে চাউ শাংলবা শাবান মুর্তিনে, কল্লকফমগী কল্লকফম ঙাক্তনি, মহাকপু ঐগী ইপুরোইবা ওইনা ফংজরবদি পোকচরুবগী মহয় য়াল্লে।"

রানী মপা শক্লবা তোল্লমুদা হায়নিংই–

"অমুববু নুংশি, মহাকপু নমাক ওইবদা মতীক চারোইদ্রা? ঙাইহাক্তদি ঐবু থাদোকপিয়ু থম্মোয়নুংগী ওইবা ব্রারী অমুক্তংদদি শান্নজবা ফংহনবীয়ু।"

খনজবা খক্তনি অমুববু নুংশিজরুবনা।

চিনবান থোক্লা হায়জবা ঙমদে, করম্নদি হায়রুগনি মপাদবু। মপা তোল্লমুগী লিচৈদুসু কি। তোল্লমুসু ইরাং খঙবা নিপানি, রানীগী থম্মোয়গী ইহুল খঙই। অমুবগী থম্মোয়সু মশক ফজনা খঙই। অমুবনা ময়ূমদা ফাওবা হনজিন্দনা রানীবু শঙলিবদু করম্না উরোই অদুবু উশিন্নদে খঙশিন্নদে মাগী মাগী মতম হায়বদু য়ৌরকপগীনি খল্লি। তৌবতবু তোল্লমুনসু অমুববু মমাক ওইবা পাম্মী, অমুবগী চাউ শাংবা শাবান, নিপা থোকপা মতৌ, মমাক ওইবদা মতীক চায় খল্লি। মদুমক্লনি অমুববু ফুদুনা তানখিদ্রিবা, নংত্রবদি তোল্লমুগী লীচৈ চারম্লগদবনি। তোল্লমুনা রানীবু ব্রারকপদা রানীনসু মাবু ফনবা তাকপিবনি খল্লি, নোংমতসু শাওদে। তোল্লমুনা থবক চৎথোক্লমদাই খুদিংগী পূকমেন পাউমেন্নরম্লগা হেক-হেক চৎলি। রানী লৈশাবী ফাজরবসু তোল্লমুনদি করিগুম্বা মতমদসু অঙাংনি হায়না খনবসু য়াওরকই। লৈশাবী ফারবা রানীবু ঙসিসু তোল্লমুনা অঙাংগুম খন্দুনা পূকমেন পাউমেন্নরি–

"রানী নঙ য়ূমদগী চৎথোক্কনুকো ইপানা হল্লকপদা নঙগী অচাপোৎ লৈবীরক্কনি নীংথিনা লৈরম্মু।"

রানী মব্রা ঙাঙদে মপাদা চৎথোক্লমলোই হায়বগী মমীৎ অদু হম্বদুনা ইনগিৎ পীখি। তোল্লমু চৎতবা য়াদবা থবকনিনা চৎখ্রে। রানী

অমদি অমুবা মপা তোল্লমু লৈতবা অহাঙবা তাঞ্জা অদুনি নাহলদগী খৌরাংনা ঙাইজরকপা। মখোয় অনীমক নুংশি ইখৌ লাংলকপা কুইরবনিনা, নুংগী ওইবা ৱারী অদু মফম মতম চানা ফোঙদোক্লুখ্রে। মতম কুইনা ঙাইঙমদনা ঙাইনরকপনিনা মপা তোল্লমু লৈতবগী অহাঙবা তাঞ্জা অদু লেম্না মাঙহনখিদরে। রানী খোইজি খাদা মীহুল তমখ্রে।

অমুবা বানীদা অমুক হল্লকখিনি য়ূম চঙলুদবা ফনা কুইরকলে য়ূমগী মীওইশিংনা ঐবু ঙাওরব্রা হায়বল্লগনি অমুক্তা চঙলুখিগে নঙ নীংথিনা লৈরম্মু, হায়রল্লগা অমুবদি চৎখবে। রানী অমুবনা চৎখিবদু মতুং ইন্ননিংই অদুবু মপা তোল্লমুগী খল্লুরগা মখোঙ থাংবা ঙমদনা অমুবনা চৎখিবদু নীংঙমদনা পিরাং পিরোইননা য়েংলগা লেপতুনা লৈহৌবনি।

বানীগা অমুবগা য়াম্না নুংশিনরগা লৌনদুনা পোকখিবা মচানি বীজুসে, অদুবু বীজুগী মপা অমুবগী থম্মোয় অঙকপনি। বানীনা গর্ভ হেক পুখিবদগী নোংমতসু রানীগী মনাক্তা লাকখিদবে। কবি চাবী কবম লেল্লি হংলদরে হন্না ফাওবা য়েংলদরে পূমকাউ কাউখ্রবগুম তৌখ্রে। খুলসিদা লৈরিবা মথোৎ কারকলিবী লৈশাবী খুদিংমক অমুবনা মাগী লোইনা ওইনীংই। অমুবা নুপী অঙাংদা চোপ্পা ঙাওশিন্নবা নিপা হায়বদো চপ চানা ওইরকলে। নুপীশিংসু অঙকপনি, অমুবনবু হায়রবদি য়াদবা  লৈতে, কিবগীনি খঙদে, চাউ শাংলদনা নিপা থোক্লা উবগীনি খঙদে, অমুবনা মখোয়গী মনাক্তা লৈবদো ঙাঙদে চৈদে। অমুবনা চৎথনীংবা থবক অদুমক চৎথহল্লি। হূইনা করিনোদু উরগা লমদল্লি হায়বদুমক অমুবদা থোকই। লৈশাবীবু ওইরো, মৌবু ওইরো ৱাং চাউরগা মশক মতৌবু খরা ফজরবা হেক্ত মতুং ইন্নখি। নুপীশিংদুগী হাকন্দগী মমান্নবশিংগসু ঙাইহাক্তা লৈতে ফুনবা খৎনবা, মদুদা মা কিবা লৈতে, নীংহন্নবসু লৈতে, অঙকপা অমুবনি। মখোয়গী

ইমুংশিংনদি পাখৎনরে, মাগী মচৎ অদুদা। অয়ুক নুংথিল নুমিদাং ময়ুমদা হনজিননীংলগা হনজিল্লি, হনজিননীংদ্রগা হনজিনদে, চাকসু চানীংলগা চায় চানীংদ্রগা তোকই। ইমুংগী মীওইশিংনসু ঙাঙবা য়াবা ঙাঙলে, অদুবু অমুবনা থৌ-ৱা শাবীদে। মাগী অদুগুম্বা লীচৎ অদুদনি মতম্না ফত্তবগা মখোয়গী ইমুংনা পাখৎনরিবসি।

শোমদনা রানীসু গর্ভ হেক পুখিবদগী য়ূমদগী খূজীল মফৈ অমা ফাওবা চৎথোকনীংবা পোকখিদরে। নোংমা-নোংমা হৌখিবনা খঙহৌদে মতম রানী কুম থা শুরক্তুনা মচা নিপা অমা পোকলে। অমুবদি নোংমতা রানীগী মনাক্তা লাক্তুনা সেগা-মাইগা হায়দুনা তানরদবনা রানীনা মচা পোকপদু অমুবা খঙলমদে। রানী অমুববু তশেংনা ৱারৌই, করম্বা নিপানো খন্দুনা মথৱায় নুংঙাইতে। অদুম ওইনমক অমুকসু খল্লি, "ইচা পোকমিন্নরিবা ইপুরোইবনি নোংমদি মা শোয়দনা ইনাক্তা লাকখিনি, করম লেল্লিদসু হংলখিনি।" রানী অসুম খন্দুনা মপূক্লীং নুংশিনা অমুববু খৌরাংনা ঙাইজরিবনি। অদুবু মপুরোইবনা হন্না য়েংবীরক্তবগী চাক্লা খাঙলিঙৈ সড়ক অদুদা মরাঙ-মরাঙই, মতম কুইনা তারুদ্রবা মপুরোইবগী খোঞ্জেন মানবসু তারকপগা মচানা খোল্লাং চিংলম্বদগী তূমথোকখিবগা মপা চান্নদুনা মপুরোইবদু য়াওরিব্রা হায়দুনা য়েংবা সড়ক থোকলুবনি। মপুরোইবদো য়াওসু য়াওরম্মী, রানীনা মপুরোইবদু উবদা কয়াগী মতীক হরাওজখিবা মচা নিপা অমা পোকলে তমনীংবনা ঙাওখিদুনা মপুরোইববু ময়াম মরক্তুদগী কৌরগা হায়জরম্মী–

"মখোইবা, য়ূমদা অমুক্তা চঙলুসি নচা নিপা অমা ফংজরে, অমুক্তা য়েংবীরো? অসুক কুইবা মতমসে নোংমতা ইনাক্তা লাক্তুনা করম লেল্লিদসু হংবীরোদনা? নঙবু করম্বা নিপানো? অসুক মীনুংশি খঙদবসিবো!"

রানী থম্মোয় নুংদা পেন্দবনা থল্লদুনা মপুরোইবদা ৱাহৈ অদু

হায়খিবনি। অঙকপনিকো অমুবসে, রানীনা অদুক মপূক্লীং নুংশিনা মাঙোন্দা ওইনবোই হায়রিবদু রানীবু মপূক্লীং নুংশিখিদনবা থেমজিনগেদি খনখিদে। মচা চেনবগী খরা শোনবদুদা অমুবা রানীবু হন্না য়েংনীংখিদে। রানীনা হায়খিবশিংদু মথোৎ কারকলিবী লৈশাবী খর লৈরিবদুগী মমাঙদা রানীবু খঙশিন্নখিদে, উশিন্নখিদে মাগী ৱা তাশিন্নখিদে। মাঙোন্দা নত্তবা শাদুনা মমায় লৈথোক্কুনা। লৈশাবী মচাশিংদুগী মমাঙদা রানীবু অঙাওবী তাহনখি।

অমুবা রানীদা হাইফেৎ য়েংলম্লগা মাগী নুপী নত্তবগুম ময়ামদু হুৎ লৈথোক্কুনা লৈশাবী মচাশিংদুগী মতুং ইন্নখ্রে। অমুবনা সেগা-মাইগা হায়রমদনা চৎখিবদো রানী চাকহৌই। করম থোক্লা মীনুংশি অসুক খঙদবা নিপা অসিদা থম্মোয় পিথোকউবা খন্না মথৱায় নুংঙাইতনা মপূক্লীং নুংশিনা ময়ূমদা হন্‌জিল্লকই। খর চৎলগা মপুরোইববু অরোইবা ওইনা অমুক্তুং য়েংনীংলুই, লৈশাবী মচাশিংদুগা চৎমিন্নরিব্রা? নৎত্রগা মথন্নতা চৎখিব্রা হায়দুনা য়েংগদৌবগী মমায়দু লৈথোকলকপদা গাড়ীনা থোমখিবনি।

অমুবা মীয়াম্না য়োমশিনখিবদু উই, অদুবু কবিগীনো হায়বদুদি খঙলমদে, মখোয়গা ফনদি লাপনখ্রে। তৌবগীনি অমুবা মদুগুম্বদুদা থৌশাবা নত্তে, লৈশাবী মচাশিংগী মতুং ইন্নবদা মাগী মথৌ ওইজবনা রানীনা তাদুনা লৈরিবদু হন্না য়েংলমদনা অদুমক চৎখিরম্মী। হোয় অমুবা রানীবুদি কাউথোকপা ঙম্লনি, মরমদি মাগীদি রানীগুম্বা নুপী ময়াম অমনি। মাগী নুপী ময়ামদুগী মচাসু মযামনি, মচা ময়ামদু মমাদি তোঙান তোঙানবনিনা অয়াম্বনা মশক খঙনরমদে, রানীদনি মচা অমত্তা পোকপা। অমুবা, মচা ময়ামদুগা মাগী নুপী ময়ামদুগদসু পেল্লক্ত্রদুনা নৌনা ইনখৎলকইবা লৈশাবী মচাশিংদসু ইন্নবা লেপতে।

রানীগী অমত্তা পোকচবা মচাদু মপু তোল্লমুনা বীজু হায়না মিং থোনবীরে। বীজু মপা অমুবগুম্নদি তৌগদবা মানদে, মপূকচেল য়াম্না

চেৎনা উই, য়াম্নসু শিংই ওস্থোক্লা জ্ঞান লৈ। মবুক মপাউ ঈং তপ্পী মীওইবগী মীরোন অপূম্বা মাঙোন্দদি শুনা য়াওই, মপা অমুবগদি ঈশিংগা থাউগগুম খেননৈ। বীজু হায়না-তানবা য়াই, মতমগী ঈরাং ফজনা খঙই মপু তোল্লমুগী মবুক মনুংগী ৱা ফাওবা খঙই। তশেংনা বীজু মাঙোন্দা তাকনিঙাই লৈতে, মপু তোল্লমুবুসু কিনা নুংশিনা লোয়নৈ।

বীজু খোম্লাং থকলিবা অঙাংনি, মপু তোল্লমুনা কপ্লি, অদুগা মমানা ঈ মরক্তা তারগা লৈ। মদু উবদা করিগীনো খল্লি। মপু তোল্লমুনা শিবা হায়বসি অসুম্না তৌই হায়বদু তাকপিদে, মা শিবা হায়বদু করম্না তৌই অশেংবা খঙদে। মাগী মমীৎতা শিবগী মওং-মতৌ অমুক্তসু উখিদ্রি। মপু তোল্লমুনা, ঈ মরক্তা তাদুনা লৈরিবা মমাবু য়েংলগা সুৎ-সুৎ কপ্পগী মরম মাঙোন্দদি ঙক্লা থোকই। মপু তোল্লমুনা কপ্ন-কপ্না মমাগী মথৌ মঙমদু পাঙথোকলুনবা মখোয় নহা খরগা লে য়িননা মমাবু পুখিবদো বীজু ককঙাওননা য়েংহৌই। খল্লি, মাসু মপুনা মমা পুখিবদু করিগীনো? "পুপুগী তুংইন্নদুনা য়েংলুসিরা।"

নুমিদাং য়ৌরকপা মতমদদি বীজু মমাবু নীংশিংলকই, মমাগী খোম্লাং থকনীংলকই। মা ফনদি চাউরে অদুবু নুমিদাং খুদিংগী মমানা কোনবীরগা খোম্লাং চিংনা-চিংনা নুংঙাইনা তুমজবনি। ঙসিদি ফনা থেঙলক্লবা ফাওবা মমা হল্লক্ত্রবা অদুদদি বীজু মমাবু কৌদুনা কপলকলে।

"ইমা নঙবু হল্লকলো, নঙ কদায়দা লৈবনো? ঐ খোম্লাং থকনীংলে ঐবু শুম্বীররো ইমা।" তোল্লমু বীজুনা মরোন লোন-লোন দুনা মমাবু কৌরগা কপলকপদুদা বীজুবু নুংশিনা নানবীরগা মাসু কপ্পী। কপ্ন-কপ্না তোল্লমু হায়রকই–

"পুপুগী বীজু, নঙ ঙসিদগীদি পুপুগা তূম্নগদবনি, নমাদো কৌরুরনু মা হল্লক্করোই নঙনা কৌবদা তাররোই। নমাদো শিগ্রবনি, শিখিবা হায়বসে ঐখোয়গী ইনাক্তা অমুক হন্না লাক্করোইদ্রবনি। শিরবদি

মৈ থাদুনা মাঙহল্লি, ঐখোয়সু লোইনা শিগদবনি নমাগুম্না, অহান-অকোনগী ব্রাখকনি। লাকও-লাকও পুপুগা তৃমলুরসি পুপুনা নীংথিনা কোনবীগনি।

তোল্লমু মাগী ফমুংদা বীজুবু পুশিন্দুনা মখোয় অনী তৃম্মিন্নবে। বীজু মপুনা নানবীদুনা নুংশিনা কোনবীরবসু মা কপনীংই। মমাগী খোল্লাংগী মহাউ করম্না কাউগনি। অহিং চৃপ্পা অমা মমাবু নীংশিংদুনা হীক্লা-হীক্লা কপ্পী। বীজুনা লেপতনা কপলকপদুদা তোল্লমুসু অহীং চৃপ্পা লেপ্পা লৈতনা পিরাং শিন্থুরি, তৃম্বা য়াদে বীজুবু করম্না থেমসিগে খন্ন-খন্না অহীংদো মমীৎ কক্লা অমা ফাওবা উইশিন্দনা নোং ঙাল্লকখি।

তোল্লমু নোং ঙাল্লকপদুদগী হৌগৎলগা মচীন ময়া শেংদোক্লগা বীজুগী চানবা অচাপোৎ দুকান্দগী লৈবিরুরে অদুগা বীজুবু থেম্বীখি। অঙাংনীনা অচাপোৎতু চারিঙৈদদি মমাদো ঙাইহাক্তি কাউই। তোল্লমু ঙাইহাক অদুদা ব্রাখল মওন-মওন খল্লকই। বীজুগা লৈমিন্নবা মমান্নবা নৎত্রগা মমান্নবী অমা লৈরবদি মমাবু কাউবা ঙল্লকপসু য়াইকো। অদুদি কনাগা লৈহনসিবা! অসুম্না তোল্লমু মমীৎ মনা উইশিন্দুনা যেংলকপদা থম্বালমচাগী মচা ময়ামদু উরকই।

থম্বালমচাগী ইমুংদু য়াম্না লৈত-লাইরবা ইমুংনি, থম্বালমচাগী মচাদি ময়ামনি। মচা অমতং ঐ য়োকচরগে হায়রুসিবা খন্ন-খন্না চাক লোইরক্তুনা বীজুবু ঙা তোৎলগা পীজনবা হোৎনরি। বীজু চাক চাবা হৌরকপদুদা মমাবু নীংশিংই, নাহল মখৈদি পুখম অমত্তদা মমাগা পূন্না চামিন্নবনি, ঙসিদি মথন্তা চাবদুদা মপূক্লীং নুংশিবগী লোইবা নাইদে। মপুনা ঙা তোৎতুনা মবূক থন্না চাখিনবা কন্না হোৎনজৈ অদুবু চাশিনবা ইয়া য়াদে। থম্মোয় মনুংদদি মমাবু তৎতনা কৌরি করম্না চাবা য়াগনি।

বীজু কপনীংবগী কপনীংবা ঙাক্তনি, অদুম ওইনা ভাব খবদি তাবা ঙমলে। মপুনা মাবু কপতনবা হোৎনরিবদু খঙই। মদু খঙনা-খঙনা কপনীংবগী ইহুলদুদি মাঙখিবা লৈতে। অঙাংনীনা মমা উনীংবগী

ইখৌ লাংবদি অসুম অসুম হেনগৎলকই, মপুনা ফনা লুনা তৌরবসু কাউখিবদি খক ঙমদে। বীজু মমাদো শিরবনি অমুক হল্লক্লরোই হায়বা অশেংবা খঙলকপদুদগী অমুক্কা হেন্না কপনীংই, মমাগী নুংশিবগী চাং খঙহেন হেনগৎলকই। অয়ুক নুংথিন নুমিদাং মাঙ্গোলদা থোক্তুনা পেৎহৌ-পেৎহৌ মমাবু কৌদুনা কপ্পী।

“বীজু নঙবু কৈদৌগে? নমাবু কাউথোকপা তমলোবা। পুন্সি হায়বসিদি অসিনি অমুক পোকপা অমুক শিবা হায়বসে পোকলুবা ঐখোয়গী লীচৎনি। পুপুগী নুংশিবা নঙ কপলুরনু লাইবক্তা তল্লল্লবনি খল্লসিকো নিংথেম।”

তোল্লমুনা বীজু থেম্না-থেম্না মতম খর হৌথ্রে। বীজু ফনা চাউরে। তোল্লমুসু নিপানি বীজুসু নিপানি নুপী য়াওদবা যুম্বাল হায়বসে কাংখোং চাইগল্লি। মখোয়গী ইমুংদো যুময়ায় যুমশাং ঊচিনা হুৎপগীনা অমুক্তোইবা পূমচাই চাইরে। পোৎ চৈ অমত্তা নীংথিনা থম্বসু য়াদরে ঊচিনা চিকথৎপা ঙম্বা মখে লোইনা চিকথৎলি মাঙহল্লি। ফৌ-চেং মরাং কায়বা ইমুংনিনা ঊচিসু মরাং কায়না লৈ। তোল্লমু শাউনীংবনা মিহুল চোংই। বীজুগা মখোয়নীনা ঊচি ফানবা লাং থাকই, মদুসু ঊচিনা শিংবা হেনবনা থুবীদে। অদুদগী মচীঞ্জাক্তা অমুক ঊচি হীদাক হাপতুনা য়েংই মদসু ঊচিনা চাবিদে। মখোয় অনী চঙদুনা লৈবাক তৌথোক্তুনা য়েংই মদুসু থিবা ফংদে, ঊচিদনা মঙম্মী। তোল্লমু উপায় লৈত্রদুনা সুম খল্লি। ওইরিবা ইমুংগী ফীভম অদুদা নুপী নত্তনদি ওইররোই। মখোয় অনীনা ফনা কন্না লোইশিল্লবসু লূবা নালবা পাক্লা ঙমদে। মরক-মরকপুদি মনাও নিপাগী মচা নুপীশিংনা লাক্তুনা লোইশিনবীরৈ। হন্দক মরক অসিদি মনাও নিপাগী মচাশিংসু অমত্তা লাক্তে হায়দুনা বীজু মখোয় অনী মনাও নিপাগী মচাশিংদু কৌবা চৎলম্মী।

বীজু অমুক্কী মপান থোক্তবনিনা সড়ক য়ৌরকপদা মমীৎ ইঙাও ঙাওই। বীজুগী মতৌদু উবদা তোল্লমু বীজুদা হায়রকই—

"বীজু, মমীৎ ঙাওগনু নমাসু গাড়ীনা থোমদুনা শিখি নঙসু গাড়ীনা থোমগনি ঐগী ইনাক্তা নীংথিনা চৎলো।"

তোল্লমু, থায়না মমা মপানা শারম্বা য়ূমজাওদনি লৈরিবা। মনাও নিপানা মখোয় অদুদগী খর চৎলগা লৈবা বজার অদুদা করবার তৌদুনা লৈবদগী ময়ূম য়ূমফম লৈদুনা য়াম্না নুংঙাইনা লৈখ্রে। মনাও নিপানদি হায়জে–

"তাচৌ ঐখোয়গা পূন্না লৈরসি, ঐখোয়গী লৈফমসিনা নুংঙাইগনি হান্নগীসিদি য়েন্থোকখ্রসিদনা তাচৌ। ঐখোয় অনীদা পোকপদা মখাই-মখাই লৈবসে ননাওদি কয়া নুংঙাইজদে।"

"ইয়াম্বদি ইমা ইপানা থম্বীরম্বা মফমসে নুংশি ইয়াম্বনা হিংলিবা মখৈদি মফমসিবু শঙবা ওইনা অসুম লৈরগেদা, ঐদি মফমসিদা থূপকে খল্লি। চাউরবা ইংখোল শম্বলসে পোৎ-চৈ পারগা মদুদগী ফংলকপা মনা-মশীং মহৈ-মরোংদুনা ইয়াম্বগী ঙামীৎ-থুম্মীৎ পূম্নমক পুবসু ঙম্মী। চেং ফৌ হায়রা, লৌ ময়ামগী লৌসাননা চাবদা লেম্না পানা কোন্নে। পূম্নমকসিগী মথক্তা ইংখোল শম্বল খর শূবা অসিনা হকচাংদসু য়াম্না নুংঙাইহল্লি। মনা-মশীংনা ফরকপদা ব্রাখলসিনা কয়াদা নুংঙাইজরিবা। নয়াম্বদি মসিগী মহিং অসিনা হেন্না নুংঙাইজে য়ূম ইংখোলসে নয়াম্বনা লৈরিঙৈদদি য়োম্থোক্লোইসিদা। নঙসু নঙগী অদুমক তৌ, ইমুংগী দরকার ওইরকপদা ইচীন-ইনাও সেগা-মাইগা তান্নমিন্নরগা লোইরে।"

"ফরে তাচৌনা অপাম্বদু অদুম তৌবীয়ু। তাচৌনা সিনা ফৈ হায়বদু ননাওসু য়াজরে। ইমুংগী দরকার লৈরকপদা নচাশিংবু কৌরগা হেক হোৎনহল্লু তাচৌ।"

মচীন মনাওগী লৈফম অসি মতৌ অসুম্না লাপ্নখিবনি। তোল্লমুনা মনাও নিপাগী য়ূম য়ৌরকপদদি, মাগী ইমুংগী চাইরিবা ময়ামদু লোইশিনবীনবা কৌগে লাকলিবা মচাশিংদুদি মাগী-মাগী মহৈ মশিং তম্বা মপান্দা লোইনা চৎখিরল্লে। তোল্লমু ব্রা মখা তারমদে মচীন মনাও

ওইবগী ৱারী অদুক শান্নমীন্নরল্লগা ময়ূমদা হল্লকখি।

উপায় লৈতে তোল্লমু ময়ূমদুদা চঙলকপা মতমদদি য়ূম পানবা মানদ্রে, ঊচিনা হূৎপগীনে মখোয়নগা লোইশিনবা হৈতবগীনে পূমচাই চাইরে। তোল্লমু মতিন য়োৎথদুনা ৱাখল তৌই–

"থম্বালমচাগী মচাশিংদুদগী অমা, হুম! মসি খনবদনা ওইবা য়াররোই হেক্তা চৎলগা হায়জরুরগে য়াবীরক্লে ফরে, য়াবীরক্ত্রে অদু মঙায়রে চৎতদি চৎলগে" হায়বসি চপ চানা খন্দুনা বীজুগা অমুক থম্বালমচাগী ময়ূমদা লাক্লে। থম্বালমচাগী ইমুং অদুদা তোল্লমুনা মখোয়গী ইমুংগী ওইরিবা ফীভম অদুগী ৱারী শাবদগী থম্বালমচাগী ইমুংনসু হরাও-হরাও য়াবীরক্লে। য়াফমদি থোকই মরমদি তোল্লমুনা থম্বালমচাগী মচা ময়ামদুদগী অমা নৎত্রগা অনী পুখিবদা মখূৎতা হামদুনা চারুদৌরিবনি। মাগী ইমুংগী চাইরিবা খরদুদি করিসু নত্তে, মখোয়গী মনাৎনিনা। থম্বালমচা তোল্লমুনা মচাবু য়োকচরুরগে হায়রিবদো লাইবক ফৈ খল্লি। তোল্লমুগীদি ইনাক খুল্লি ৱাত্ত পাদবা ইমুংনিনা মাগীদা লৈখিবা মচা অদুদি মনীং থুংলবনি মবূক থন্না চাবা ফংলনি হায়বসি থম্বালমচাগী ইমুংনা খঙই।

তোল্লমু থম্বালমচাগী মশক ফজবী অঙৌবী কৌবীদু পুদুনা ময়ূমদা বীজুগা মখোয় অহুম হরাও-হরাও হল্লক্লে। অঙৌবী লায়রবা ইমুংদা লৈবনা ময়াঙদি খর কংলপ তৌই, অদুবু মশক্তী ঙৌরোক ঙৌরদনা ওন্থোক্লা ফজখ্রে। অঙৌবী, বীজুবু কিরপ হঙ্গোইরপ তৌই কয়া হৈনদে বীজুগা নকশিন্নবা পামদে। বীজুসু মবূক্তু শাওনীংগুম খোয়রাংগুম তৌই। মাবু নুংশিনা তৌবীরক্লরোই খন্না মপুদা শাওনীংই, করিগী অঙৌবী লৌরুরিবনো ইমুংবু চাইগে চাইজসনু খল্লি। মৱাদি ঙাঙদে, অঙৌবীসু ঙাঙদে মবূক মনুংদা খন্নবা ঙাক্তনি। অঙৌবী তশেংনা বীজুবু হৈনদবদগী মপু তোল্লমুদগী নান্থোক্তুনা চেনখ্রগে খন্ন-খন্না তোল্লমুগী য়ূম য়ৌরকখি। অঙৌবী অমদি বীজুগী নুংগী ইহুন্দু মখোয়না হায়দ্রগসু

মপু তোল্লমুনদি খঙই। তোল্লমু যূম হেক য়ৌরকপগা মখোয় অনীবু ঙা অঙৌবা লৈরিবদুগা তোৎপিরগা পূখম অমত্তদা চামিন্নগদবনি হায়দুনা পীজনবা তৌরি। তোল্লমু মাগী লীচৈদু মনাক্তা থম্লগা হায়–

"বীজু নচল অঙৌবীগা চামিন্নররো লাকও চঙশিল্লকউ। নখোয় অনী খৎনবা য়াদে। খৎনবা হৌরকপা অমদি পুপুগী লীচৈসি উরেদনা, মসিগী মগুন খঙহনগদৌরিবনি। বীজু নঙসু অঙৌবীবু ঙসিদগী নচলমকনি খনবিগদবনি, মাবু ফুবিবা চৈবীবা য়াদে নখোয় অনী য়াম্লা নুংশিননা লৈমিন্নগদবনি। অঙৌবী নঙসু বীজুবু নবুংমক্লি খনগদবনী। নখোয় অনী শাউনরবদি পুপুসু শাউরক্কনি চামিন্নরো-চামিন্নরো।" অঙৌবী ময়ূমদদি ঙা হায়রুনু চগং ফাওবা মবূক থন্না চানিঙাই লৈতে অদুগা মপু তোল্লমুগীদদি য়ৌরকপদা ঙাইরি ঙা হান্না পুথোক্লকই। অঙৌবী ঙা য়াওবদুদা চাক্তী চ ীংবনা লোইরে, অদুবু বীজুগা চামিন্নগদবনী খল্লুবদা তশেংনা হৈনদে, অদুবু মপু তোল্লমুনা লীচৈ পায়দুনা শঙলি, মপুগী লীচৈদুসু কি, বীজুসু অদুনী। মখোয় অনী হৈনদ-হৈনদা চাক্কু চামিন্নরে।

"হো অদুনীদনা, নুতিগী চামিন্নগদবনী খৎনবা য়ারোই। বীজু পুপুনা হায়রিবসি মুন্না তাও, নঙনা অহলনী ইমুং অসিদা ঐখোয় অহুমদনি লৈরিবসি। নখোয় অনীনা নুংশিনদ্রবদি পুপুদি করম্না লৈগনি, অদুনা নখোয় অনীমক পুপুনা হায়বা ইনগদবনি।"

বীজুসু মমানা নৌনা হুন্দোকপিরম্লবনি, অঙৌবীসু মমা-মপা মচীন মনাও পূম্নমক কায়নরক্লবনীনা তোল্লমুনা মখোয় অনীবু অদুক্কী মতীক লুনা নুংশিনা তৌই। বীজুদি অঙাং মতীক নত্তনা য়াম্না শিংই, মপুনা হায়বা ইল্লি। মপু তোল্লমু নত্তনা মাগী কনা লৈতে হায়বা মা খঙই। মপা অঙাওবদুসু মচাবু হন্না য়েংবীরবগী ৱা লৈতে। মচা বীজু লৈ হায়বা ফাওবা খঙলমলোই। করিগুম্বা খঙলম্বা তারবসু মচাগীদমক খনবীবা মপা নত্তে।

তোল্লমুসু য়ূম অমা পাল্লিবনিনা লৈকাইগী থৌদোক ৱাথোক দেব কর্মা চৎতবা য়াদে অদুবু মানা চৎথোকখ্রিবঁদা বীজুগা অঙৌবীগা অঙাং ঙাক্তনিনা খৎনরমগনি ফুনরমগনি হায়বগী য়াম্না ৱাজৈ অদুনা চৎথোক্লমদাই খূদিংগী মখোয় অনীবু কৌশিন্দুনা পূকমেন-পাউমেন্নে মখোয় অনী নুংশিননা লৈমিন্নগদবনি হায়বা ৱাহৈশি তোল্লমুগী ৱাহৈ ওইরে।

মপু তোল্লমুনা নুংশিনৌ হায়ন-হায়না মখোয় অনী নুংশিনৌ হায়বা সুকয়া য়ারমদে। করিনো অমগীসু হেক্তা মখৎনৈ, করিনো অমগীসু হেক্তা মশাউনৈ। তোল্লমু মখোয় অনীনা নুংশিনদবদু উবদা শাউনীংই। অসুম শাউনীং-শাউনীং লৈরকপা ফনা কুইরকলে। মখোয় অনীবু নুংশিনহনবা তোল্লমুনা ঙমদরে। মখোয় অনীবু করম্বা মতমদা নুংশিনরক্কদগে খনবদা অৱাবা ওইরে।

বীজু অমদি অঙৌবী শান্নরম্বদগী মপুনা হনজিল্লকপদুদা বীজুদি মপুগী মনাক্তা চেনশিন্দুনা নাউদে শাজৈ। তোল্লমু চৎথোকউবা হল্লকপদা মখোয় অনীনা থাজদনা য়াম্না নুংশিন্না শান্নমিন্নরম্বদুদা অঙকপা অমগা লোয়ননা হরাওবনা ঙমখৈ লৈরমদে। নোকমি-নোকমিনা–

"সেনে, বীজু পুপুনবু চৎথোকলুরগা নখোয়গী অচাপোৎ লৈরক্তে হায়বরো? সে নঙ ঙাইহাক্তা নীংথিনা লৈয়ু ঐ ফূরিৎখাউদগী অচাপোৎ লৌথোক্লক্কে হায়বা। নচলসিদি তূমিন লৈ, য়াওবসি নঙনা খরা মহেনমান্নি। সে-সে পুপু য়েনবীরগে হোরেন অমুক য়াম্মী য়ামদে হায়দুনা খৎনরক্কনি। তোল্লমু মখোয় অনীদা হংসু-হংদে, হায়সু হায়দে, মবূক মনুংদদি খল্লি, "কনানা করি হায়রদুনা, কনানা ইনশিনবীবা য়াওবগীনো ঙসিদি কয়াদা নুংশিনরম্লবা ওম্থোক্লা নুংঙাইখ্রেদা। তোল্লমুগী থম্মোয়দা হরাউদুনা শোনজৈ।

থৱায় পানবা খূদিংমক লৈফম-লৈফমগী মখা পোল্লি হায়বা য়াই, অদুগীসু মথক্তা লৈবু লৈমিন্নরবদি হূই-হৌদোঙদসু নুংশিনরকই

হায়বসি অচুম্বনি। মপু তোল্লমুনা পামজবা অদুমক অঙৌবীনা য়ূমদুদা হেক লৈরকপদগী পাঙথোকপা হৌরকই। মানা য়ূমদুদা অহানবা চঙলকপদগী হৌনা ইমুং অদুদা ওইরমলিবা ফীভম অদু উবদা অঙৌবী তশেংনা নুংঙাইজরমদে। মদুমক্লা অঙাং ওইজরবসু অঙৌবীনা ইমুংদু লূ-নালনা থম্নবা হোৎনরকই। হৌজিক্তী অঙৌবীনা য়ূমদুদা লৈরবদগী শিৎ নাল্লদনা য়ূম পানবা মাল্লে। পূম্নমক্তু উরগা বীজুনা অঙৌবীবু অসুম অসুম নুংশিরকই। অঙৌবীসু বীজুনা মাবু নুংশিবীবদু খঙলম্মী মখোয় অনী ফোঙদোক্লদে অঙৌবীনসু বীজুবু তশেংনা নুংশিবা ঙম্লকই। নোংমা-নোংমগী মখোয় অনী নুংশিনবগী চাং য়াম্না ৱাংখৎনরকই।

অঙৌবী বীজুগা পূন্না চাক চামিন্নবদু তশেংনা হৈনরমদবনি অদুবু মপুনা নমদ-নমদা পীজবদগী খর-খর হৈনরকখিবনা হৌজিক্তী অঙৌবী বীজুগা চামিন্নদ্রবদি মবূক থন্দবগুম তৌরে। বীজুসু অদুনি, অঙৌবীগা চামিন্নবা হৈনরমদবা বীজুনি অদুবু হৌজিক্তী অঙৌবীগা চামিন্নদ্রবদি মাসু চাবা য়ারক্তে। অঙকপনিকো মখোয় অনীসে, অঙৌবীনা নোংমতা চাক চানীংদ্রে হায়দুনা চাদবদা বীজুসু হেক্তা চাদে। মদুসু অঙৌবী খঙই। বীজুগী অদুগুম্বা মাবু নুংশিবীবা মতৌদুদা অঙৌবীনা বীজুবু হেন্না-হেন্না নুংশিরকই। হৌজিকতী মখোয় অনীসি চারে পূন্না চামিন্নরে তূমলে পূন্না তূম্মিন্নরে। ঙাইহাক্তা উনদবদা অমন-অমবু কোইথি থিনৈ।

মখোয় অনীনা চামিন্নবা তূম্মিন্নবা লৈমিন্নবা অদুদা য়ূমলোন কৈরোন্নবশিংদুনা উনবা য়াওনরক্লে। উফম্নুদি থোকই, মরমদি মখোয় অনীনা মমাঙদা খৎনবা লাউনবা পূম্নমক তাবা-উবা য়াওই য়ূমলোন্নবনিনা। য়ূমলোন্নবশিংসু মখোয় অনীনা অদুক হক্লা নুংশিনরকপদুদা অঙকপা অমদি পোক্লখি। অদুক য়েংথীনরম্বদুনা অসুক নুংশিনরক্কনি হায়বা কনাসু থাজনরমদে। অঙৌবী অহানবা য়ূমসিদা লৈরবা কুইদরিঙৈদদি মপু তোল্লমু উদ্রিঙৈদা চেনখ্রগে খন্দুনা য়ূমদুদগী

থোক্লকপা মশীং ফনা য়ামশ্রে। অদুম ওইনমক মপু তোল্লমুনা লুনা চান্না নুংশিনা তৌবীবনা চেনবদি ঙম্লমদে। ঙসিদি অঙৌবী বীজুবু উদ্রবদি হিংবা ঙম্লরোইদ্রবগুম খল্লক্লে, বীজুসু মদুগী ইহুলদু ফাওদবা নত্তে।

মতম হায়বসি খাম্বা য়াদে, ফাদুনা থম্বসু ঙমদে। বীজু অমদি অঙৌবী মতমগী খোঙলৈ তুংইন্না পাখং-লৈশা ফারক্লে। অঙৌবী মশক য়াম্না ফজে, মীয়াম্না কল্লকপা পোকই। বীজুসু মপাগী শাবাননি, মপাদগী মানা খরবু চাউ শাংনা উই। শক, হায়রা মপাদগী মানা য়াম্না হেল্লি ফজবা অমদি নুংশিবা। শাবান্দা য়েংলবসু মীনা কিবা হঙ্গোইবা শাবাননি। মদুমক্লা তোল্লমুনা চাউথোকচৈ, মাগী অদুক য়াম্বা মরন-মথুম অমদি ময়ূমশিংদু বীজু লৈবমদ্রবদি মীনা হোনখিবদা লোইবু লোইরমগনি, মানগা চৎথোক খোতোক তৌবনিনা মচাসু পোক্তে হায়দুনা। পূম্নমক বীজুনা চাউথোক চাউনা য়ূমদুগী মপু ওইনা লৈরবনিনা তোল্লমুগী মরনশিংদু কনানা শোকপা ঙম্লমদে।

বীজু নোংমতসু মপা অমুবা লৈরি হায়বা নীংশিংলুদে। মমানসু মপা মশক তাক্লমদে, মপু তোল্লমুনসু তাকপিদে। তাকলুদুনবু করি কান্ননি খনবনা ওইরমাল্লে। মদুগুম্বদু নীংশিংদনবসু মপু তোল্লমুনা লুনা নুংশিনা তৌবনি। মদুমক্লা বীজুনসু খল্লি, মাগীদমক মপু তোল্লমু লৈরি, অঙৌবী লৈরি। বীজুগা অঙৌবীগা জাৎতিদি তিন্নদে, অদুবু জাৎ-বিজাৎ খায়দবা তোল্লমুগী মফমদদি চপ মান্নে, মদুমক্লা মখোয় অনী মপু তোল্লমুগী মনাক্তা পূন্না হিংমিন্নবা য়াবনি। তোল্লমু মীওইবদগী হৌরগা শা-ষণ, হূই-হৌদোঙ, উচেক-ব্রায়া, তোল্ল-তারশিং লোয়ননা থব্রায় পানবা খূদিংমক মাঙোন্দদি চপ মান্ননা নুংশিবা ঙম্বগী থম্মোয় পাল্লি।

নুংশিনবসে হেক্তা য়াবা নত্তে, অদুবু য়াবসু লৈ। নুংশিবা হায়বসে মখল-মথেল কয়ানি। নুংশিবগী কাখল য়াম্মী। হেক্তা নুংশিবা য়াবা

অমসুং য়াদবা কয়ানি। শকখঙদ্রিবা অমা নৎত্রগা ইমুং-মনুং, মরী-মতা, শাগৈ-নাতৈ, কৈরোই-লৈকাই, ইমা-ইপা, ইচা-ইশু, ইচিন-ইনাও পূন্নমক অসিগী নুংশিবসি তোঙান-তোংঙাল্লি। মীওইবা হায়বসে মীওইবনি, পূকচেল-খোয়জেনবু তিন্নরবা, মীনুংশিবু পোক্লরবা, মীওইবগী অৱাববু উনরবা, কৎথোকপা অমদি পেনথোকপবু ঙম্নরবা, নুংশিনরকপা হায়বসে মশানা অদুমক চিংদুনা পুরকই। নুংশিবগী ৱাহন্থোক অপূনবা ওইনা য়েংলগা শান্তি কৌবা উপাল অদুনি হায়না অর্থ হল্লবসু য়াই। নুংশিবা হায়বসিদি হিংশা নত্তে অহিংশানি, হায়না খল্লবসু য়াই।

নুংশিবগী মপাল মউ লৈতে। জাত্তি তিন্নদ্রবসু হেক্তা নুংশিবা য়াই। শকখঙদ্রিবা লম্লানবসু ওইসনু লম্লানবীসু ওইসনু, মীওই অদুগী ৱাঙাঙ শঙাঙ লমচৎ-শাজৎপু ফজরবা, মীওইদুগী নোলুকপা মতৌনসু নুংশিবা হৌরকই। নুংশিবদা মীচঙ মীখায় নাইদে, অচৌ পিশক খায়দে, লাইর-অনং থিদে, অজাৎ-বিজাৎ লৈতে। তৌবতবু ঈশিংগুম হাপলু-হাপলুবা পাত্র অদুগী মওং মতৌ খেন্নবগুম, নুংশিবগী কাখল খেন্নরবসু ওইরকইবা ফীভম অদুগী মতুং ইন্না হেক্তা নুংশিবা য়াই।

বীজুগা অঙৌবীগা য়াম্না নুংশিনরকপা অমদি অচেৎপা ৱাফম থম্বগুম উরকপা, লোয়ননা অঙৌবীগী হাকন্দগী বীজুনা মমান্নবশিংগা ফুনরকপা পূন্নমক্তু উরুরগা তোল্লমু হরাওজে। তৌবগীদি হরাওবদুগী মরক্তা থৱায় ৱাবসু য়াওদবদি নত্তে। লৈকাই অদুগী মীওইশিংনা বীজুগা অঙৌবীগা য়াম্না হকচিন্না নুংশিনরকপা অদু উবদা কল্লকপা মীহৌবা পোকই। মীওইবা কল্লকপা মীহৌবা হায়বসিনা মনীং তম্লক্লবদি মাঙনিঙাই মশক ওইরকই। বীজু অমদি অঙৌবীগী মতৌ অদুদা কনানা করি হায়রি, কনানা করি খল্লি হায়বসি মখোয় অনীনা খঙদ্রবসু তোল্লমুদি খঙই। লৈবাক মাঙদা খোঙগোইনগে খল্লিব্রা? নৎত্রগা ঙক্লা থোকপা মখোয় অনীগী মতৌদুবু নুংশিবীদুনা ৱাংনা থাংগৎকে

খল্লিব্রা খঙদে। উন্না কূপ্পা মীওইবনি, মীওইবগী থম্মোয়নুংগী ৱাবু কনানা খঙগনি। তৌবতবু মখোয় অনীগী নুংশিনবা মতৌ অদু উরগা লৈকাই ৱারীনফম ওইরক্লে, মসিদনি মপু তোল্লমুনা ৱাজরিবসি।

অহানবা য়ূমসিদা লাকপদা অঙৌবী হায়ন-তান য়ারমদে। ইপঙ পঙগদবগুম তৌরম্বনি। অদুবু বীজুগা মপু তোল্লমুগা কিবদগীনি খঙদে, অসুম পূন্না লৈমিন্নরকপদগীনি খঙদে অঙৌবী নোংম-নোংমগী শিংবা অসুম-অসুম হেনগৎলকই। বীজুনা মথৱায় খরদা নুংঙাইতবদা অঙৌবীনা বীজুগী মনাক্তগী চৎথোক্তনা শূন্ন-শূন্ন নৈদুনা হেক্তা লৈ। বীজুগী মথৱায় নুংঙাইনবা হেক্তা তৌই।

মখোয় অনীগী অসিগুম্লবা মতৌ অসিদা মপু তোল্লমুনা য়াম্না ৱাজে। মরমদি মখোয় অনীবু নুংশিবা হেনমনবগীনি হায়বা য়াই। মহাক্না করিগুম্বা শিখিবা তারবদি মখোয় অনীদি করম তৌহৌবা? মখোয় অনীবু কনাদা শিন্নরমগনি হায়বগী ৱাখল অসিদা অসুম খন্দুনা লৈ।

অশেংবনি তোল্লমুগী ৱাখল, মীওইবগী পুন্সি অদুক্কী মতিক তেল্লি। মানা খনখিবদো চুম্মী, তোল্লমু অহলগী মতম ওইরক্লে, পামুজৈ মশাবু অহল ওইরকপগী। বীজু অমদি অঙৌবীগী কুম্মৈ য়েংনীংই। অদুবু খামদুনা থম্বা য়াদবা মতম মানা মপু তোল্লমুগী মফমদা অহলগী মতমদো পুদুনা লাকখি। মহাক শিনীংদরি। বীজু অমদি অঙৌবীগী ৱাখলদা, মখোয়গী মচা-মশূ মমীৎতা উনীংলি। অদুবু মীওইবা অমর কনাসু য়াওদে, পোকলুরবদি শিবা তাই। পোকপা শিবা নাইনবা মীওইপোকনি, অমুক চৎখিনি, অমুক হল্লক্কনি মসিদি মীওইবগী খোঙচৎনি।

তোল্লমু হন্দক মরকসি হকচাংনগা ঙম্লক্তবনে, বীজু অমদি অঙৌবীগী ৱাখলনা ঙাইহাক ফাওবা পোত্থাফম খঙদে। ''করিগুম্বা ঐনা হকচাং ঙম্লক্তবা অসিদগী অসুমক হৌগৎপা ঙম্লকখিদবা তারবদি

মখোয় অনীসিবু কনাদা শিন্নরমসিবা ঐবো? নুংশিখ্রেদা মখোয় অনীসে। ঐনা থূপখ্রবা মতুংদা মখোয় অনীনা তৌহৌগদবদো ইমীৎ অসিদা শং-শং উরে। ইখোঙসে থাংদুনা চৎপা ঙমলোইদৌরি ঐবু কমদৌসিবা!"

তোল্লমু অসিগুম্বগী ৱাখল খন্ন-খন্না নোংম-নোংমা হৌখিবনা বীজুগা অঙৌবীগা কনাগী মফমদা শিন্নরমদনা, ইথা-থাজদনা তূমখিবদগী হৌগৎলকখিদরে। ফনা থেংলবা ফাওবা মপুনা হৌগৎলক্তুবা অদুদদি বীজুগা অঙৌবীগা মপুগী ফমুং অদুগী কাংখলদু খব হাইদোক্লগা মঙক লীৎশিন্দুনা মপুবু হৌদোকই। লাইবক থীবনি, বীজুনা কৌবদা মপুদু খুল্লক্লে, হন্না ফাওবা য়েংলক্লে, খজিক ফাওবা লেংলক্লে। বীজু মমানা তৌখিবা মওং-মতৌদু খঙনীং নীংশিংলকখি।

"ইমাসু পুপুনা কৌবদা অদুমক খুল্লমদ্‌া চৎখি, পুপুনা কৌবদু মা তাখিদে। অদুদি পুপুসি শিরবরা? ঐনা কৌবদা খুমলক্লিবসিনদি! হুম, পুপুসি শিরমাল্লে, মীয়ামনা ইমাবু পুখিবগুম, পুপুসু মীয়াম্না মৈ থাদুনা মাঙহল্লুনবা পুখ্রগনি। অঙৌবী ইবানীদি পুপু লৈত্রবদি করম্না হিংগনি।"

বীজু অসুম খল্লম্বদগী খোঞ্জেন থোক্লা কপলক্লে। বীজুনা থম্মোয় শোক্লা কপলকপদুদা অঙৌবীসু মপুবু কৌদুনা কপলকই। অঙৌবী মবুং বীজুনা কপ্পদুদা মাসু মবুংগী মতৌদুদা নুংঙাইতবগী কপ্পগী ৱানি মাসু শিবা হায়বসি করিনো হায়বা খঙদে, অঙৌবীনা হেক মীরোন তারকৌঁদগী শিবগী মওং মতৌ অমুক্তসু উখিদ্রি। বীজুদি মপুবু কৌ-কৌদুনা কপ্পা লেপতে।

"পুপু ঐখোয়বু কনাদা শিন্নরম্বনো, অঙৌবী ইবানিবু করম্না হিংউ হায়বনো? নঙ ঐখোয়বু থাদোক্তুনা মফম কদায়দসু চৎখিবা য়ারোইয়ে পুপু।"

য়াহৌ ঙনবা মীনা হৌগৎনরবা, য়াহৌ খর থেংবা মীনা হৌগৎনদ্রিবা মতমদগীনি বীজুগা অঙৌবীগনা মপু কৌদুনা কপলকইবসি। অয়ুক্কী পূং ৮ তারবা ফাওবা বীজুগা অঙৌবীগা কপ্পা লেপতে। বীজুগা অঙৌবীগনা কুইনা কপলকপদুদা য়ূমথংনবশিংদু মথন-মথন হায়নরকই। অহানবদদি মখোয়সু থৌ-ৱা শারুদবনি অদুবু মখোয় অনীনা কুইমন্না কপলকপদুদদি অচৌবী করিগীনো খঙনীংলকই– "ইপল তোল্লমুগী ইমুংসিবু করি তৌরবনো অঙৌবীগা বীজুগসে কুইরেনে কপ্পীসে মখোইবা, অমুক্তা য়েংবীরুসিরো?" অচৌবীনা মপুরোইবা শামুদা হায়খি।

"হোয়নে ঐসু খল্লম্বনি, ইপল তোল্লমুসু ঙসি ঙরাংসি হকচাং কয়া নুংঙাইতে হায়দুনা ঙরাংদা ইনাক্তা ফম্লগা ৱারী তৌরম্মী। ইপলদু ঙসিগী হৌগৎতুনা মপান থোক্লকপসু উদে, অঙৌবীগা বীজুগনা কপলিসিগা, হুম! মমা পন্থরনু করি তৌরবনো অমুক্তা চঙদুনা য়েংবীরুশি লাকও।" শামু মতৈ-মনাও প্রপ প্রপ লাকই।

"বীজু, অঙৌবী, নখোয় অনীনা কপ্পীবু কৈদৌনরে হা?"

বীজু অঙৌবী মৱা মরিন অমত্তা ঙাঙনদে, অদুবু থম্মোয়নুংদদি খল্লি। য়ূমলোন্নবগী মখুরা শামু মতৈ মনাওনা চঙবিরক্তুনা করি-করম হংবীরবগীদমক বীজুগী থম্মোয়না মখোয় অনীবু থাগৎলি।

শামু বীজুদা হংলম্লগা ৱা মখা তারমদনা য়াম্না থুনা মপলগী ফমুং তম্না চঙশিনখি। অদুগা মপলগী কাংখল অদু হায়গৎতুনা য়েংলুবদা মপলদো তূম্বা মান্দবা শকফম অমা উবা ফংই। শামু মপলগী মিহুন মফমশিং তাপ-তাপ পায়দুনা য়েংলুবদদি মিহুন অমত্তা ফংলমদ্রে। হকচাংসু ঈশিংগুম ইংখিরম্মী। শামু পাখৎলপ মমীৎ মনা তথক-তথক খোঞ্জেন নীকলপনা–

"মমা ইপলসে মিহুন ফংদ্রে শিরেনে! ঐ মখোয়গী মনাওনিপাদু কৌরুখিগে। নঙনা ফমুংসি খর লোইশিনবীরম্মু অদুগা মথক্তা শূপলিবা

ফৈজুপ অসি লৌথোক্লগা ফিয়ানকোক্তা য়াল্লিবা ফৈজোম অঙৌবসিনা মথক্তা কূপশিনবীয়ু, ঐ চৎলে।” শামু তোল্লমুগী মনাও শরততু কৌবা চেনখ্রে।

তোল্লমুগী ইমুং-মনুং মরী মতাশিং তোল্লমু লৈতরে হায়বা পাউদু তাবদগী লোইনবা চেন্নরক্লে। লৈকাইদুগীসু অহল-লমন শাগৈ নাতৈ লোইনা তিল্লে। মখোয় খরনা বামোন কৌবা য়াও, পূং ঈশৈগী চেন্নবা য়াও মরাঙ-মরাঙই। মীয়াম চঙদুনা তোল্লমুবু সংস্কারগীদমক মংফমদা পুননবা থৌরাং পূম্নমক লোইরে। তোল্লমু পূং ঈশৈনা থৌগল তৌদুনা মাবু নুংশিবগী তেংথা মীকপকা লোয়ননা মীয়াম হূপনা মংফম তম্না লাক্লে। বীজু অমদি অঙৌবীসু মীয়ামগী তুং ইন্নরকই। লাইবক থীবনি মখোয় অনীনা মপুবু কৌদুনা কপ-কপতুনা ইন্নরকপদুদা মীয়াম্না মখোয় অনীবু থীনা চৈদুনা তানশিল্লকই।

“কৈদৌনা ইন্নরকইনো নখোয়না করি খঙই চৎলু য়ূমদা লৈরুচৎলু চৈ চাগেরা?”

মখোয় অনীগীদমক মপুনা হিংলিঙৈ ব্রাজখিবদো হৌজিক-হৌজিক মখোয়গী মফমদা থুংলরে। বীজু অমদি অঙৌবী মপুবু নুংশিবদগী কপচবা ফাওবা মনীং তম্না কপচবা ঙমদরে। খোন খজিক্তা থোক্লা মপুবু কৌদুনা কপলুবদা তিল্লিবা মীয়ামদুনা ঙাঙবগা চৈবগা ফূবগা হেক্তা তৌবী। কমগীনি হায়দুনা লাকলিবশিংদুনা বীজু অমদি অঙৌবীদা তমথীবা মীৎয়েংনা য়েংবী। অয়োকপনি খনবগীরা খঙদে। ওইরকইবা ফীভম অদুদা বীজু, অঙৌবী মপুবু কৌদুনা ও খোংনা হেন্না কপনীংই। অদুবু কপনীংই হায়দুনা কপ্পসু য়াদে, অথিংবা লৈ। হৌজিক্তী মখোয় অনী করিগুম্বা অমত্তদা মনীং তম্বা য়াদ্রে। মখোয় অনীগী নীং তম্নম্বগী হক পূম্নমক তিল্লিবা মীয়ামদুনা মুনবীখ্রে। মপু তোল্লমুনা হিংলিঙৈদদি ইমুংদু মখোয় অনীগী কুশিনি। তৌনীংবতা তৌবদা মপুনা অথিংবা পীদে, ইমুং অদুগী হক পূম্নমক মখোয় অনীগীনি। তূম্বসু মখোয়

অনী ফমুং অমদা পূন্না তূমহল্লি চাবসু পূখম অমতদা পূন্না চামিন্নে কয়াদা মনীং তম্না লৈরম্বা। হৌজিক মপু লৈত্রবা মতম অসিদদি ইমুং অদুদগী ঈশিং য়াউম অমা ফাওবা থকচবা ঙম্বগী পাঙ্গল থৌনা পূম্বা মুনবীখ্রে।

ফমুং অমদা তূম্মিন্নবা পূখম অমদা চামিন্নবদি লাইরদনা ইমুং মাঙ্গোল অমদি সুমাঙ ফাওবা চঙবা য়াখিদরে, কপ্পদগী হৌরগা পূম্নমক থিংজিনবিখ্রে। চাক চাবা তৌই, কর্মগী লাকলিবা মীয়ামদুনা চাখিবগী অরেম্বা লূখাক্কু পীজৈ। চাওখৎতবা ইমুংগী হূই হৌদোংদা পীজবগুম ময়ামগী লূখাক্কু পীজরগা খাঙহল্লি। মখোয় ময়ামদুনা তৌবীবদু য়ানীংদে খজিক্তা হায়রুবদা ময়ামদুনা ওমশন্দুনা হেক্তা ফূবি। মখোয় ময়ামদুনা শীংগায়বক পায়রগা ফূবিবদা বীজুগী নময়াঙদু চৈফম মশীং খঙদনা লৈরে। অঙৌবীসুনি, মপু লৈখিদবগী মৈচাক্কী মথক্তা চৈনাসুনি খাঙলিবা। উপায় লৈত্রবা বীজু অমদি অঙৌবী মখোয়গী তূমফম চাফমসু মীয়ামদুনা মুনবীপ্রবনিনা মখোয়গী মনীংগী কঈ মখাগী অমোৎপা অমম্বা মরক্কুদা লৈবা তাখি। মদুদা লৈরগদদা মখোয় মীৱা খোনথী তাদে। পেনদে হায়দুনা ৱাকৎফম লৈতে, কপনীংই হায়দুনা কপ্পসু য়াদে, করিদি উপায় লৈ। থম্মোয়নুংদা নুংহিক্লা খাঙবা নত্তনা। বীজু অমদি অঙৌবীনা মীপূম খূদিংবু থাজবা ঙমদে, তিল্লিবা মীয়ামদুনা মখোয় অনীদা য়েংলিবা মীৎয়েংদু তশেংনা পেন্দে। পূম্নমক্কু নীংশিংলুরগা মপুবু নীংশিংদুনা নুমীৎ চূপ্পা মপি কংবা ঙমদে, মদুসু খোন থোক্তনা।

খঙহৌদে মতম নোংম-নোংমা হৌখিবনা মপু তোল্লমুগী শ্রাদ্ধ কর্মা লোইশিনখ্রে। তোল্লমুগী ময়ূমদা তিল্লম্বা মীয়ামসু পূমচিক চিকপ্রে। মীয়াম পূম্নমক্কা বীজু অমদি অঙৌবীগীদমক কনা অমত্তনা করি অমত্তা খন্নবীখিদ্রে, মখোয় অনী লৈ হায়বা ফাওবা নীংশিংবীদ্রে। মখোয় অনীগীদমক কনা লৈতে চোংথোক্কুনা পাম্বোম তিংবীগদবা। অদুম ওইনমক হৌজিক-হৌজিক তোল্লমুগী য়ূমজাউদু বীজুগা অঙৌবীগনা

শঙলি। তোল্লমুগী মনাও শরতসু বীজু অমদি অঙৌবীগী মপুন্সিশিংদুগীদমক করি অমত্তা থৌওই-ৱাওইবীরমদে মীৎকুপ অমা ফাওবা মখোয়গীদমক খনবীখিদে। ময়াম্বগী কর্মা লোইখিবগা যূমজাওদু থোঙ শো লোনশিল্লম্লগা চৎখিবদগী নুমিৎ মরিনি শুরবা ফাওবা হন্না য়েংলদ্রে। শরত মতৈ মনাওনা করি খল্লিবা খঙদে, মচাশিংসু মপান্দা লোইনা থমখিবনীনা যূমজাওদু অরেম্বদা পঙথম থম্বা কান্নদে হায়দুনা য়োম্হোকখিগদৌরিব্রা নৎত্রগা মমা-মপানা থম্বীরম্বনি হায়দুনা পঙথম-থমগদৌরিব্রা মদুসু খঙবা ঙমদে। পূকচেল খোয়জেল খঙনদ্রিবা তিন্নরুদ্রিবা মীগী মবূক কনানা খঙবা ঙমগনি।

হৌজিক মখোয় অনী হিংলিবনিনা হিংনবা উপায় থিরকপদা কর্মা মনুংদা মীয়াম্না চারম্বগী লূখাক কোমদা হৈজিনখ্রবা ফত্তা হাওদি মরক্তুদগী নোংমগী শিদনবা চাবা য়াবা মন-মন না চারগা উপায় লৈতনা খাঙলি। মখোয় অনী মৱা-মরিন অমত্তা ঙাঙনদে তূমিন-তূমিন। থম্মোয়নুংদদি খন্নখি "ঐখোয়নী করম্না হিংগনি।" মপু তোল্লমুগী শ্রাদ্ধ কর্মা লোইখিবগী মতুং অসি বীজু অমদি অঙৌবী অহিং হেক য়ৌরকপগা কপনীংই, মীচিক মীরাওখোনবু তারক্ত্রবা মখোয় অনীগী পিদু করম্না শীন্থখিবনো খঙদে। মপিদো জর-জর শীন্থরক্তুনা খোঞ্জেন থোক্লা মপুবু কৌদুনা হেক্তা কপ্পী। অশেংবনি কনা লৈত্রবা মতম অসিদদি কপনীংবা মনীং তম্লে। অহিং খূদিংগী অসুম্না বীজুগা অঙৌবীগনা মীচিক মীরাওখোল তারক্ত্রবা মতমদা মপুবু নীংশিংদুনা পেৎহৌ-পেৎহৌ মপূক্লীং নুংশিনা তূমগনি হায়বা খঙদনা কপ্পদুদা যূমলোন কৈরোন্নবশিংসু তানরকই। মখোয় অনীনা থম্মোয় শোক্লা কপলকই খূদিংগী অতাবশিংদুসু অদুমক মখোয়গী মীকপতু য়াওমীন্নে। বীজুগা অঙৌবীগনা অহিং চীক্লক-চীক্লপদা কপ্পদু মখোয়গী অৱাং থংবগী অচৌবীগা শামুগা মতৈ মনাওসিনা খর হেন্না তাবগুম তৌই। মখোয় অনীগী মীকপতা অচৌবীদি অদুম য়াওদুনা কপ্পী। ঙসিসু মখোয়

অনীনা কপ্পা হৌরকপদুদা মতে মনাওসু তূম্বা য়াদদুনা ৱারী শান্নবা হৌরকই–

"মখোয়বা ইপল তোল্লমু লৈখিদবদগী মাগী বীজুগা অঙৌবীগসে ইপলবু নীংশিংদুনা অহিং খূদিংগী কপলিবসে নুংশিদ্রা? ঐদি মখোয় অনীগী মীকপসে তাবদা তাইবঙপানসে নুংশিরকই। সংসার অসিদা হিংমিন্নরিবা থৱায় পানবা খূদিংমক পোল্লবদি নোংমদি শোয়দনা চৎখিগদবা ঙাক্তনি। অদুবু মদু ফনা ওইরবসু হিংমিন্নরমলিবনিনা চৎখিবা থৱায় অদুগীদমক হিংহৌরিবশিংনা কাউবদি খক ঙমদেকো?"

"মদু থৱায় পানবা পূম্নমক্কী মফমদনি।"

"বীজুগা অঙৌবীগনা ইপলবু কয়াম্মা নুংশিবা, মখোয়গী মচীনমক্না ফোঙদোক্লবসু মখোয় অনীগী মীকপ অসিনা শাক্কিনি। ঐদি বীজুগা অঙৌবীগগী খনবদা হন্দক ইপলনা লৈখিদবসে য়াম্মা থৱায় নুংঙাইতে। মনাও নিপা শরতনবু মখোয় অনীবু, ইপলনা লুনা তৌরম্বগুম তৌবীগদ্রা?"

"কদায়দগী লুনা তৌবীগদবনো মীদাসি য়েংউদনা? ইপলগা মখোয় অনীসে মচীন-মনাওনি হায়বদা পক্লদে য়াম্মা খেন্নে। শরতনবুদি কদায়দগী বীজুগা অঙৌবীগা নুংশিবীরুনি হায়গে। ইপল তোল্লমুগী মপোক অসিবু ফৈ হায়সিরা ফত্তে হায়সিরা? মহাক্না মচা পোকচদবনা মখোয় অনীবু মচাদা মচাগুম্না নুংশিনা য়োকচবনিনা, মচানা মাগীদমক কপ্পীনবা লৈত্রবসু বীজুগা অঙৌবীগনদি কয়াদা থম্মোয় শোক্না কপলিবসে।"

"অপোকপা হায়বা নাইদে, অয়োকপা হায়বা নাইদে, নুংশিবা হায়বসিদি নুংশির্বনি। মখোয় অনীগী মীকপ অসিমক তাইবঙ অসিদা তাঙনা তাবা মীকপনি। ইপল তোল্লমুগী মপোক্কী ফৈ, অদুগা বীজুগা অঙৌবীগগী মপোক্কী থীহৌরবনি।"

অশেংবনি শরত ময়াম্বা তোল্লমুগুম মীনুংশি চাউবা মীাদি নত্তে। হৌজিক বীজু অমদি অঙৌবীগী মপুন্সি য়াম্লা লুরবা তানফম অমদা লেপলি। মপু তোল্লুমগী মবূকচেল অমদি মীনুংশি অদুখক্তনি মখোয় অনীনা খঙজবদি, অদুগা শরতকী পূকচেলদি খঙবা নত্তে। ঈশ্বর মহাক্লা করিবু তমলিগবা? মখোয় অনীবু তোল্লমুগী মনাও শরতনা লৌশিনবীদুনা লুনা চান্না তৌবীদুনা থন্বীগদৌরিব্রা? নৎত্রগা শেন য়াম্লা শিৎলনি হায়দুনা চাথোকখিগদৌবা মীওইশিংদা য়েন্থোকখিগদৌরিব্রা? মদুসু খঙবা ঙমদে। মখোয় অনী হৌজিক ফাওবদি পূন্না হিংমিন্নরি নোংঙাল্লকপদনা করি ওইরকপা হায়বদুসু তম্বা ঙমদে। মখোয়গী মপুন্সি তেনবা নৎত্রগা শাংবা পূম্নমক শরতকী মখূৎতা লৈখ্রে।

জিবা হায়বা নাইদেকো তোল্লমুগী হূইজ'ও বীজুনা মাগী হৌদোং মশক ফজবী অঙৌবীদা য়েংলগা মখোয়-মখোয়গী মপোক অদুবু পেনদনা হায়রি– "অঙৌবী, হূই-হৌদোঙ ওইনা পোকলল্লবা নখোয় ঐখোয়গী মপোকসে থীখ্রবা মপোক হায়বদুনিকো! ঐখোয়না হিংলি মীওইবা মখোয়গী মীনুংশিগী মখাদা। খঙবীদে মখোয়নদি, মখোয়গী মীনুংশি অমতং ঐখোয়না ঙাইরি হায়বা। কয়াদা তোনখ্রবা নখোয় ঐখোয়গী মপোকসে!"

মপু তোল্লমুগী শ্রাদ্ধ লোইখিবগী মরিনিগী নোংঙাল্লমদাইনি, মখোয়গী মাঙ্গোল মচিদা থারিবা খুনাং তৈথোক্লবা মল্লবা বোরখাও অদুগী মথক্তা মখোয় অনী চনবোই চন্দবোই কুনমীন্নরগা খদাংনা লৈবাক্তা শৌরগা, মপু তোল্লমুবু ময়াম চঙদুনা খাঙেনফমদা থাংদোক্লদুনা নীংথিনা হিপথহল্লগা ফি অঙৌবনা হকচাং পূম্বা কূপশিনখিবদো মীৎতা শং-শং উরদুনা হৌজিকসু কপমিন্নরি। মপুনা অরোইবা ওইনা হিপথখিবা মফম অদুদা মমীৎ কূপতবা মখৈ য়েংলদুনা।

হে, সংসার নঙসে অঙকপনা পিক থল্লি। জিবশিংসু নুংশিবা মশক খঙই, লোন তিন্নদবগী ৱানি। হিংবু হিংমিন্নরবদি নুংশিবগী ইহুল ফাওনদবা নত্তে। অঙৌবী বীজু লোন খেন্নরবসু নুংগী ঈচেলদি তিন্নে, মীৎয়েংগী অর্থসু খঙনৈ, থম্মোয়গী ইহুলসু ফাওনৈ। মপু তোল্লমুবু মখোয় অনীনা কয়াগী মতীক নুংশিবা, মখোয় থৱায়দগীসু হেন্না নুংশিরম্বা য়াই। মপু তোল্লমুবু নীংশিংদুনা মখোয় অনীগী মীৎলুদগী লেপ্তুনা শীন্থবকইবা পিগী পরেংশিংদুগী মরক্তা পাউখুম ফংলরোইদ্রবা ৱাহং অমনা মখোয় মখোয়গী থম্মোয়নুংদা তৎতনা হংলি "ঐখোয়দি কনাগা লৈহৌনি।" নুংশিবা হায়বসে লৈবু লৈমিন্নরবদি অদুমক নুংশনরকই হায়বসে অচুম্বনি। অদুম ওইনমক নোংমতসু খন্থরুদে মীওইবনা জিবশিংগী মপুন্সিশিংদুগীদমক। জিবশিংদা নত্তে, থৱায় পানবা খূদিংমক পুন্সি অমমম ঙাক্তনি। থৱায় পানবশিংবু নুংশিবা ঙম্বগী থম্মোয় পাল্লিবা মহাক অদুনদি কৈদৌনুংদসু অহিংশাদগী নাথৈদুনা চৎখিবা খক ঙস্লমলোই। জিবশিংগী নুংশিনবগী মওং মতৌ ঐখোয় মীওইবনা ঙক্তবা ঙমদে, ঙকফম্বুদি থোক্তে মখোয়সু থম্মোয় পাল্লি। খল্লমদে, তোল্লমুনদি বীজু অমদি অঙৌবীবু হূইনি হৌদোঙনি হায়না।○

# চৎনবীগী পল

“ইবোচৌবগী লুহোংবা নোংঙানবনি, নুমিৎ অসি, নুপী ময়ূম্না নুপা ময়ূমদা শো হাংবা হায়দুনা চৎনৈ। নুপী ময়ূম্নসু নুপা ময়ূমদুদা লাক্কদবা খর তল্লমগনি। শোমদসু ইবোচৌবা ঙরাংদগী মচিং হৌরী, খাম্বা য়াদে মাগী থাঙ-তা চঙদবা মচিং অদুনি।

মখোয়গী মাঙ্গোল অদুদা লৈকাই অদুগী মহল লমন খরসু ফমলি। তোপ্কীগী মনেম-মকুসু ঙস্তানা লাক্কুনা মাঙ্গোল অদুদা অহলশিংদুগা ৱারী ৱাতায় শান্নদুনা ফম্মিন্নরি। ঙরাং লুহোংফমগী ৱাথোকশিংদো তাবসু য়াওই তাদবসু য়াওই, অদুবু ঙরাং লুহোংবা চৎহৌদবশিংদি মৌ য়েংবোইনা অঙম্বা পোৎয়েংগা লোয়ননা লাক্লবনা মখোয়গী ইমুং মাঙ্গোলদু মীনা পিক থল্লে। ইবোচৌবা মাগী ইমুং মনুংশিংনা থেম্বা হোৎনরি। মপাগী মচল মনেতোননি মাঙোন্দা কন্না থেমলিবসি।

“ইবোচৌবা নঙ ইনেতোননা হায়বসে য়াদা য়াররোই। য়েংউ নঙনা অদুম্না নচিং হৌদুনা লৈরবদি ঙরাংদা লাকলিবা ইমৌসে করম্না লৈফম খঙগদৌরী। নঙ নবুক ফাথৌ ইবুংঙো ঐখোয়না খর লানখিবনা মীনা ৱা হায়রকপনি। মসিগী ৱাসি তোক্লসিদা হুন্নরবদি লৈতুম ৱাৎতে হায়বদুনি। হৌজিক লাক্কদৌরিবা মীওইশিংদুদি, ইমুং অসিগা তৎন-থানা য়াদ্রবা ইমুং হায়বদো ওইগদৌরিবনী, নঙ নবুক ফাথদবা য়াদ্দেকো ইবোচৌবা। ইনেতোনদি ৱাথোক য়াম্বসে পামদেকো নমাগীসু ইমৌসিগীসু খর খল্লু কৈদৌগে নঙবো ইবুংঙো।”

"ইনেতোন, লাক্কদৌরীবা মীওইশিংদুগা খৎনগদবা নত্তে। মখোয় ময়াম লাকলিবদুগী মমাঙদা মখোয়গী চেংফুসে পায়রগা লংশিনগদবনি, অতৈ তৌরোই।"

"ইমাগী ইবোচৌবা নঙবু অদুম্না হায়গনুনে, ইমাদি পাখৎলিবো নঙগী মীহুন মতাসিগা। ইমা ইচা তুমিন লৈথোকসি উ-ৰাগী মখা থাবতবু পৎপনি মীগী মখা থাবদি পৎতে হায়বা ইপা-ইপুগী ৱাদু নিংশিংসি। ইমা পামদেকো ৱা য়াম্নবসে।"

"ইমা করিসু ৱাবিরুনু নচানা তৌরকপসিদা সুম য়েংবীয়ু হোয় হৌজিকসু ইমাগা ঐখোয় তোম্বীগদা লাল্লে হায়না হেক হায়জররবা ঐ তোকথোকপা ঙমগনি। মদু নৎত্রবদি ঐ থবক তৌগে, নচাবু লম হেল্লী হায়বীগনু। করি ঙরাংগী চেঙফু পুরকপদু ইন্দোমচা মায়পাকপিনি হায়বা নৎত্রো?"

"হোয় অদু? নন্দোমচাদুদা করি অমুক হায়রুগদৌরিনো? ইমাগী নিংথেম নঙসি ওন্থোকইদা।

"ইমা ইন্দোমচাদুদা হায়গদবা নত্তে, ঐখোয় তোম্বীগা ইমাগদা মখোয়না ঙাঙলিবদো মরু থুদেক্কে হায়বনি। মখোয়না চেঙফু পুহল্লকইবা ইন্দোমচা মায়পাকপিসে মখোয় করম্বা মীনো হায়বা মখোয় খঙলব্রা? নৎত্রগা খঙনা-খঙনা মপুরোইবা লৈ, মচা নিপা-নুপী পোকই, মিংগৌ ফৈ য়াইফবীনি হায়দুনা চেঙফু পুহল্লকই ওইরিনিনে। ঐদি মখোয়গুম্বদুনা য়াইফবীনি হায়দুনা ইমাঙ থাগদবগী শরুকপুদি ইচম চমজবী মচাগী নুংশিবদা লূপচরিবী মবূকচেন শেংবী কনাদসু লানগে খনজদবী মপূক্লীং নুংশিনা তক্কু-তক্কুনা খাঙজবী লুখ্রাবীশিংনা মাঙ থাহনবনা হেন্না পাম্মী। মপুরোইবা লৈনা-লৈনা মীতোপতা ঙাওগনবী মচা মপুরোইবগী নুংশিবগী ঈচেল কংখ্রবী মখোয়গুম্বসিনি অফ-নুংঙাইগী থবক-থৌরমদা য়াওহনবা লাই-তীলগী পোৎলম-চৈরমদা পায়হনবা শোকহনবা ফত্তে হায়গদবদি। লমচৎ নাইদবীনা

পুরকপা চেঙফু ইমুং অসিদা থম্বা য়ারোই। মপূকচেলদি শেংজৈসু খঙদে, শেংজদেসু খঙদে অমনসু-অমনসু মোনপাক হানবীরো, ফম থাবীরো, চেঙফু পুবীরো। মদুদা মানা য়াইফবী শাদুনা নাথোই নব্রাংলিবসিনি, মসি মীয়াম্মননি । ঐদি মশক অসি উবদা তুকৎচৈ। থবক চৎলমদাইদা থেংনরবদি দাউ য়াগদবা মানদে। অমরোমদদি মীয়ামসিনা মাবু য়াইফবীনি হায়না লৌনরি। মসিবু করম্বা চংনবীনো? মসিনি ঐনা মীয়ামদা হংনীংলিবসি।

"ইমাগী ইবোচৌবা নঙবু খিক তোক্লোবা, ইপা ইপুদগী চংনদুনা লাক্লবা চংনবীবু ঐখোয়না ইল্লুদবগী নঙজবা ইকাইবনি, ফংজরকপা চৈনানি। নঙবু তূমিন লৈরোবা। ঙরাংগী লান লোইখিবদা ঙায়রি। অদুগা নঙনা ঙসি অমুক লান তৌগদবগী লানগী ফিজোল শেৎতুনা বেঙ্গুন খোংদুনা ঙাইরে। নঙবু নবূক ফাথবা ""ম্মু কৈদৌগে?"

"ইমা ঐ ইবূক ফাথরিবনি, করিগীনো ইমানা অসুক কিরিবো? ঐখোয় কনাদসু লানদে, হৌজিকসু লাল্লোই। ইমাসু নুপীনি ইনৌ-নৌজরিবী ইচলসিনা ঙরাংগী নুমীৎতা খল্লমগদবা ব্রাখল, নঙলমগদবা ইকাইবা, ইমাবু উবা ঙমদব্রা? চংনবী হায়বসে ঐখোয় মীওইবনা শেম্বনি। মীওইবনা অমুকসু শেমদোকপা য়াই। মীওইবগী, হিংবগী হক মৎপা চংনবীদি মরু ফংনা মুৎথৎখিগদবনি। ইচলগী মপুরোইবা অদুনা চৎখিবদা ইচল অসিদগী করি পুখিবগে? মহাক মপুরোইবা লৈরিঙৈগী ফীভম অদুমক হৌজিকসু কায়দনা লৈরি। মখোঙ তেক্তে, মখূৎসু তেক্তে, মীমৎসু তাঙদে, মনাসু পঙদে, মপুরোইবা লৈবা নুপী অমগা করিদা খেন্নরিগে? লুখ্রাবীশিংনা অফ-নুংঙাইগী থবক্তা য়াওবা য়াদে লাই তীলগী পোৎলম চৈরম শোকপা য়াদে, মীয়ামগী মাঙ থাবা য়াদে হায়রগনা মখোয়বু মপুরোইবনা হেক শিখিবগা মীয়াম চঙদুনা হাৎতোকেরা ফুমজিনগেরা তৌরম্বা য়াদ্রা? নৎত্রগা মীয়াম মরক্তা তিন্দনবা অফ নুংঙাইগী থবক্তা য়াওরুদনবা মখোঙ থুদেক্লম্বদি

কৈদৌই। লাই-তীলগী পোৎলম চৈরমনচিংবা পায়রুদনবা মখূৎতু থুদেক্লম্বা য়াদ্রা? সংসারগী ফজবা উদনবা নুংঙাইবা পাউ তাদনবা মমীৎ কোৎথোক্তুনা মনা পঙহল্লম্বদি কৈদৌই। হৌজিক-হৌজিক চঙ-চঙ লাউরিবা মীওই অমবু শিরবা অমগুম হিংহনবা য়াবরা? হৌজিক চৎনবীসিনা লুখ্রাবীশিংসিদা থমলিবা অথিংবসিদি অহিংবা মী অমবু অশিবগুম থম্বনি।"

"ময়ামসু তারবদি অমুক্তা খুদম চাঙদমগা লোয়ননা পুথোকপীরকউ। লুখ্রাবীনা কুজা য়ারুবদগী, নৎত্রগা কুজা পুল্লুবদগী লোয়ননা চীঙনুংশাং পুরুবদগী অফ নুংঙাইগী থবক থৌরমদা য়াওরুবদগী শিখিবা, নাখিবা, নৎত্রগা লায়রা চুতৎনখিবা ফীভম শোইনাইহনখিবনচিংবা য়াওখিবা লৈখ্রবরা? ফরে পূম্নমকসি থম্বু থমখো, লুখ্রাবীগী মচাশিংসি লুহোংবা তারবদি মমা লুখ্রাবীনা লাইগী অফ নুংঙাইগী পোৎ-চৈদুসু পায়বা শোকপা য়াদ্রবদি অতোপ্পা মমা অমা অমুক নেকপা তারীব্রা? নৎত্রগনা লুখ্রাবীগী মচাশিংসি লুহোংদবা তাবরা? ঐনা ঈশ্বর ওইরম্লবা মচৎ চুমদবীশিংসিনা ঈশ্বরদা কৎলিবনী হায়দুনা কৎলক্লবা ঐদি পায়-পায়দুনা লংখায়খিনি। ঈশ্বর মহাক্তী মদু পূম্নমক বিচার তৌগনি হায়বদি খঙদনা মঙোন্দবু কৎলকপা খূদিং মবূকচেল শেংই-খেঙদে, শেংদে-খঙদে পঙলৌদা লৌশিল্লি।"

"ইমাগী নিংথেম নঙবু অদুম্না হায়গনুনে। চৎনবী হায়বসি য়াম্না লুবনি, ইমা ইচা ঐখোয় মখৈনা চৎনবীসিবু পামদ্রে হায়দুনা হেক্তা শেমদোকউবা য়াবা নত্তেদো। অদুগীসু মথক্তা লাইবক ফবা অমদি থীবা হায়বসে বিধিনা তম্লম্লবনি। য়েংউ ইমা ব্রা হায়গে নঙনা নন্দোমচা মায়পাকপিবু তূক্কচরিবদু তুক্কচফম্মুদি থোকই। অদুবু নঙগী থম্মোয়না মাবু ঙাকপিয়ু। জগৎ সংসার অসিদা নুপীমুক তোনবসি লৈতবনি। নুপী ওইবীশিংদি খোঙফম অমা শোয়খিবদা বদনামগী কোমদা পুৎথরবনি। পুৎথরিবা কোমদুদগী মাবু কনা অমত্তনা

চিংখৎপিগে খনবীদে অহোইনদুম নোক্লবী। মসি পূম্নমক নিপা ওইবশিংদদি লৈতে। কয়াদা খেন্নরিবা নিপাগা নুপীগা।

"হৌজিক নন্দোমচা মায়পাকপি মাগী ফত্তবা লীচৎতু ফৎত্রে খঙজদুনা চুমথোকচম্ববদি মাবু ঙাকপিফম থোক্তবরা? ঐখোয় মীওইবনি। লান্দবা ঙম্বা তাইবঙ কনাবু লৈরমগদগে? ঈশ্বর ফাওবা লান্দবা ঙমদে হায়নরিবনি। ঐখোয়গী ইরক্তা ভাব তান্নদবা লৈরিবশিংসে ভাব তান্ননবা হোৎনদুনা পূন্না হিংমিন্নগে খনগদবনি। মীওইবনা মীওইববু ইন্থোক্কে খল্লোইদবনি, নঙ নশা নহানি, ঈ খেংগৎলকপগী লাক্ল-ফানা ঙমদবা মতৌদো খক তৌরোইদবনি নিংথেম। নঙবু য়েক্লবনি খল্লিবা মখোয়দো নঙনা নঙগী খ্বাইদগী নুংশিবা মরূপনি নৎত্রগা নক্লবা মরীনি খনগদবনি, মদুনা নুংশিনবগী লংজিন শম্বা হৌরবনি। পেন্থোকপা অমদি কৎথোকপা তমগদবনি মীপূম খূদিংবু নুংশিবা ঙম্বগী থম্মোয় পানগদবনি, লুচিংবা অমগী ৱাখল্লোন চেনগদবনি। মশানা লাল্লে খঙনা চঙজরক্লবদি চঙজরকপা খূদিংমক ঙাকপিগদবনি। য়েংউ ঈশ্বর মহাক্তী চঙজরকপা খূদিংমক ঙাকপি, অদুননি মাঙোন্দা কৎলকপা খূদিংমক লৌরিবদু। ঐখোয় ঈশ্বরগী মতৌ তমসি। ঈশ্বরবু থাজবা থমসি। নঙসু খন্দুনা য়েংউ, নুপীশিংনা হিংলিবা মহিং, খজিক্তা কোম্না লৈথোকলুবদা নিপা ওইবশিংনা নুপীগী ইজ্জৎপু হেক্তা তেমশিংনরকই। মদুদসু নত্তে, মপাঙ্গল চাউবা মখোয়না অহেনবা নিশা শিজিন্নরগা নুপী অঙাংদা ওৎপী নৈবীবগী ৱারী ঐখোয়না তারি-উরি। মসি পূম্নমক নুপীশিংনা ৱানা খাঙজবতনি। নুপী-নুপা য়ুম পানমীন্নবদা নুপাদগী নুপীনা থৌদাং চাউনা পুই। অদুগীসু মথক্তা মপুরোইবগী, মচাগী শোইদনবা খনজবনি, মপুরোইবগী মরুম থূপনা হিংজবীনি। অদুনা ইমানা হায়গদবদি নুপী অঙাংবু লুনা তৌবীগদবনি নুংশিনা লোয়নবীগদবনি। ঙসি ঙরাংগী লান অসিদা নৌনা লাকচরিবী ইমৌসিনদি করম্না খাঙলমগনি। মসি

ইমৌ অসিগী মরানদি নত্তেদনা। ইমানা অরোইবা ওইনা হায়গদবনি হিংমিনন্নবনা পুন্সিনি নুংশিনবনা অমৃতনি হায়বসি ঐখোয় কাউরোইসি। নঙ ইমানা হায়বসে মুন্না খল্লু, হৌখিবনা হৌখ্রবসু সিদগী মখা তাবদি ঐখোয় সেগা-মাইগা তান্নদুনা ৱা য়াম্নদনবা হোৎনরসি। মী, ঙাওই হায়দুনা ঐখোয়সু ঙাওগদবা নত্তে। হৌজিক ইরমদমসিদা চৎনরিবা চৎনবী অসি য়াওরুদ্রবসু অঙাওবা হেক্তা তাই। অদুননি ইমানা হায়রিবসি ঐখোয়না খর পেন্থোকপা তাই নিংথেম।"

ইবোচৌবা মমানা খর ঙাঙ, মীনা খর থেম তৌবদগী মবৃক্তী খর নেমথরকলে। মনেতোনসু ইবোচৌববু লান হৌরক্তনবা মবৃক্তু পূমনেম নেমথহনবা পামলি। মনেতোনদো ৱা মখা তারকই–

"নঙদি অঙাংনিনা খঙখিরোই, থায়না ঙল্লিঙৈদদি মপুরোইবনা শিরবদি মপুরোইবগী সংস্কারগী মৈরিদুদা চোংশিন্দুনা মথৱায় থাবা ঙস্বীদুনা মহা সতীনি হায়না লৌনরম্মী হায়বগী ৱারী তারে। মদুদগী মপুরোইবনা শিবদা য়াওবা ঙমহৌদবদুনা মপাপ চেনবনি হায়দুনা মীগা শোক্লা শম্নবা য়াদে হায়দুনা মওং অমদা থম্মী হায়নৈ। অদু হৌজিক্তি মদু ককপা য়াবা অয়াম্বা লোইনা ককখ্রেদনা। মতমদুগা হৌজিক্কদি য়াম্না খেন্নরে হায়রিবা।"

"অদুনি ইনেতোন হৌজিকসু ঐখোয় মীওইবদা মাঙগদবা চৎনবীদি চৎনদবা য়াই। চৎনবী হায়বসি মীনা শেম্বনিনা মীনা অমুকসু শেমদোকপা য়াই হায়বনি। ইনেতোনসু খন্দুনা য়েংউনে, মপুরোইবা শিখিবগীমকসু হিংবদা ৱারগদবা পুন্সিনি। অদুগী মথক্তা নুপীদুসু অমুক সতী ঙাক্লবনি হায়দুনা মপুরোইবগী তুং ইন্দুনা শিদোকখ্রো, অদু ওইরগদি মখোয় অনীনা পোক্লম্বা মচাশিংদুদি কনানা য়োকহৌ-থাকহৌবা তারে। হৌজিক্কী মতমসিদা মমা মপানা মীৎকুপ খূদিংগী শেন্নবা মচামকসু ওক্তবা হুরানবা ডাকু য়াওরক্লবা অসিদবু মমা মপানা হুন্দোক্লম্লবা মচাশিংদুদি করম তৌবা তাই। মখোয়গুম্বা অদুনা অফবা

মী ওইরকপা হায়বসে অব্বাবগী মশক্কী। মখোয়, মীওইবা ওইনা পোক্কক্কবনিনা হিংদি হিংনীংই, মখোয়না হিংনবা হোৎনরকপদা ওইরক্কদৌরিবা ফীভমদু অঙকপনি। মসিদসু নত্তে ইনেতোন হৌজিক চৎনরিবা চৎনবীসিদা ঐনা য়ানীংদবা অমদি পামজদবা য়াওরী। শিরবা মী অমগী শ্রাদ্ধ কর্মা অমা পাঙথোকপা মতমদা য়ামদ্রবীদা নুমীৎ তরামরিনিদি চঙই। মতম শাংনা চঙহনখিবদুনা মতমসু মাঙহল্লে শেনসু হেনজিন্না চঙহল্লে হকচাংসু শোকহল্লে, মদুনা করি কান্নবা পুরকই। শিখিবা মীদুনা নৎত্রগা ঈশ্বরনা মতম শাংনা চঙহনদ্রবদি নখোয়না কৎলকইবদু লৌরোই য়ানিংদে হায়রক্কদ্রা? মদুদি ওইথোক্তবনি। হিংহৌরিবশিংগীদমক খল্লগা, শিখিবা মীদুগীদি হিংলিবশিংদুনা থম্মোয় শেংনা কৎপিবা মদুনা হেন্না মখোয় পেল্লমগনি। সুপ্নতংগী নুমিৎ হুমনিদগীনা শাংলবীদা ্মীৎ মঙানি নৎত্রগা তরুকনিদা কর্মাদু লোইশিল্লবদি হকচাংদগী, মতমদগী, শেনদগী পূম্নমক কনজহৌবদুনা অশিবশিংদুনা হেন্না পান্নমগনি। মখোয় মতম শাংনা চঙহন্দে হায়দুনা শাউরক্কদবসু লৈতে মসি অশেংবনি। হৌজিকসু য়াই, য়াবা লৈ, শিখিবা মী অমগী কর্মাদা নুমীৎ শাংনা চঙহল্লবদি শিখিবা মীদু অমুক হল্লক্কনি হায়বা ওইরবদি নুমীৎ তরামরিদা নত্তে চহী অমা অনীসু কর্মাদু পাঙথোকসি। মদুদি লাই কোৎতি কুম্হ্রা হুমদোইনা হোৎনরবসু ওইথোক্করোইদবনি ইনেতোন।

চৎনবী হায়বসে ঐখোয় মীওইবনা শেমখিবনিনা লুহোংবগী চৎনবী, শিরিবা মী অমগী মথৌ মঙমগী চৎনবী, মসি মীওইবনা অমুক শেমদোকপা য়াই হায়জবগী ব্বানি। পূম্নমক মীওইবগী তুংদা মাঙলক্কদবা চৎনবীদি অমুক শেমদোকপা মথৌ তাই। তৌবগীবুদি ঐনা পামজরীবা অপাম্বসিদা মীয়াম পূম্বা চৎমিন্নসি হায়জবদি নৎচদে। মী-মীদুগী অপাম্বদু অদুমক তৌবীয়ু তৌবতবু চৎনবীনি হায়দুনা মীনা মীবু ইনথোকপীবা, অমদি মতমগী শেনগী হকচাংগী অমাঙবা পূম্নমকসি

খন্দুনা সুম পনজবগী ৱাখকনি। ঐখোয়গী চৎনবী অসি মীগীদদি ঐনা খুৎ থিনজিনবা ঙমদ্রবসু ঐগী ইমুংদদি হিংবগী হক মৎপা চৎনবী, অমদি কান্নরোইদবদা মতম মাঙহনবা হকচাং শোকহনবা শেন হেনজিন্না তিংহনবা কুম্মে মখল অমগী চৎনবীসে চৎনবা য়ারোই।"

মচল তোম্বীগী মকু ইবুংঙো নিংথেমদো ঙশাইদগী ইবোচৌবনা হায়বিবা ময়ামদো ময়া কাখৎলগা তারম্মী। ইবোচৌবগী ৱাফমদো তশেংনা য়ানীংই, ইবোচৌবগী ৱাদুগী মখা শমথরকই–

"হোয়নে চুম্মীনে, ঐখোয় মীতৈদি পোকপগীসু কুম্মে, শিবগীসু কুম্মে, হবাওবগীসু-নুংঙাইবগীসু কুম্মেনা থল্লী। ঐখোয় মীতৈগী লাইনীং লাইশোনসে খর হেনমনখ্রে, ঙসি ফাওবদা মীতৈ ঐখোয়না চাওখৎপা ঙমদরিবসে লাইনীং লাইশোন ধর্ম্মা-কর্মা হৱাও কুম্মে ময়াম অসিননি। কুম্মে ফিহোং ময়ামসিনা তুংগী য়ুম্বীরেন ওইরক্কদৌরিবা ইচা ইশূশিংসিগী মহে-মশীং তম্বদদি কয়াদা অকায়বা পীরিবা। হোয় তৌবগীবুদি হবাও কুম্মে হায়বসে তৌদবদি য়াদে, মরমদি হৱাও কুম্মেনা পূক্নীংবু পোৎথাহনবা মতাংসু ময়াওই। পূক্নীং ৱাখলবু পোৎথাহল্লি হায়দুনা অসুম-অসুম তোয়শিল্লক্লবদি মী মাঙবা হায়বসে মশানা তাবনি।"

লৈরিবা মীয়ামদু ইবোচৌবগী ৱারী অমদি নিংথেমগী ৱা তারিঙৈদা মতমদি অসুম থেংজিল্লকলে। মমা অমদি মনেতোনদি পাখৎলে। ইবোচৌবনা মবৃক্কু পূমনেম নেমথদবা অদুনা শো হাংবা লাকপশিংদুগা ইবোচৌবগা থেংনরনি হায়বগী মনেতোন্না ইবোচৌবগী মমান্নবশিংদা ইবোচৌববু ঙাইহাক্তং পুথোকখ্রো হায়না পাউমেনবদগী ইবোচৌবা মমান্নবশিংনা পুথোকখ্রে। ইবোচৌবনা হেক থোকখিবগা ইকান-কান্নদনা নুপী ময়ূমগী মীওইশিংদো লাকলে। লাইবক ফবনি ইবোচৌবগা থেংনদবা। মখোয়রোমগী মীওইশিংদুসু লাক্তবা য়াদবগী লাকপা মাল্লি, লাকলিবা মীওইশিংদো কুইনা ৱারী ৱাতায় তৌদুনা

ফম্নদ্রে তৌফম থোকপা থবক্তুখক তৌরম্লগা চৎখ্রে। তাঞ্জা চায় ইবোচৌবনা হনজিল্লক্ত্রিগৈদা চৎখিবদো।

ইবোচৌবা, মীনা মমা অমদি মচলবু লাকচখিবা উশিংখিদবা পূম্নমক্তু খল্লুরনু খক ঙমদে নুপী ময়ূমগী মী অরাকপা খূদিংগা লম্বা তৌনীংই, পেনদবশিংদো ফোঙদোকনীংই। মমীৎনা কন্না ফাওবা য়েংজরকখিদ্রবা মচলবু মমীৎ অনীদগী পি তাহনখিবা খল্লুবদা চাকই লমন খুমনীংই। লুহোংবা নুমীৎ অদুদা থোকপ্রিবা ৱাথোক অদু ইবোচৌবনা ময়েক শেংনা খঙলম্লবা, লুহোংবা তোক্লমগদবনি। মচল তোম্বীগী নুংশিবনা পুল্লিবা ইবোচৌবা মমান্নবশিংগা চৎথোকউবা হনজিল্লকপদা মচলগী তনৌরবা মায়থোঙদু উবদা মরাইবক থীরবী মচলবু পাম্মুনা নুংশিনা য়েংলগা হায়রকই,

"করিগী শীন্থরিবা পিনো! ইচলসিংদি করিসু খল্লুনু নবুং লৈরিসিদি ইচলগী করি ৱাৎকনি। হায়নীংবা হায়জসনু চাওখৎতবগীনি খনদোক্কদবনি।" তোম্বীবু ঙরাং মনেম্না মকুনা অমদি মমান্নবীশিংনা মীয়াম্না থেমমী, থেম্না-থেম্না মাগী পুন্সিদদি মপোক অসিমগী মেনশিনবা ঙম্নরোইদ্রবা অহাঙবা অদু অসুম-অসুম ময়েক শেংলকই।

তোম্বী ইনখৎলকপগী য়েংবদা নুংঙাইরবা মতমনি। ফজবা শক্লা য়েক্লবা ওই হায়বদু হেক থোক্লল্লে। ইনখৎলকপগী তনৌ-তনৌরিগৈ মাবু নুংশিজবা পাখং অমনা ফাবোই চিংবোই তৌখ্রে। থোকপ্রিবা থৌদোক অদুদা মহাক য়ূম পাননীংদরি হায়দুনা নিপা অদুবু ইনথোক্লম্লগা মশানা য়াদে করম্না হায়গনি, অদুম ওইনমক মবুং কাল্লম্বগী নুংঙাইজদবদি লৈরমখি। তাইবং মীওইবা হায়বসিদি থেঙবা-ঙনবনা অমনি য়ূম পানবা হায়বসিদি তৌদবা য়াদবা মথৌ অমগুম্বনি। নিঙঙোল পোকপা মমা-মপাসু নিঙঙোলশিংবু অউনপোৎ য়াম্না পীবা পীদবনা অমনি, মাগী-মাগী ইমুংগী ফীভমদুগী মখা পোন্না অঙম্বা অওং-অউনগা লোয়ননা মপুরোইবগী মকাদা থিনবী। মসি চৎনবীনি,

তোম্বী চেল্লুরবনিনা ইমুংনা ঙমজবা অওং-অউন খরগা লুহোংদুনা থিনখ্রে।

ইবোচৌবা মপানা পীক্লা হুন্দোক্লম্বদগী মমাগী মতেং ঙমজবা মখৈ পাংজে, মমাগী য়াথং মতম খূদিংদা হিক্তোক্তে। মচল তোম্বী লুহোংখিবগী শেন খবদি পূৎথরী মদুসু থুনা শিংগৎনীংই, অদুগীসু মথক্তা ব্রানা-ব্রানা মহৈ তমজখিবদুসু লেম্না মাঙহননীংদে। পীকপা চাউবা থিদনা সরকারগী থবক অমদি তৌনীংই, মপানা হিংলিঙৈগী মঙলানসু মচা ইবোচৌববু সরকারগী থবক অমতংদদি তৌজবা ঙম্লবদিকো হায়বসিগী মঙ কন্না মঙজরম্বনি।

ইমুংনদি লৈতবনিনা মমানা নোংঙালবদগী মীগী অনেকপা শূবা চৎলি। চাক্কী ঈশিংগী ইমুংগী কুপনোম পূম্নমক তোম্বীনা ফি শানা-শানা ফৈনা পুরম্বনি। হৌজিক্তী ইবোচৌবনা নুপী অমুক শাদুনা ইমুংগী থবক পূম্নমক হোৎনহৌবা তারে। ইবোচৌবা তশেংনা চাক্কী ঈশিংগী ইমুংগী কূপনোম মসি মা য়াম্না হৈনদে। নুপীগী থবক নিপা মাঙোন্দদি তোখায়রম্মী। মচল তোম্বীনা লৈরিঙৈদসু নোংমা ফাদোক চাক থোংবা ফংদবা ফারক তাবা নুমীৎ য়াওরকই, মদুগুম্বা নুমীৎ অদুসু মা লাম্না অদুম খাঙই। নুমীৎ তাবা ফাওবা চাক থোংদ্রবসু মচলবু চৈদে, মাসু থোংদে মাগীদি চাক থোংলগা চাগদবগী শরুকপুদি চরা হেনজগে হায়বা মীতানি। হৌজিক্তী ইবোচৌবা উপায় লৈতে চেনবসু য়াদে। ওইরকইবা ফীভম অদুদা মচল তোম্বীবু কৌরগা ও-খোংনা কপনীংই। লৈমিন্নরিঙৈ মচলগী নুংশিবদু থূপতুনা লৈখিবা মাল্লি, থোইনা হেন্না খঙলমদে, লাপ্নখ্রবা মতুং অসিদদা হেল্লকই মচলবু মানা কয়াগী মতীক নুংশিবা। ইবোচৌবা চাক থোংবা তল্লি হায়দুনা থোংদবদা নোংমদি খাঙলম্বা য়াই, নীনি শূরকপদদি চাদনা খাঙবা ঙমদবনিনা হৈনদ-হৈনদা অসুম হোৎনরকপা তাখি ।

খঙহৌদে চহী অনী হৌখিবা, ইমুংগী থবক হোৎন-হোৎননা
়াবা য়াবা পারিক্ষশিং থাজিনবদগী সরকারগী থবক অমদি শেন ইতিং
তংদনা ফংজরে। ইবোচৌবা ইমুংগী ফীভম অদুদা নুপী থিরগে হায়বসি
ল্লিঙৈদা মমানসু নুপী থিরো, ব্রা থোক্লবদি শেন থোকই হায়দুনা কন্না
চকশিল্লকপগা মান্নদুনা মাগা খঙনজবা সুনিতাবু পুদুনা লাক্লে।

ইবোচৌবা লুহোংলমদাইনি, থম্বালসু মচা নুপী তোম্বীগী ইমুংগা
া তান্নগদবা লৈ, মরমদি তোম্বী মচামক ওইরবসু মচানা লৈরিবা ইমুং
অদুগী অয়াবা য়াওদনা মচাবু মবুংগী লুহোংলমদাইগী থবক চিল্লি
হায়দুনা লাউ হেক্তা হায়রগা য়াবা ইমূং নত্তে। তোম্বীনসু মনেম মকুবু
অদুক্কী মতীক কিজৈ নুংশিজৈ। মনেম মকুগী অয়াবা য়াওদনা করিগুম্বা
অমত্তা পাঙথোকপা ঙমজদে। মনেম মকুনসু তোম্বীবু মচাদগী হেন্না
নুনা চান্না তৌই, মমীৎনা কন্না ফাওবা ৎেংজদে। লৈকাই অদুগী
মীওইশিংনা তোম্বীদা খোন খজিক ফাওবা কন্না ঙাঙবা য়াদে, মনেম
অদুনা হেক্তা চোংথোক্তুনা খৎনরুই। মকুদুনসু মনেমদা হেক্তা
থৌজিল্লি।

"করি মখোয়না ইমৌদবু অদুম্না হায়বা য়াব্রা, ঐখোয় লৈরিবসি
করি ওইনা উবগীনো চৎলু কনানো পায়থেক্লরু।" মসিনি মনেম মকুনা
তোম্বীগীদমক তৌরিবা হাকনসি।

লৈকাই অদুনসু তোম্বীগী ইমুংবু য়াম্না কিনৈ ইজিৎ তৌনৈ,
মরমদি মখোয়গী ইমুং অদু শেঙ্গাও পায়বা ইমুংনি। বজারদা দুকান
প্লোট য়াম্না লৈ, লৌ-শীংসু মরাং কায়না লৈবা ইংখোল শম্বল চাউনা
লৈবা ইমুংনি। পূম্নমক্তুগীসু মথক্তা মতমগী ঈরাং খঙবা মনেম মকুনি।
করিগুম্বা লৈবাক্কী থৌদোক ব্রাথোক খূদিংদা অচৌবা দান তৌবা
ইমুংসুনি। লুরবা লাংফম কয়াদা তোম্বীগী মকু ইবুংঙোদু চিৎথবা য়াদবা
মীশক ওইনসু তৌরম্মী। মহাকপু মীয়াম্না নিংথেম হায়না শক খঙনৈ,
মহাক অচুম্বতবু পামজবা মীনুংশি চাউবা নিপা অমনিসু হায়বা য়াই।

তোম্বী মনেম মকুনা ইবেম্মা নৎত্রগা অঙাংমচা হায়না মিঙ্গৌই। তশেংনা মনেম মকুনা তোম্বীগী মমিংবু খঙলমগদববু মানদে। তোম্বীনা য়ূমদুদা মৌ ওইনা লাকঙৈদগী তোম্বী হায়না কৌবা অমুক্তসু তাখিদরি।

অয়ুকনি, 'থম্বাল' মচা তোম্বীগী ময়ূমদা মশুগী অচাপোৎ খর লৈরগা লাক্লম্মী। তানজা অদুদা মচা তোম্বীনা মনেম মকুগী চা পুথোক্লকপগা গম থেংনরে।

"ইমা, লাকপা য়াম্লা ফরে, ঐ ইমাগা বাজিগা কৌরকখিগে মোরা অসিদা ফম্লমখো, ইমাগা ঐখোয় অনীসু হোরেন নুংথিল চৎলুসি হায়নরম্বনি।"

"নমাগা নঙগী বাজিগবু কদায়দা লৈবনো? কৌরুরো-কৌরুরো।"

"ইমাগী চা পুথোক্লমখিগে, ইমাগা বাজিগদি মমাঙ ইংখোলদা য়েঙ্খাং থাফম লৈপাক য়াল্লমগনি। ইমাসু বাজিসু শূরুগনু য়াদে। থবক খর-খর শূবনা চাবা থকপা নুংঙাই, হকচাংসু য়াংই হায়দুনা হেক্তা শূখি।"

"শূদনা লৈবা হৈনদবা অদুনা তৌরীবনি।"

তোম্বী মমাগী চা পুথোক্লম্লগা মনেম মকুগী মনাক্তা চঙশিনখরে।

"ইমা বাজি, ইমা লাকহৌই চাসু পুথোক্লমলে ইংখ্রনি বাজি।"

"এ, এ, নমা লাকহৌই হায়বা? হো চঙলক্লগে-চঙলক্লগে।" মখোয় অনীমক শূরম্বা থবক্তু থাদোক্লম্লগা চঙলক্লে। মখোয় লোয়না মাঙ্গোল অদুদা চা পায়না-পায়না ৱারী হৌরকই।

"অঙাংগী লুহোংবদুনা করি থাদা তারবা?" নিংথেম থম্বালদা য়েংলগা হায়খি।

"ফাইরেনগী নীপালনি পানবদা তারে তাদা।"

"অদুদি ঙসি তরানিমুক্তা ঙাইরেনে।"

"হোই ইনম্মা, অদু তোম্বীবু ঙসি নোংমা নীনিসি নুংথিল-নুংথিল লাকপা য়ারোইদৌরীব্রা তাদাগা ইনম্মাগদা হংলুগেনা লাকপনি।"

তোম্বীগী মনেম মকুদু পাক্লা খুমদে, মকু নিংথেমদু ঙাইহাক ঙকচান্নরবা তুংদা, ঙাইখো মমা নখোয়না অঙাংবু নুংথিল লাকপা য়ারোইদ্রা সিনিনে? অদু অঙাংসি নখোয়গী লুহোংবগী কা অনৌবকাক শাবগী ফক্লাং লম তৈহনগদৌরিব্রা? মদুদি য়ারোইকো মখূৎসে ইনৌ-নৌজরিবনি।" থম্বালনা হায়রক্কদৌরিবা ৱাদু খঙদনা মমৌদু থবক শূহনখ্রনি পাখৎনা হায়খি।

"হোয়নে অদুগী ওইরবদি ইবেম্মা মী নেকপনা ফগনি ইমৌসে লৈখোমগাক পায়হনবা য়াবা নত্তে নঙগী তাদগা ইবানীনা নুমীৎ-থা য়েংবগুম য়েংজরিবনি।"

"ইনম্মা তাদা, কা অনৌবা শাদোক্কেয়ে ইবোচৌবগী মমান্নবশিংনা য়ূমদু শুনু হাইদুনা রং-পং শঙবা কন্না হোৎনরী, ঐসু অমগা-অমগা চেল্লিঙৈদা মখোয় ময়ামগী চা মক্তা লোনদুনা পীথকপা ঙমদে। মবুংশিংদুগী চা লোনথোক লোনশিন ইমুংগী চাইরিবা খোৎলিবশিংদুদগী হেন্নবু মানাবু করি শূরুনি হায়গে। ইমাইপেম্মা মদুবু কয়াম ৱারুনি হায়গে।"

তোম্বীগী মনেমদু থম্বালগী ৱাদুদগী নোকহায়না,

"কায়দেদা-কায়দেদা, ইবেম্মগা ইবানীসু নুংথিলদু চৎলুসি হায়নরম্বনি।"

"হোয়-হোয় চৎলু-চৎলু মচানগা অনৌবা চেনবসিদা অৱাবা শূরুরবদি নারক্কনি হায়বগী ৱানিদা।"

"ঐখোয়না অঙাং চেল্লকপগী হায়রুরবদি নৌদ্রবনিদা তাদা, ঐখোয়দি মখোয়গী মতমসিদা লৌবু কূম্লবনি অঙাং মপোক থা হেল্লক্লববু কদায়দগী নৌগবনো।"

তশেংনদি তোম্বীবু থবক শূহনগদবা পাম্মুরমগনি তোম্বী হৌজিক্না হেন্না ফজখৎলকই। অঙাং অনৌবা চেনবগী নৌথোকপনে হৌজিক্তদা লৈশাবী ইনখৎলকইবসিঙায়। থম্বালসু মচানা অদুক হক্লা ফজরম্বা অদুদা কয়াম্না পাম্মুজৈ থম্মোয় নুংদুদা লোন্না তূমিন কপলিবনি। তৌবগীদি তোম্বী লায়রবা ইমুংদগী হৌরকপনিনা য়ুম্বাললোন ফজনা খঙই, মঙোন্দা তাকনিঙাই লৈতে। ইমুং অদুদা হোল্লিবা শ্বর, মতমগী ঈরাং হল্লৎ তুরৎ চপ-চানা খঙবা অঙাংনি মদুমক্না মাবু শক ফজবগীতা নত্তনা মনেম মকুনা য়াম্না নুংশিনা পাম্মুনা থম্বনি। তৌবতবু তোম্বীগী চহী মতাংদুনা, মমানা লাকপদা মমৌবু পুখ্রগে হায়রক্কদ্রা হায়বগী চিংনবনা মমানা মমৌদা করি হায়খিগদৌরিবনো হায়দুনা মনেম মকুনা কূপশেন শেন্নরকপনি। পূম্নমক্তু খল্লুরগা তোম্বীগী মকু ইবুংঙো নিংথেম্না, থম্বালনা লাকপা খূদিংগী মৱা মরিন নীংথিনা ঙাঙনীংদে হরাওনীংদে। মদুসু থম্বাল খঙদবা নত্তে মকুনা হরাওবদগী মরম থম্বালদা মীনা হায়রকপা য়াওখরে, পূম্নমক অদুসু ঙসিদি থম্বাল শেংদোক্লম্লগে খল্লি।

“তাদা ঙসিদি নচল ৱাফম অমত্তা ফোঙদোকচরমগে, তাদগা ইনম্মগনা ঐবু উরগা হৈনদবা মতৌ উৎলিবদু নচলসু খঙই। ইচাসে ঐনা পোকচরবসু নখোয়গী ওইজরো হায়দুনা নখুৎতা শিন্নজরম্লবনি নখুৎ চানা ৱারক ৱাতেম তৌবীয়ু মমা ওইরবসু হৌজিক্তী ঐগী হক লৈতরে ঐ কৈদৌনুংদা ইচাবু হল্লকও হায়জরোই ঐনা মফম অসিদা লাকপা খূদিংসু ইচাদা হল্লকও য়ূমদা লৈরুরসি হায়বা ৱাফমসি হায়গে হায়না লাকপসু য়াওখিদরি ইচাবু পুখ্রগে হায়নসু খনখিদে, মরাইবক্কীনি ঐখোয়না শীল্লুবা ঙম্বা নত্তে ইনম্মগা তাদগনা নচামক শক্লা অদুম নাওকোনবীয়ু ঐ ইচা পুজরোইকো তাদা ইনম্মা।”

তোম্বীগী মনেম মকুদু ঙসিদি অতিয়াসি ইশং হেক শংনা উবগুম তৌখ্রে। মখোয় মখোয়গী থম্মোয়নুংদা চিংনরম্বা পূম্নমক পূমকোক

কোকখ্রে। নিংথেমগী লাংশিল্লম্বা মায়থোংদু তপনা তপনা পানথোক্লকলে। নিংথেম অমদি মাগী লোয়নবী মখোয় অনী নুংঙাইবগী অশাংবা স্বর অমা হোনদোক্লগা পেন্না নোক্লগা,

"ফরে-ফরে মমা ঙসিদি নচা নুপীবু ঙা হাউনা থোংহনগে চাক চাদনা চৎখিবা য়ারোইকো।" মনেমদুসু হায়বা নঙহৌররোই মতাগুম,

"চাক চাদনা চৎখিবকাক য়ারোই, ইমৌগী মখূৎ হাউবনি চারগা ঐখোয় অহুম হেক চৎসি।"

তোম্বী চাক থোংখ্রে মমা অমদি মনেম মকুদি মাঙ্গোল অদুদা ঙাংবগা নোকপগা তৌরী। মখোয় অহুমসু শান্নবা য়াবা ৱারী ৱাতায় কয়া শান্নরবা তুংদা তোম্বীনা চাক লোইরক্লুনা চাক চামিন্নরে। চাক তোক্লকপদুদা থম্বাল মচাদা য়েংলগা,

"ইবেম্মা অতৈগী ৱাবু লায়রি, নঙগী তামোচৌগী চীংনুশাংসিবু কনা পুহনসিগে নঙনা পুহননীংবা নমান্নবী কনা লৈ?"

"হোয়-হোয় অদুগুম্বদুনি হয়েং খোঙয়া চেকশিল্লকপদা কাউগল্লিবসি, মদু মাঙজৌননা খন্নহৌবনা ফৈ।" তোম্বী মমা অমদি মনেম্মা হায়নরীবা ৱাফমদু অমুক্তা তাদরিবা ৱাগুম মমীৎ মনা ইথক থগৎলদনা খুম্লকই।

"করিনো ইমানা হায়রিবদুবু? তামোচৌগী চীংনুংশাংবু ঐনা পুদনা কনা পুহনগদৌরীবা? য়ারোই-য়ারোই মীতোপতগাক পুহনখিবা। করিগীনো নখোয়না ঐসিবু শিখ্রবগুম খল্লিবা ঐ লৈরিঙৈদা তামোচৌগী চীংনুংশাংবু মীনা পুহনখিবা য়াব্রা?"

তোম্বী মমীৎ অনীদু পিনা ঈরা চেল্লদুনা কপঙাঙ-কপঙাঙ মখা সুম তারকই,

"ঐনদি তমোচৌগী লুহোংবগী চীংনুংশাং পুবদা শেৎনবনি হায়দুনা নখোয়না হাপ্পিরকপা থম্বাল লৈখোক অৱাউবীদু হৌজিক ফাওবা তাইদনা উপু মনুংদা থমলি। অদুগা ইন্নফি লৈ-

শুবী অদুসু নোংমতসু ইনমদা ইনদনা লৈরকপদগী ফিথূপ কায়দনা লৈরি। উপু মনুংগী ফিশিং অসিদি ঐদি কদায় চৎপদা ইনদোইনো? নখোয়না ঐবু চীংনুংশাং পুগনু হায়রগা করিগী ফিশিংদু হাপ্পীরকইনো?”

তোম্বী মমা, মনেম অমদি মকুগী মমাংদা মবূক্লীং নুংশিনা কপলি-কপলিনা শাউনীংবোই-পেন্দবোই হায়রকপনি। তৌবগীদি মহাক ময়ূম পানবগী মচা পোকচবগী ৱানি। অঙাংদি অঙাংনিনা শাগৈগী মৌ ওইরবসু, অঙাংগী ৱাখল চপ চানা চেল্লি। মহাক অসিগুম্বগী মরমদা করি অমত্তা খঙজদে, ইচম-চমজবী ইঙাও-ঙাওজবী থম্মোয়নি। মাগী অদুগুম্বগী মতৌদুদা মনেম মকুনা হেন্না নুংশিবা পোক্কুনা লুনা চান্না থমজবনি।

তোম্বীগী মতৌদুদা, মমা-মনেম-মকু মমীৎ য়েংনৈ, মথৱায় নুংঙাইনদে। মখোয় অহুমগী মীৎয়েং অদুগী অর্থ তোম্বীনা খঙলমদে। মখোয় অহুমদি নুংদা লোন ফাওনৈ। মনেম মকুদি তোম্বীনা খজিক্তা নুংঙাইতবদা মখোয়না হেন্না নুংঙাইতে। তোম্বীগী মমীৎ অনীদগী পি শীন্থবা উবা য়াদে। অদুম ওইনা মনেম্মা তোম্বীবু অঙাং ওইদুনা খঙজদদা তৌরীবনি হায়দুনা তোম্বীবু ভাব তানবা ৱাফম খর হায়গে তৌবদা মকু ইবুংঙোনা ঈরাংদু খঙনা ৱাফমদু পৎ ককথৎখি।

“মমা, ইচাগী ঈরাং খঙউ, ৱা মখা তারক্লনু মপা ঐনা য়াই। পুসনু করিগী ইচানা চীংনুংশাং পুরোইদগে? ইচাসিদি নহানি পুথোকউ চৎথোকউ ইপানা য়াই।”

নিংথেম অমদি অশংবী তোম্বীবু মমৌনি হায়বা হেক-হেক কাউই। করিগুম্ব মতমদা মচা নিঙঙোলগী ৱাখল ওইনা খনবা য়াওই। মকু ইবুংঙোগী ৱাদু তাবদা মমা অমদি মনেমদি পাখৎলি, মীনা, সমাজনা হায়বদি চৎনবীনা করি হায়রকপা হায়বগী ৱাখলদা শকফম ফাওবা ওনখ্রে। মতমগী ঈরাং খঙবা মকু ইবুংঙোসু ৱাদবদি নত্তে।

নুপী ময়ুমগী ইমুংদু গৌরিয়া য়াম্না কল্লি থায়নগী অহল লৈরী, লাইরম তিল্লম য়াম্না থিবা ইমুংনি।

শোমদনা কমদৌরী তোম্বীদি? মকুনা অয়াবা পীরকপদুদা কপলি কপলিরম্বা মায়থোংদু হরাও-নুংঙাইবগী মীনোক্না মুনখিরম্মী। তোম্বীগী কপ্পা নোকপা য়ানশিন্নরবা মায়থোংদু মমা, মনেম, মকুনা নীংঙমদনা য়েংলি। তোম্বী ঙাইহাক অসিদা মাগী থম্মোয়দু নুংঙাইবা ৱাখলনা পূমকূপ-কূপশিনখ্রে। তোম্বীগী নুংঙাইবনা থল্লবা থম্মোয়দো ৱাখল লীশাং থাবা হৌরকখি। নুমিৎ অদুদা মানা শেৎকদবা ইনগদবা য়ানগদবা সনা লোয়ননা শিগদবা লীক, খূজি, খূদোপ, তোংগদবা সেন্দল, পূম্নমক অসিনা পক্কনি অসিনা পকলোই হায়বনচিংবা থম্মোয়নুংদুদা ঔরাইদুনা খনদোক-খনজিন তৌরি। চীংনুংশাং পুবগী মতাং য়ৌরকপদুদদি মতা সনারৈ নীংশিংলকই,

"ইতা সনারৈনা লৈশা-লৈশানা মবুংগী চীংনুংশাং পুখিবদো য়াম্না ফজখি। মতমদুদা ঐনা পুনীংখিবা চীংনুংশাংদো অঙকপনি। হৌজিক্কী ঐগীসু মতম লাক্লেদনা। নুমীৎ অদুদি ঐসু চপ চানা কেগে ইতা সনারৈনা ঐঙোন্দগী করিসু হেনবা নত্তে।"

অসুম্না তোম্বী নোকমী-নোকমী নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউরকখি। মানা খল্লি, মীনা তৌবা য়াবা খূদিংমক মাসু তৌবা য়াই, মাসু মীনি। মনেম-মকু অমদি মমাগী মায়থোং মা উদে, নুংগী ৱাখল্লোন মা খঙদে। উদি উই, মকুনা হায়খিবা অতেনবা ৱাফম খরদুসু তায়, অদুবু মা অদুক হক্না খন্থরুদে। থম্বাল মচাগী মতৌদুদা কপশিরা নোকশিরা তৌফম খঙদনা হয়েং ঙন্তানা লাকও হায়রম্লগা ময়ূমদা হনখ্রে।

খঙহৌদে মতম ইবোচৌবগী লুহোংবা নুমীৎনা য়ৌরকখিব। ঙসি ইবোচৌবগী লুহোংবা নুমীৎনি। শোমদসু তোম্বী নীংথিনা কেরগা সনা লুপানা লৈতেংদুনা, ফজরবা ফিজোন শেৎলগা মনেম মকুগী মমাঙদা মচাগা চৎপদুদা মীয়াম পূম্নমক তোম্বী উবদা ঙাওনখি। তোম্বীগী

ফজবসি শুঙ্কপা য়াওনা ফজৈ, লম্বীদা চৎলম্বা মীওইশিং ফাওবা চপ-চপ লেপহনবা ঙম্বগী গুন চেল্লি। অচৎ অওক ময়ামদুনা লেপ-লেপতুনা ঙাঙনহৌবদো, "কনাগী মচা মমৌ ওইরবনো ওন্থোক্লা চুঙ-ফীরাল চানা ফজৈদা।" তোম্বীগী মনেম মকুদু তোম্বীনা ফজবা হেল্লক-হেল্লক্লগা মবূক্লীং নুংশিবা হেল্লকই। অদুম ওইনমক মীনা ঙাঙনবদু তারগা মখোয় অনীসু মশুগা মমৌগদা মমীৎশিংদু ফল্লপ-ফল্লপ য়েংদুনা নোকমী-নোকমী তুংথা-মাঙথা সুম লাকই। মখোয়না তোম্বীগী মপাম য়ৌরকপদদি বর চৎনবা শেম-শাবসু লোইরল্লে। বর যাত্র তৌরদুনা তোম্বী মবুংগী মমাঙ থাদুনা নোকমী-নোকমী থোক্লককলে। মানা খল্লি ঙসিদি কয়াদা নীং তল্লবা। "নুমীৎ অসিবুনি ঐনা মতম কুইনদগী খৌরাংনা ঙাইজরকপা।"

ইঙাও ঙাওজবীনি অতৈ হেন্না খল্লুবা ঙমদে। লুহোংবা য়াওবা লাক্লিবা মীয়াম পূম্নমক্না তোম্বীগী রাশি গুণনা চদুম-চদুম য়াওরবা চঙখোন্না ফজরবা মমায় অদুদা তান্ন-তান্নদুনা য়েংনৈ। নুংশিবনা য়োম্লবা মপা লৈতনা ফজরবা মমায় অদু য়েংবগী পেনবা নাইদে য়েংনীংদুনতা লৈ। মীৎফম খজিক ফাওবা হোংনীংদবা শকফম অদুদসু নত্তে, ঙাঙথোক্লককপসু পঙনুংদা নুংশিবগুম তৌই। অহল-লমন ফাওবা তোম্বীদা মীৎয়েং থম্লে।

অসুম্না লাই তীলগী পোৎলম চৈরমগা লোয়ননা অথেনপোৎনা মাঙ থারগা বরগা তাইননা বরগী মামাঙদা তোম্বী চৎলি। অসুম ধন-বেনগা লোয়ননা লেপতনা লাকপনিনা ফজনা লৈতেংলবা লুহোংফমদু য়ৌরকলে।

তোম্বী চীংনুংশাংদু ইমুংগী লাইনিংথৌগী লাইমাঙদা থল্লম্লগা হরাও-হরাও মমাগী মনাক্তা চঙলক্কুনা ফমলরে। মতা সনারৈসু তোম্বীগী মনাক্তা চঙলক্কুনা ফম্লরে। মখোয় অনী নোক নোক্কুনা ব্রারী শানবা হৌরকই।

"ইতা নঙসে ঙসিদি শাথীনা ফজৈবো। হান্নগী ফজবগী মথক্তা ফজরবা সনা-লুপা ফিজেৎ লৈতেংনা য়োমশিল্লকপসিদদি মীয়ামসে মমীৎ থক্কৎনরে। য়েংউনে নঙসু, মীয়ামসিনা য়েংনরিবসে নঙোন্দনি।"

অসুম্না সনারৈগা তোম্বীগা ৱারী শানরিঙৈদা, নুপী ময়ূমগী মশা ফর-ফরবা য়েংবদা মীৎ থল্লবা তীক-তীক লাউরবা মীয়ায় চল্লবী নুপী অহুমখক মমা মচাগী মনাক্তা প্রপ-প্রপ চঙলকই। চঙলকইবা নুপী অহুমদুনা লম্বা পানরগে মতাগুম, মমীৎকা-মনাগা মখূৎকা-মশাগা তৌদুনা ঙাঙবা হৌরকই, "ইবেম্মনা তৌবীরকইবসিবু করিনো?"

মমাঙ শঙ্গোয়দা ফমলিবা নুপা ময়ূমগী মীওইশিংদো তূমিন-তূমিন লৈ। নুপীদো মখা শমথরকই,

"শেন অসুক চঙনা লুহোংলিবসিবু ফাণীনি খনবগীরা নৎত্রগা ঐখোয়বু উশিৎতবগীরা? সমাজ অসিদা চৎনরিবা চৎনবীসে মশক খঙউ, মীরক খর তিল্লু অপঙবা মপান থোক্কনু। তশেংনা খঙদ্রগনা তাকপিগে।"

মতমসিদা তোম্বী অমদি সনারৈদি মখোয়না পুরকইবা অচা-অথকশিংদু ফজদবগীরা? নৎত্রগা করি শোইবগীনো খল্লি। তিল্লিবা মীয়ামদুনা করি খল্লিবা খঙদে। নুপীদুনা ঙাঙলিবদু লোইফাৎত্রিঙৈদো অমনা অমুক মুল্লগা হায়রকই।

"করিগী ৱাখল অদুক খন্দবনো? নখোয়গী লৈকাই অদুবু অহল-লমন লৈতবরা? সমাজ অসিদা চৎনদবা লোনচৎ ঙাক্তনি নখোয়না ঙসি তৌরকইবসি। লুখ্রাবী নঙনা কুজ য়াবগীমকসু ইমাদি শাউবনা মনা পাইবা য়াদদুনা লৈরীবনি। অদুগা নচা লুখ্রাবীসিবুসু অমুক চীংনুংশাং পুহল্লকইবা নখোয়গী থম্মোয়সিবু করম্বা থম্মোয়নো?"

মখোয় অহুম অদুদগী খর অহল ওইরপ্পা অদুনা অমুক মখা শমথরকই,

"হে খঙদ্রগা তাকপীগে, লুখ্রাবীনা চীংনুংশাং পুবা অফ-নুংঙাইগী থবক থৌরমদা মাঙ থাবা অসুক কুইবা মতম অসিবু নমিৎ অদুনা উখ্রবরা? নচা লুখ্রাবীসি শক ফজৈ হায়দুনা মীয়াম মমাঙদা য়াম্না উৎচনীংবগী ৱানিনে। লুখ্রাবী হায়বসিদি শক্লা তেংনাগুম ফজরবসু, লাই মচাদৌনা নীংথিরবসু মখোয়দি চন্নফম লৈতবা ফৌৱামগুম্বনি। করি মী উৎশিৎতবা লৱায় মচাশিংসে।"

ঙাইহাক অদুদা শোমদগী লাকমিন্নরিবা নুপা ময়ূমগী মী ওইরিবা অহল অনীখকসু মখোয় অহুমগী চীন মরক অদুদা ৱাপাংলকই,

"হোয়নে ইচে, ইবানিসু খন্নরমলিবনি। মখোয় মমা মচানা তৌরিবসিবু করিনো? তৌবগীবুদি হৌজিক্কানসিদি মমাঙথক্তা চৎনরমদবা ঙাক্তা চৎনখৎলকপসিদা ঐখোয়সু হায়ফম খঙদদুনা লৈরম্বনি।" মচৎ অদুনা অমুক মখা শমথরকই,

"মমাঙঙৈদদি লুখ্রাবীনা চীংনুংশাং পুবদি হায়রুনু মন্দির ময়ায়দা ফাওবা চঙহন্নরমদে। হৌজিক্কানসিদি ইপা-ইপুনা তৌরমদবা থবক থৌরম ঙাক্তনি নহাশিংসিনা চৎনখৎলকলিবসি খঙজদ্রেদা মতমসে পূমওন হেক ওনখ্রেদা।"

শোমগী নুপা ময়ূমগী অহল অনীদুনা ৱাহৈ খরদু পাংশিল্লুবদগী, নুপী ময়ূমগী মচীন কল্লবা অহুম অদু থৌনা হেনগৎলকই। মখোয় অহুমদগী অহল ওইবীদু মথৌ শঙলবা য়োৎকুম মশিংখা ফূদোক্তুনা ঙাঙবা পেলহৌদবশিংদো মখা শমথরকই,

"তো-তো ইচেনসু হায়রিসিনি, মসিবু ঐখোয়না হায়নীংদুনা হায়ব্রা? মীগী লোনচৎ হায়বসে লুবনি। অহল-লমন লৈতবা ইমুংশিংনা তীলখেৎ-লাইখেৎপগী লুখ্রাবীনা কুজা য়াবা, কুজ পুনবসি পঙতৌ-তৌনবগী ৱানি। মদু হায়দোক্নদবগীনি থম্মোয়নুংদদি নীংদোন পোম্নরিবনি। মসিননিনে, হৌজিক কানসিদা মফম মরাং খঙদনা বোম-বোম তুদুনা শিনরিবসে। নঙসু নপুরোইবা শিখিবদুনা

হিংগৎতুনা মালেমসিদা চৎলবদি নঙনা পুনীংলিবা চীংনুংশাংদো পুবা য়ারে। নমাসিনা তাকপিদ্রবসু ঐনা হায়রিবসিনি। লুপ্রাবী ওইরবী নখোয়দি মীগী পুক্সিগী অফ-নুংঙাই তানখৎলকইবা অদুদা য়াওরুনু চঙলুনু নখোয়গুম্বনা য়াওরুবদা অফবা ওইরোইদৌরিবনি মদু খঙনা চৎলু।” মমাদা পেন্না ঙাঙলম্বদগী তোম্বীদা অমুক ওনশিন্দুনা হায়রকখিবনি।

লুহোংফম অদুদা তিল্লিবা মীয়ামদো অঙকপনি। নুপী ময়ূমগী মীওইশিং, নুপা ময়ূমগী মীওইশিং অঙকপা ফংনা য়ামখ্রবা মীয়ামনি। সুমাং মরি-মঙা শঙ্গোয় মরি-মঙা মীনা পিক থল্লি। তোম্বীগী মকুদু মখোয়না ঙাঙনরিবদুদি তাদে, উরিবা শক্তমদুদদি করিগুম্বা খরদি ঙাঙনরে হায়বসি খঙই। নিংথেম ঙাংনরিবা ৱাদু খঙনীংনা মীয়াম মরক্তগী অসুম চঙশিল্লকই। নুপী অহুমদুনা ঙাঙলিবদু তাবদা শাওনীংবনা লুতোন থুমখি। নিপাদি-নিপানি, মা নুপী মরক্তা ৱায়াম ঙাঙবদি হৈনদে, পামদে। নিপা মশেন ওইরম্লবদি পাঙ্গল চাং য়েংনরম্বা য়াবনি। নিংথেম শাউনীংবনা হকচাং পূম্বা নীকই অদুবু পাঙ্গলদি থোকখিদে। অশংবী মখোয়গী কা হেনবা ৱাঙাংশিংদু তাদুনা লৈবা ঙম্লক্তে অদুগীসু মথক্তা মমৌদা ওনশন্দুনা হায়রকপা অদুদদি অশংবী চোংথোক্লকই।

“হে ঙশাইদগী তাগে য়াওনা তাবনি, করি লৈতোন্দা শরু পানদে মতাগুম পঙঙাঙ-ঙাঙবদি ঐখোয় লৈ হায়বা খঙদবরা? হৌজিক ইমৌনা চীংনুংশাং পুরকলে নখোয় কৈদৌগে হায়বা? নখোয়না তৌনীংবা তৌরকউ। মনেম ঐ লৈরিঙৈদা ইমৌগী মতু-তুবূম অমা তেকপা য়ারোই। সেরা করিবু থোকই হায়দুনা তৌজবা শারিবনো।”

মদুদগীদি সনারৈগী মমানসু ৱা মরক থৎহন্দনা য়ান্থরকই।

“ঐসু ঙাশাইদগী খর ঙাঙলগা তোকচখিনি হায়দুনা লৈবনি, অদুবু নখোয়সে কা য়াম্না হেল্লকলেবো। ইচানা চীংনুংশাং পুরকপগী

লুহোংবসি তোক্লসি হায়ব্রা? মদু ওইরবসু য়াইনে। ইচাদি তারাগী মপুনি করিসু মাঙবীরোই নখোয়দনি ইকাইবা নঙজহৌগদবা হে চাউখৎতবা হায়বসে লম নত্তে মীনি। মী চাওখৎলবদি লমদুসু চাওখৎলি। নখোয়গী নকোকশিংদুনা কয়াম হেক চাওখৎলদনা ঙাঙজরিবা।”

অসুম্না চীনদা পাউদান্নদুনা খর ঙাঙনরকপদগী খূৎ থোক্লরক্কদগুম তৌরকপদুদা ময়াম চঙদুনা খামদোক্লরে। মদুদগী ঈরাংদু খর নেমথরক্কুনা লুহোংবদুদি কায়দনা অদুমক লোইশিনখরে। তোম্বীদি মবুংগী লুহোংবদু খজিক ফাওবা উহৌদরে।

“ইতা তোকও কপলনু নকোক্কু চিকপনা লোইরনি, চৎসি লুহোংবা লোইরে হৌগৎলো।” তোম্বী পাক্লা হৌগৎপা ঙমদে। করম্নদি ঙমগনি, নুপী অহুমদুগী য়াক্ল-য়াক্লবা ৱাহৈশিংদুনা তোম্বীগী নকোঙদা হনজি-হনজিন য়ৈররি।

“লুখ্রাবী হায়বসিদি শক্লা তেংনাগুম ফজরবসু, লাই মচাদৌনা নীংথিরবসু মখোয়দি চন্নফম লৈতবা ফৌৱামগুম্বনি। তামো করিগীনো ঐবু হুনদোকপিরমলিবা নঙনা চৎপদা ঐবুসু পুবীবা য়াদবরা? নঙনা চৎখ্রবা মতুংসিদদি ঐগী পুন্সিসে চন্নফম লৈরমদ্রে তামো।”

কাউরগে খল্লুরবা মপুরোইবগী ৱাখল, নীংশিংবনা শরুক চামা ওইরকখি। তোম্বীগী ফজনা কেরবা মমায়দু পিনা চামখ্রে। মানা ইল্লিবা ৱাংখৈ ফি অঙৌবদুসু পিনা পুমচোৎ চোৎখ্রে। মমায় অদু কদোমদা ওন্দুনা ফমলিবনো হায়বা ফাওবা খঙখিদে। য়ারগদি মা, মানা ফমলিবা মফমদুদা লৈক্রক অহোবা লৈরম্লবদি চঙখ্রগে হায়না ফাওবা খনখি।

লুহোংফমদুদা তিল্লিবা মীয়ামদুনা মমা মচাদা মুশুক-মুশুক য়েংলমগদবদু খল্লুবদা হৌগৎতুনা চৎসি কদায় চৎতসি কদায়, পুবা থাংবা ঙমখিদে ৱাখলনা। তোম্বী, মমা অমদি মনেমদা, মকু ইবুংঙোনা হায়খিবা অতেনবা ৱাহৈ খরদু খঙনীং নীংশিংলকখি।

“মমা, ইচাগী ঈরাং খঙউ ব্রা মখা তারক্লনু মপা ঐনা য়াই। ব্রাহে অদুগী অর্থ হৌজিক্তদা খঙলকই। অসিনা ওইবা তাই, ঐনা চীংনুংশাং পুগনি হায়বদা পুরুগনু হায়বসু ঙমদা মখোয় অহুম্মক্কী থম্মোয়দা অব্রাবনা লাঙ্গোই চনখিদুনা তৃমিন-তৃমিন লৈনখিবা। তশেংনসু মখোয় অহুমগী মায়থোঙদা তাখিবা অব্রাবগী মমিদো, ঙাইহাক অদুদা খন্থরুদে ব্রাখল থেনবা ঐগী থম্মোয়না। ঙসিদি বাজিগী অতেনবা ব্রাহে অদুগী অর্থ কয়াদা চেল্লম্লবা, কয়াদা মমল লৈরম্লবা। ও! ঐনা হিংলিবসে অশিবগা চপ মান্ননা হিংবা ওইরমল্লেদনা। কয়াদা পঙখ্রবা ঐসে, মসিগী খাঙঙমদবা ব্রাহেশিংসি তানবগীদমক ঐনা চীংনুংশাং পুনিংখিবনিকো। অপঙবী মচা ঐগীদমক ইমানা মীয়াম মাঙসিদা মরান চপ চানা লৈরবা মীশক অমগুম, মীনা অদুক থীনা হায়রবা ফাওবদা সুপ্নতংগী ব্রাহে মচেৎ অমা স্নাওবা খুমজবা ঙমদনা, ঙানা ব্রা ঙাঙগে তৌবদা ঈশিংনা পল্লি হায়বগুম, ইমানা মীগী খদাঙ মখা থাখিবা পুম্নমক ঐননিকো।”

অশেংবনি চৎনবী মাগী শক্তিনা কনখিবনা থম্বাল মপাঙ্গল থোকখিদবনি। মমায় অদু ঙাঙশং-ঙাঙশল্লদনা ইকাইবা খাঙখিবনি। তোম্বী পুম্নমক নীংশিংলুরগা মবৃক্কীং পেনদে মথন্তা চৈজনীংই।

“হে লুখ্রাবী নঙ শিজখিগে হায়দনা করিগী শিনীংলুরি সনা-লুপা ফজরবা লৈতেংশিং। কল্লকলুগনু মীহৌরুগনু নঙদি লুখ্রাবীনে। শিজখো নঙ, চন্নফম খঙদ্রবা ফিমনগুম্লবা নঙনা হিংলুদুনা করিবু কান্নখিগদগে। শিজবা ঙমদ্রগনা মীরক্তগী লাপনা লৈস্রো চৎস্রো। নঙবু হৌজিক হিংনীংলিব্রা? হিংবগী অর্থবু লৈরীব্রা?”

“ইতা হৌগৎলো লুহোংবা লোইরে চৎসি। চাওখৎতবশিংসিনা ঙাঙববু ঙাঙনীংলগা ঙাঙজনি। ঐখোয়না মব্রা লৌবীদ্রগা লোইরে, সে তোকওসে।” হায়রগা মাসু কপ্পী।

তোম্বী মনেমদুনসু মকু অদুনসু তোম্বীগী মনাক্তা চঙলক্কুনা থেম্বীরী।

"কপলনু তোকও-তোকও ইমৌসিদি, নঙগীদমক ঐখোয় লৈরীসিদি, ইমৌগী করি ব্রাৎকনি। হৌগৎলো চৎসি নমায়দু ঈপো পোল্লেসে।"

"নমানা হায়রিসে চুম্লবনি ইমৌগী করিসু ব্রাৎতে, করিগী কপচরুনি নথম্মোয় চাউথোক্লা হিংবা তমগদবনি। নঙসু মীনি, মীওইবা অমনা তৌবা য়াবা পূম্নমক নঙসু তৌবা য়াই। মীওইবা অমনা ফংগদবা হক পূম্নমক ইমৌগীসু ফংফম থোকই। ঙসিনা ঙসি ওইখ্রে সিদগী মতুং তাবদি ইপানা খূদিংমক মায়োক্লগনি। নপা ঐ লৈরিদনা লাকও-লাকও নতাগা নমাগা নখোয় পূম্নমক।"

তোম্বী ময়ূম য়ৌরকপগা মপুরোইবগী ফক্লাংদা থেৎলিবা ফোটো অদু য়েংলগা শাউবোই-ওইনবোই কপলগা হায়রি।

"তামো নঙ নবূক য়াম্না ফত্তে, ঐনা কেরগা চৎখিবদো নঙ উহৌবা নৎত্রা? করিগী ঐবু খামখিদে। ঐঙোন্দা মীয়াম্না য়েংলিবা মীৎয়েংসিগী অর্থ ঐনা খঙদ্রবসু নঙদি খঙফম থোকইনা। ঐনা মপোক অসিদা খুম্বা ঙম্লরোইদ্রবা ব্রাহং কয়া ইফমদা চৎনবী মানা হংলিবসি নঙ তাদবরা? 'নঙসু নপুরোইবা শিখিবদুনা হিংগৎতুনা মালেমসিদা চৎলরবদি নঙনা পুনীংলিবা চীংনুংশাংদো পুবা য়ারে।' মসিবু করম্বা ব্রাহংনো? করম্না পাউখুম পীগনি। নঙ, অমুক হিংলকখিগদ্রা? খুম্মো তামো নঙ অমুক হিংলকখিগদ্রা?"

মতম হায়বসি খঙহৌদে, নোংমা-নোংমা হৌখিবনা মঙানি চাক্লৌবা য়ৌরকখি। ইবোচৌবদি হৌজিক ফাওবা শেৎখিবা লানগী ফিজোনদু হোংদোক্তরি। ব্রাঙাঙ খজিক্তা শোয়রকপা অমদা হেক্তা তাইনদুনা লান হৌগে খনবা লেপতরি। মঙানি মপাম চাক্লৌবা য়ৌরক্লবসু ইমুং অনীদু পূনশিনবা য়াদ্রবা পল অমনা থৎপগুম,

ইবোচৌবনা লম্বা পানীংবগী লাঙতক্লবা মরক অদুদা মঙানি মপাম চাক্লৌবদো লোইশিনখ্রে। ইবোচৌবা মবূক নেমথবা য়াবা নেমথজরে, অদুম ওইনমক মাগী থম্মোয়নুংদদি শীংনরি নেমথরো হায়বা য়াদনা। ইবোচৌবনা ফনা শাউরবসু মাগী নুপী মপামগী মীওইশিংনা নোংমতসু লাক্লগা মমা অমদি নুংশিরবা মচল তোম্বীদা, 'নুমিৎতু ঐখোয়না লানখরে ঙাঙনরবনিনা পঙঙাঙ ঙাঙনখরে ৱারৌনরোইসি' হায়বনচিংবা ৱাহৈ মচেৎ অমতসু হায়রদবা অমদি শেংদোক্লদবনা ইবোচৌবগী থম্মোয়নুংগী অচাকপা মৈ অদো মূৎপা ঙমখিদে।

মীওইবা হায়বসে লানদবা ঙম্বা তাইবং কনাবু লৈরমগদগে? অরানবা কয়া য়াওনরবসু শেংদোক্লবা হায়বদু তৌনরবদি নুংশিনরমদবা কয়া হেন্না নুংশিনরকপসু কোঙ্গাইনি। মীওইবা হায়বসিনা প্রেম ভক্তিবু লৈনরবদি তুংদা থোক্লক্কদবা অমাঙবা কয়াদগী কনবা য়াওদবা নত্তে। মীনুংশিগা লোয়ননা ফাওনদবা লোন কয়া ফাওনরগা চমথোক্লবা ওইরবদি ইবোচৌবগী অশাউবদো মাঙখিরম্বা য়াবনি, মরমদি মহাকসু মীনি ঙাকপীবা ঙম্বগী থম্মোয় পাল্লি। হৌজিক-হৌজিক্তী ইবোচৌবগী অশাউবদো ফাথবীনবা কনা লৈতে মমানসু ফাথবা ঙমদরে। মখোয়বু উশিৎতবগীনি হায়বগী ৱাখল্লোনদু নমদুনা চেলহনখরে। মাগী থম্মোয়দা লৈরিবা শীংনবদু হেন্না মপাঙ্গল কনখৎলকই অসুম থৌনা হেনগৎলকই। ইবোচৌবগী পেন্দবা শাডনীংবা পূন্নমক মাগী নুপীগী কোকথক্তা হৈথদুনা সুনিতাবু মপাম চাক্লৌবা নোং হেক ঙানবদগী মপামদা চৎপা য়ারোই হায়না অথিংবা থমখরে।

অঙকপনি, অসুম্না-অসুম হৌখিবনা চহী অমা ফারক্লবা ফাওবা সুনিতাসু মপুরোইবগী য়াথং ঙাক্তুনা মপামদা নোংমতসু খোঙ্গুন তাখিদরে। চহী অমা ফারক্লবা ফাওবদা সুনিতানা মপামদা লাক্তবগী মরম মপামগী মীওইশিংনা করিগীদি খঙলোইদগে? অদুবু মখোয়সু মখোয়না চুম্মী খনদুনা লৈরিব্রা নোংমতসু লাক্লগা সেগা মাইগা

হায়রদরে। ইকাইবগীরা শাউনীংবগীরা খঙদে। হৌজিক ইমুং অনীগী মরক্তা নমখায়বা ঙল্লরোইদ্রবা চাউরবা পল অমনা থৎপগুম তৌখ্রে। অঙকপনি চৎনবী মাগী শক্তী, কয়াদা কনখ্রবা।○

# চারা অমগী মমল

রোজেন অমদি চাওবা মোহোরি তোম্বগী য়ূমদগী মমায়দু লূকথরপ থোক্লকই। মথা শাবগী শকফমনী, মায়থোঙদু ঙাঙশিল্লপ উই।

"ভাই লুপা চামা অসিনবু পুর্নিমাগী কয়াম কুইনবু চানদগে?"

"করিনো চামদা নত্তে চানীনি কৈনো?"

"এ, ভাইবু লৌদবা য়ারদরনে।"

"য়ারনি-য়ারনি ঐখোয়গীনা ইমুংগা পূনবনিনা মখোয়গী থোকপা তৌজরসনু নঙগী খল্লগা লৌরকপগী ৱানি।

রোজেন শেন য়ামদবগী ফুনজিল্লম্বা শ্বর অদু খর হাঙবগুম তৌই। অদুবু মদু ফনা ওইদুনসু মানা চৎকদৌরিবদুদি থা অমগী খোঙচৎনি। লুপা চানী অদুনা ইমুংগী অৱাৎপা ময়ামদুদা করম তৌগনি হায়বসিদি ৱাদবা ঙমদে। পুর্নিমানা ফনা হৈ-শিংনা চারবসু চানীদুনা চাগেনা চাবদা নুমীৎ তরানিদগী হেন্না চাবা কোন্নরোই হায়বসি রোজেন খঙদবা নত্তে। অদুবু উপায়দি লৈতে।

রোজেন অমদি চাওবা ৱারী শানা-শানা লাকপদা মাগী-মাগী ময়ূম য়ৌরক্লে। রোজেন য়ৌরকপগা চাক হান্ন থোংগৎলি। মতম অসিদা পুর্নিমাদি অশূবা ফিশিংদু লোকশিল্লি। নুমিদাংগীসু চাক লোইরে, মখোয় অনীমক চাক চারগা পুর্নিমানা ফমুং মথক্তুদা মখোঙ তিংথোক্তুনা মচাবু খোল্লাং ইনবীরি। মপুরোইবদা চাক তোক্লগা হংগে খনবা ৱাখল অদু চিংথোকপা হৌরকপদা রোজেনসু চঙশিন্দুনা মাগী কাংথোল মচিদুদা ফল্লখি।

"মখোয় তামোচৌনা চৎলুবদুবু করি হায়রক্লবনো?"

"থবক্তু হয়েং চৎপা তারে, নঙসু নুমিৎ তরানীথোইনিগী য়ূম শেংলবনিনা নথন্তগীদি হোৎনজবা ঙম্লনিদনা? নাহলদগী থবক্তু চৎপা য়ারবনি নঙগী ঙসিগী য়ূম শেংবা অসিদংদি ময়াম ঙাইবীখো হায়দুনা ঐনা খাম্বদগী হয়েংসি ওইনা লেপ্লরবনি। হয়েংসি চৎতবদি য়াররোই। অদু শেনসু য়াম্না লৈরমদ্রে লুপা চানীদগী হেন্না। চানীদুদা ওইরবসু হায়দুনা পুরকপনি কমদৌসিগে?"

"ঐনদি থা অমা ফাবা ফাওবদংদি চৎহলনীংদবনি। অদুবু ফরে চৎলনি হায়দুনা লেপ্লরবনিনা।"

"নঙবু লুপা চানীসিনবু নুমিৎ কয়ানিবু চানগদগে?"

"খঙদে ঐসু, অঙাংগী পাওদর অমগা শাবোন অমগদি লৈদবা য়ারোই।"

"অদুদি সুম তৌরো লুপা চানীসি থারগা ঙাঙনবা নুংঙাইবা দুকান অমদগী নঙগী থা অমা চাবা কোন্ননবা শোৎলো ঐনা থা অমা ফারগা থোক্লকপদুদা লোইনা শেংদোক্লরগে অদুদি য়ারেদনা।"

"শোৎকে হায়রুবদা য়ারক্রবদি কমদৌবা? মরক্তা থারকনিংঙাই লৈরগদি থারকপা য়ারোইদ্রা?"

"য়ারোই, থা-থাগী ওইনা খূৎশূমন্দু শেংদোকই হায়। খঙদে দুকান্দগী শোৎকেরা মীঙোন্দগী পূগেরা মদু ঐ খঙদে নঙগী থোকপা চারা হেন্দনবা হোৎনরো। থা অমদনি ব্রাগেনা ব্রাবদা মদুদি নঙসু নুপীনি ঙম্লবা হোৎনহৌরো।"

"হন্দক্তী কালেন থাগী লৈবাকলৈ শাহৌবা তারিনে।"

"ঐ খঙদে, লৈবাকলৈ শাগেরা পেক্রকলৈ শাগেরা শাহৌরো, পাঙমন্দবা অদুদা শাউনীংবা অমা হেক য়াওরকই।"

মপুরোইবগী অশীংনবগুম্বা ব্রাঙাঙ অদুদা মীদা ফাওবা কন্না হায়বা ঙমজদবা পুর্নিমা মবূক্লীং নুংশিরকই। মব্রা-মরিন ঙাঙখিদরে

তূমিন লৈখ্রে। পূন্নমক্তু রোজেন খঙই।

"ফরেসে কপলিব্রা? ঈ নৌরিবৈঙদা কপ্পা ফত্তে হায়নদায়নে? সুম পঙঙাঙ ঙাঙবগী ৱানি কপলনুসে ঐসু নঙবু ঈ নৌরিবৈঙদা থাদোক্তুনা চৎনীংদবনি অদুবু নঙ ঈ নৌরি হায়দুনা থবক শূরুদ্রবদি ঈরোইবা হৈবগা-হৈতবগা পূন্না ঈরাকমিন্নদুনা শিমিন্নৈ হায়বদু থোক্কনি। ঐ থবক শূবা চৎতবা য়াদবনি চেঙসু ঙসি হয়েংদগী হেন্না চানিঙাই লৈত্রেদনা, ঐনা চৎকদৌরবসে লিন-কাঙ মরক্তনি চৎনীংদুনকাক চৎকদবা নত্তে।"

পুর্নিমা মবূক্লীং নুংশিবদু ফাথরগা মখা তারকই।

"করি লমদনো? করি শূবনো? কনা-কনাগা চৎকদৌরীবনো?"

"তিপাইমুক থাঙলোন অশোমদনি। চীং কক্লগা লম্বী শেমগদবনি হায়। ওইনীংবা অমা হেক্ত ওইসনু শূবা তাবনি হিংদবা য়াদবনিনা।"

নোংঙাল্লে রোজেন চৎখ্রে, ইমুংগী অহোবা ময়ামদু লুপা চানী অদুনা মেননৌ হায়না শিন্নরম্লগা। পুর্নিমাগী অঙাং উন্নবা সুপ্নতংগী নুমিৎ তরাহুমদোইনিদা ঙায়রিবৈঙদা।

তরামরিনি শূবগী অয়ুকনি, পুর্নিমা মচাদু পোশিল্লগা খাউ অমা পায়রগা ঙাহৌ-ঙাহৌ মমাঙগী কৈথেল মচা অদুদা থোক্লকই। মহাক চৎলিবদু মপাঙ্গল ইয়াও-য়াওদে ইতাউ-তাউই। সুম হাইরং-হাইরং চৎনা-চৎনা দুকান ফমলিবা মপুশিংদুগী পূকচেল-খোয়জেলশিংদু ঙাঙনবা নুংঙাইবা-নুংঙাইতবনচিংবা চাংয়েং তৌ-তৌদুনা সুম লাকপদা মচে তম্মুগীদনা নুংঙাইগনি খন্না তম্মুগী দুকান তম্না চঙশিল্লকই। পুর্নিমা মী হাঙবগী তানজা য়েংলগা হায়নগে খন্না দুকান মচি অদুদা লেপলি। ঙাইহাক লৈরবা তুংদা দুকান্দুদা চিল্লম্বা মীশিংদু ইহাঙ হাঙলক্লে। পুর্নিমা চঙশিন্দুনা ৱারী হৌরকই।

"ইচে লুপা চানীদি য়াওরি মসি থারগা ঐগী থা অমা চাবা কোন্ননবা চেঙ থাউ থুম মোরোক ঙারি হৱায়নচিংবা লৌনবা

য়ারোইদ্রা? মানা থবক শূবা চৎখিবদু থা অমা ফাবগা থোক্লককনি অদুগা লোইনা অমুক শেংদোকচরগে ইচে।"

"পুর্নিমা ইচেদি করি হায়সিবনো খঙদেনে। হোয় লাক্লবনিনা খরবুদি পুখ্রো থা অমা চাবা কোন্ননবা লৌগে হায়বদুদি হায়গনু দুকান অতৈদগীসু খর লৌবা য়াব লৌনবা তৌ।"

কারবার হায়বসিদি শোৎখিবদা কান্নবা লৈতে হায়বসি পুর্নিমাসু খঙবনিনা মীনা হায়রিবদু য়াবা তাখি। পুর্নিমা মখা তানা হায়নীংলুদে লুপা চানীদু পীরবা মতুংদা মচে তম্মুনা পীনীংবা খর পীরক্লিবদু পুদুনা লাক্লে।

খঙহৌদে মতম ইকাই-ইকাইনা হায়জরগা লৈরকপা চেঙ থাউ থুম মোরোকতু লোইশিনখ্রে। অয়ুক্তু অরৈবা চেঙ খরদুনা হামবোই-হামবোই চারে। নুংথিলদি মবুক্তু হুইতৎ-হাইতৎনৈ। অঙাংনা খোমচিংবনিনা উরিখৈ চারগে হায়রবা ঈ নৌরীবগী চানীংদুনতা লৈরবা মতমনিনা পুর্নিমা অয়ুক চাক খর ব্রাৎখিবদু নুমিদাংব্রাই য়ৌঙমদে মশাদু ব্রাবনা তপ তাবগুম তৌই। পীক্তকপা মাঙ্গোলদুদা ফক থারগা মচাদু খোল্লাং ইন্না-ইন্না ব্রাখল তৌরি।

"হোরেনগীদি কমদৌবা? ঐবু কনাদগী হংলুসিবা?" অসুম্না হোরেনগী থোংনবা লৈতবগী পঙথরিঙৈ মনে থরোনা মনাক্তা চঙলক্লুনা লেপলবা ফাওবা খঙলমদে।

"পুর্নিমা কৈদৌরে উংদুনা লৈরদি?"

পুর্নিমা ইখং-খংই।

"ইনে কয়াম কুইরে? ঐদি খঙহৌদ্রে ইনে লাকখিবা।"

পুর্নিমা খঙই, মপুরোইবনা মনেদগী মানা অঙাং উনরমদাইদা লুপা চাহুম লৌরুবদু কুইরবনিনা থৌবা লাকইবনি হায়বা।

"ইনে ফম্বীয়ু।" পুর্নিমা খর চঙশিল্লি।

"ফম্বা লাইরি ইবেম্মা, ইনেদি ঙসি-ঙরাংসে পোৎয়েংগা-থৌয়েংগা, য়োৎখায়গা-শেনখায়গনা অঙকপা ফংখরে করিনো

ফাইরেন লমদাগা চপ হেক মান্নখ্রে। ইনে শেন চিনমনখিদুনা লাক্লবনি। নখোয়নদি থুরেনখৈ হনজিল্লক্কনি হায়বদুদা ঐসু পীখিবনি অদু ফনদি কুইরে সেগা-মাইগা হায়রদবদুদা ইনে হেক্তা লাক্লবনি।"

পুর্নিমা মনেনা হায়রিবা ৱাফমদু হায়রক্কনি হান্না খঙলবনি। অদুবু হায়ফম তৌফম খঙদে কপনীংই।

"ইনে, নমৌবু করি হায়সিবনো ইনেনা অসুক কুইনসু অচিনবা কয়া খাঙদুনা ঙাইবীরে, ঙাইবগী ঙাইবীবা মানা হল্লক্ত্রিবা ফাওবদংদদি ঙাইবীয়ুনে ইনে? নমৌদি ৱাহে খরসি নত্তনা উপায় লৈতে।"

পুর্নিমা ৱাহে খরদু হায়বা লোইরকপদা করম্না শীন্থখিবা পিনো খঙহৌদে। মনে থরো লৈরি পি মাসু তারকখিনু হায়বা নংহৌদে শীন্থরকপনা হানখি। থাম্বা ঙমদ্রবা পুর্নিমাগী পিদু উবদা থরোসু পুর্নিমাবু নুংশিরকই, করিগী কপনীংলিবনো ঐগী ৱা খর অদুনদি মহাক কপ্পা য়ারোই খল্লি। পুর্নিমাগী শীন্থরিবা পিদুগী অর্থ থরো খঙনীংলকই।

"ঙাইখো-ঙাইখো, পুর্নিমা ইনেসু নঙগী নতৌসে নুংঙাইতে। রোজেনবু কদায়দা চৎখিবনো?"

"মা লৈতে লাংফৈ চৎখি ইনে।" পুর্নিমা নুংদগী পাথোক্লকইবা পিদু খাম্নবা হোৎনজৈ অদুবু ঙমদে থিংঙেন কায়রকপগুম অরৎ-অখম লৈতনা শীন্থরি। থরো পুর্নিমাগী মবূক্লীং নুংশিবগী মত্রৈদুদা নুংঙাইরক্ত্রদুনা মখা তারকই।

"নত্তে পুর্নিমা ঐনা শেন হায়বগীরনে নঙনা নবূক্লীং অসুক নুংশিনা কপ্পবু? নৎত্রগা রোজেন্না লাংফৈ চৎখিবদুবু নঙগা খৎনরগা চৎখিবরনে ইনেদা শেংনা অমুক্তদি তম্মু নঙনা কপ্পসে ইনে নুংঙাইতে পুর্নিমা।"

পুর্নিমা কপলিবদু মীদদি তমফম খঙবা নত্তে। ফোঙদোকফম খঙদবা মথন্তদি ৱারৌজবা অমনি।

"ইনে মাগা করিগীদি খৎনগদগে? ইনেগী শেনগীসু নত্তে

করিনো খঙদে ঐগী পূক্লীংসে পঙনুংদা নুংশি ঐ হায়ফম খঙদে ইনে।"

"হুম, নঙগীসি ৱা অমদি লৈরে। নঙ ইনেদা ৱা লোৎকনু শেংনা তম্মু। রোজেন্না চৎলমদাইদা নঙগী চান-থক্লবা থল্লমদব্রনে? নঙগী নুংওনবা নতৌসে ইনেনা খঙনীংই, অদুগা নমায়দা কারকইবা হুমাং অদু পূক্তা চাক য়াওদবগী অৱাবা খাঙবগী হুমাং মাল্লি পুর্নিমা।

"ইনে নমৌবু করি হায়সিবনো?"

"ইনে খঙই পুর্নিমা, ইনেসু লায়রনা হৌরকপনি। ঈ নৌরিঙৈ হায়বসিদি চানীংদুনতা লৈবা চারিবমখৈ য়াবা মতমনি। চাক চখোম অমতা ৱাৎখিবদা ঙাইহাক্তা লৈতনা হুমাং কাংলিবা মতমনি। ইনেসু নুপীনি ইচা পোকলিবা। নঙনা ঙসি খাঙলিবা অসুম্না ইনেসু য়াম তোয়না খাঙলকখিবা নুপীনিনে পুর্নিমা। নঙগী নাতোন নাচিদা কারিবা হুমাংদু মরম লৈতনা কাবা হৌনদে।"

মনে থরোস্‌ু পুর্নিমাগী মতৌদুদা মাগী হৌখ্রবা ৱারীদু খঙনীং নীংশিংলক্তুনা পিরাং চেল্লপ তৌরকই। অদুবু মাগী চিংথোকপা হৌরকইবা ৱারীদু থূপচিন্দুনা থমখ্রে অদুগা পুর্নিমাবু থেমজিনবোই থৌনা হাপ্পিবোই মখা তারকই।

"পুর্নিমা নঙ ইনেদা ইকাইগনু শেংনা তম্মু ঙসিগী নঙ চাক চারব্রা? নঙনা নুংদা লোৎলিবদু ইনে খঙইনে। ঈ নৌরিঙৈ হায়বসিদি চরা হেনবা য়াদে, হকচাং ঙমদবগী চানীংদবগী চাদবনা মখল অমনি। চাউরবা অঙাং অমা চৎথোকখিবদুগী হাঙহৌবদু চাক চারগা মেনশিনলিবনি। চাক য়াওদ্রবদি করম্না খাঙবা ঙমগনি। তান চাদ্রবদি চাজেনবীসে চাক চারা অমা অনীবু চারুদ্রবদি ৱান্থরকপা য়াওরিবনি। অদুননি চাজেনবীবু পাঙ্গল থুনা কন্নবা ঙাইহাক্তা লৈতনা চারা ৱালহল্লিবসি। অয়ুকতা চাবা খজিক্তা ৱাৎখিবদা নুংথিল য়ৌঙমদে হুমাং অনপ্পী কারক্তুনা খাঙবদা য়াম্না ৱাবনি। নঙ ঙসিদি চাক চারমগদবা মানদেবো পুর্নিমা।"

"ইনে অয়ুক্কু চাক খরদি চাখ্রে থনদি থনদে। হোরেনগীনা করম তৌদোইনো খঙদে। মানা চৎলমদাইদা লুপা চানীদি পীরম্বনি মদুসু লোইথোকখ্রে। ঐসু ফনা চেকশিন্নদি হোৎনজবনি অদুবু সুপ্নতংগী নুমীৎ তারানীথোইনিদা চানরে। মাদি থা অমা ফাদনা থোক্লকপা য়ারোই হায়রম্মী অসুক শাংবা মতমসিনা করি চাদুনা লেলসিবনো খঙদে।"

"অদুগী ওইরে নঙনা হিংবা ঙম্লরোইদ্রগুম খল্লমলিদি। নঙসু খর নুপী থোকউ পুর্নিমা, নঙগী মীদা হায়বা ঙাঙবা ঙমদবদুনদি য়াররোই। লৈকাই পাল্লি চেঙ পৃগেরা ফৌ পৃগেরা পৃফম থিয়ু। দুকান্দগী শোৎলু মখোয়দগী শোৎলুরিবদু ঐখোয়না হাৎলগে হায়দুনা শোৎলুবদি নত্তেদনা? ঐখোয়না হেন্না ইকাইজরিবনি রোজেননা থোক্লক্লগা শিংগনি শেংনা হাইয়ু। করিগী য়ারোইদগে দুকান অমা য়াদ্রবসু অমদি ময়ারক্কনিদনা অসুক য়াম্বা দুকান লৈরিসিদি। ফরে-ফরে সুমতৌরো ঐগী শেন্দুদি রোজেননা থোক্লক্লগা পীজরনি ঐ চিল্লবসু চিন্না কনা-কনাদগীনো লাকথোক-লাকশিন তৌজরুরগে। নঙগী ঙসি হয়েংসি চানবদি ইনেনা পুবীরক্লগে অদুগা নুমিদাংদু চাক ঙন্তানা থোংলগা নবূক থনা চাথোকলো। নঙনা চাদ্রবদি ঈ মতূমসি মবূক থল্লোইদৌরিবনি মদু খঙউ। ইকাইগনু হংবা তনগনু নচিন য়াংউ, ইকাইবনা শিবা য়াবা নত্তে, চাদ্রবদি শিগদৌরীমনি পুর্নিমা।"

"ইনে ইকাইজৈদা লৌবীরুনু, চাদবা য়াদবনিনা থোক্লা-থোক্লবা লাকচরনি।"

চৎখ্রে থরো। পুর্নিমানা হায়বদু য়াদনা। মহাক খলহৌই,

"ইনেগীসিবু তশেংনা চেঙ-চাক লৌবা চৎখিব্রা? নৎত্রগা ঐগী ইতৌসিদা নুংঙাইতদুনা হায়রমলিব্রা? ইনেনা হায়বা চুমগনি, চখোম অমত্তা ৱাৎখিবনি অদুবু শ্বর হোনবসিদা মপুঙ ফানা হোনবা ঙমদে। চনীং-চমাঙ শম্লদে, মসিদবু চারা হেল্লবদি শিবা হায়বসি শোয়দ্রবনি। হোরেনগীদি দুকান্দগী হেক্তা য়ানবা হায়নরগা লৌরকপা হায়বদুনি।

হুম, ঐগীসি লায়না হায়মনখ্রে দুকান মপুনা য়ারক্তুবদি মী খৎনরুবসু য়ারোই কমদৌসিবা ঐবো।”

অসুম খন্না-খন্না নুংগী অৱাবদু লোৎফম লৈরক্তে। মদুমক্লনি মনে থরোনা মাবু চাক চারমখিরোই খনখ্রিবা। মহাকসু চাক চাখিদ্রিবা অমগা চপ মান্ননা ৱায়। অশেংবনি মীগী মাইথোং য়েংবদ খঙবা ঙম্মী। থম্মোয়গী মমি মাইথোংদা তাই হায়বদু অচুম্বনি। মনে থরো বজার খাউ অমদা চেঙ য়েঙ্খাং করি-করিনো খঙদে খাউদুমা পিক থন্না হাপলগা প্রপ-প্রপ চঙলকই। পুর্নিমাদি ঙশাইগী পঙথবদু লোইরমদ্রি।

“সে-সে থমজল্লুরো খাউদু শংদোক্লকউ হোরেনদি নবুক থন্না চারো। অঙাংদু ঐঙোন্দা পীরম্মু।”

“ইনে, ইনেনা তৌবীরকইসিবু করিনো নমৌদি ইকাইজখ্রেদা। হান্নগীমকসু পীথোকপা ঙমদ্রিঙৈ ইনেগী লমনসিবু করম্বা মতমদা শিংবা ঙমগদগে ওন্থোক্লা ইকাইজখ্রেদা ইনে।”

“করিগী লমননো? নখোয়না পাংবা কানসু লাকখিনিদনা হা? হিংমিন্নবা হায়বসে অরৈ-লৈতা তান্নদুনা অঙম্বা মতেং পাংনগদবনি, মসিবু কৌইনে হিংমিন্নবা।”

“পূকচেল ফজবী ইনে, ইনেগুম্বা মীওইসিবু মীয়াম মরক অসিদা কয়াম্মা লৈরমগদগে? ইনেগী মীনুংশি নমৌনা মতম খূদিংদা কাউজরোইয়ে।” পুর্নিমা মনেগী মতৌদুদা মমা ওইনা খল্লকই। কাউরুরবা মমাগী মীনুংশি খঙনীং নীংশিংলকই। পুর্নিমা মনেদা অঙাংদু পীরম্লগা মপিদু তৈথোক-তৈথোক্তুনা খাউদু শংদোকপা ইমুংদা চঙখ্রে। চৎখ্রে থরো পুর্নিমানা শংদোক্লকপা খাউদু পায়রগা। অঙকপনি মীওইবা, ভক্তিগী মমাঙদা মুক্তিনা খাঙবা ঙমদে হায়বদু কয়াদা চুমখ্রবা। মৈরি পুদুনা লাকখিবা থরোনি, অদুবু পুর্নিমাগী মীঙোন্দা হায়ঙম তৌঙমদবা মতৌ অমদি নোল্লুকপা ৱাহৈশিংদুনা থরোগী মৈরিদু মুৎথৎপা ঙমখি। থরোসু পুর্নিমাগী নুংশিবা থম্মোয়দু পুদুনা ময়ূমদা অদুমক হনখি।

পুর্নিমা মপুরোইবনা হেক চৎখিবদগী চাবা থকপা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনজৈ মবূক থনবোই-থন্দবোই হোরেনগী হয়েংগী খূৎখাক নাইনা। অদুবু খঙহৌদে মনে থরোনা নুংশিনা পীরম্বা চেঙ-চাক য়েঙ্গাং নাপ্পীশিংদু লোইশিল্লকখিবা। অহিংনি মীৎকপ থোল্লকপদগী তূমশিনবা য়াদ্রে। নোংঙাল্লকপদদি কমদৌবা? কনাদগী হংলুগনি করম্বা দুকান্না খর ফগনি খল্লি। মপুরোইবনা চৎখিবা নুমিৎ মখূৎ থেক্কুনা পাই। নোং ঙাল্লক্লগদি নুমিৎ তরাতরেৎনি শুরবা থাখায় অমদি হেল্লকলেকো। হোয়দা নোংঙাল্লগা থোক্লবা অমা লাকচরনি।

অসুম্না ঙাইহাক ব্রাখল তৌরম্লগা অমুক তূমথখিরম্মী। ঙাইহাক্কী মমঙদা মখোয়গী চাকখুম থুম্মুক মচাদুমা পায়রগা দুকানশিংদগী চেঙ খরদা শোৎখিগে হায়গদবগী কোয়চৎ চৎলম্মী। মীৎকপ খঙথোক-থোল্লকই নোংসু ঙাল্লমলে। পুর্নিমা ইমুংগী থবক লোইশিল্লগা মচাদু পোশিল্লগা মনেনা হায়খিবদু নীংশিংলগা থৌনা লৈনা দুকান চৎকদবগী থোল্লকলে। চৎনা-চৎনা খল্লি,

“ইচে তম্মুগীদি হান্নগী শোৎপগীসু লৈরি ঐবু কনাগীদা চঙসিবা? ইন্দোল শকখিসু মীমাঙ-তুমাঙ খঙদে, মানা ঙাঙনীংবা লৈরমদি য়াখোঙ থূম্না ঙাঙই। ইনে চাওবীদি কমদৌবা? হুম, মাসু কেশোদা লৈয়ু য়াদে ঐবু ইরুং কনমল্লি হায়দুনা য়াম্না শাউখিবনি। হৌজিক ঐগী ফীভম অসিদা চেঙ শোৎখিগে হায়রুবদা শোয়দনা অপেন্নরক্কনি নোক্লরক্কনি মদুদসু নত্তে মচিং লৈবা নুপীনি মাগীদসু ঐ চঙলরোই। অদুদি ইচে তম্মুগীদা পোব তাই। ফরে ইচেনা শাউরক্লবসু থেম্বা হায়বদুনি মাগীনা খর হঙ্গোইদে।”

পুর্নিমা চৎনা-চৎনা দুকান মপুশিংদুগী মবূকচেলশিংদু খনদোক-খনজিন তৌদুনা সুম লাকপনা মচে তম্মুগী দূকান য়ৌরকখি। মহাক য়ুদগীদি থৌনা লৈনা থোল্লককখিবনি। মনে থরোনা হায়রম্বা ব্রাফমদু খূৎলাই ওইনা শীজিন্নরগা। অদুবু দুকান য়ৌরকপদদি থৌনা

অদু মাঙখিরম্মী। ইকাইবনা মমায় মমীৎ ফং-ফং শাগৎলম্মী। হায়গে খন্না লাকখিবা ব্রাদু হায়বা ঙমদে মমঙদা তৌরম্বগুম মচিন্দু কাঙথোকপা ঙম্লমদে। অদুবু মদুম্না খাঙবদি য়ারোইদবনিনা ইকাই-ইকাই মচে তম্মুদা শোন্থাংননা হায়বা হৌরকই। তম্মুসু পুর্নিমাগী মতৌদুদা নুংঙাইরক্লদুনা নুমিৎ খরনিগী চানবা পীরকলে। পুর্নিমাসু মাগী মপোৎ-মরন তোনবদি নত্তবনিনা মচে তম্মুনা নুংশিবীদুনা খর পীরকপদু পুদুনা হরাও-হরাও ময়ূমদা হল্লকলে।

মতম মাসু খাম্বদি য়াদবনিনা অসুম-অসুম হৌজিনখিদুনা মপুরোইনা লাক্কদবা সুপ্নতংগী নুমিৎ হুমনিদা ঙায়রকলে। মহাক হৌজিক-হৌজিক্কী চানবা লৈত্রবসু মপুরোইবনা লাক্কদবা নুমীৎ নকশিল্লকপদুদা নুংঙাইবা পোকই। অদুমওইনমক চাদবদি য়াদবনিনা নুমিৎ হুমনিদু করম্বা দুকান্দগী শোৎলুসিবা খল্লি মমীৎ-মানা উইশিন্দুনা। লম্বী উদে চেঙ চারা অমগী লাকফম। মানা মচিং মশোন লৈ হায়রম্বা চাওবী অমদি য়াখোং থূম্লা-থূম্লা হায় হায়রম্বা শকখি পূম্নমক শোৎতবা য়াওরক্লে। শোৎখিগে হায়বদা হরাওগদবা দুকান লৈতবনিনা দুকান মপুশিংদুসু য়ানীংদ-য়ানীংদনা পীরকখিবা ঙাক্তনি। হান্নগী পিথোক্তনা অমুক শোৎকে হায়রুবদদি ব্রাথী-খোনথী শোয়দনা তারক্লগনি। পুর্নিমাদি মীব্রা তাগদবগী শরুকপুদি কনাদসু করি অমত্তা হায়জরোই হায়বা মীতানি। লুরিবদি য়ূমলোন কৈরোন্নবদগী হংগদবসু মানা ঙাইহাক-ঙাইহাক্কী চেঙ ঙারি থাউ থুম মোরোক হংদবা ইমুং লৈরক্লে অমুক হনজিন্দুনা হংলুগদবদু তশেংনা ইকাই। ইকাইগনুদি হায় অদুবু ইকাইগনু হায়বা য়াদে। ঙসি অহিংসিগীদি চেঙ খর লৈরিবসিনা লেন্নরগে হয়েং নোং-ঙাল্লগা থোকপা থোকপা লাকচরনি।

নোং ঙাল্লে অহিংদো ব্রানা খাংলে। মপুরোইবনা লাক্কদবা সুপ্নতংগী নুমিৎ নীনিখক্তা ঙায়রকলে। পুর্নিমা মপুরোইবনা লাক্কদবা

নুমিৎ মশীং পাবদদা পাশিল্লবা মাগী খুৎশাশিংনি। নুমিৎ নীনিদু মমীৎ উইশিন্দুনা ৱাখল তৌরকই।

"থায়নগী খস্বদি পেরুক্লা চাউম্মী হায়নৈকো। হোয় মদুনা ৱারী ওইরবসু পেরুক্কী কান্নবসি অহলশিংনা হায়বীরম্মী চাক য়াম্না লাম্লক্লবা মতমদা চানা থক্লবা লৈরক্ত্রবদি পেরুক থিদুনা চাও চাক লাম্বগী অৱাবদু কোকহনবা ঙম্বা হীদাক পানবীনি।"

অসুম্না মথং-মথং নীংশিংলকপদগী পুর্নিমা নুমিৎ নীনিগী লেলফম থিরকখিবনি। "ফরে, চেঙ খুয়া অমগী লাকফম লৈত্রবনিনা পেরুক খর চা, খোংক্রম মচেৎ অমা লৈরিবসি চমফূৎ ফূৎলগা খর চা তৌদুনা খাঙলগে।"

মপুরোইবগী থা অমগী খোঙচৎ অদু মঙোন্দদি চহী অমগা চপ মান্নবা শাংখ্রে। পুর্নিমা থুম্মুক মচাদুগা শোরি (হৈজ্রাঙ) পায়রগা লৌবুক মায়গৈ পাংলকলে। কালেন থা লোইখ্রে ইঙা থা ফাওবা থাশিরমদায় য়ৌরকলে অদুবু কুমগী নোং লাকতবনা লৌবুক-লম্ফাং পূম্নমক কালেন অদুমক ওইরি। চীং-পাৎ তুরেলসু কুমগী নোং ঙাইবদা অৱাবা মায়য়োক্লরে। উপাল-ৱাপালশিংসু খৌগংননা খাঙলে। ওল্লাং থাগী মৈরি পুবা নুংশিৎনা য়ৈরকপদা লৌবুক-লম্ফাং পূম্নমক খাঙঙমদদুনা লৈক্রক্কী লৈক্রক ঙাক্তা ঙায়খ্রে। লাওরবা লৈক্রককশিংদুনা অরাকপা জিব পূম্নমক য়োৎশিনখ্রগে মতাগুম মখা কাখৎতুনা ঙাইরিবা মরক অদুদা পুর্নিমাসু থুম্মুক মচা অদুগা নমগী ঙাঙশং ঙাঙলিবা মচা অদুগা পেরুক থিরি। য়েংখি-য়েংখিবা মায়গৈ খূদিংদা অশংবা পানবী অমা ফাওবা পানদোং ফানা হৌবা উদ্রবা লৌবুক-লম্ফাংনি।

পুর্নিমা লোয়জি-লোয়য়া শীন থুংনা পেরুক হৌবরা হায়দুনা য়েংবদা মীৎকী-মীৎলিসু ইচোক চোকশিল্লকলে। অদুম ওইনা য়েংগেদো হায়দুনা য়েংলকপদদি উরকই, লৌরী মথক্তা খুইরুম্নরবা ময়াঙ কংত্রিক-কংলবা পেরুক খর ৱানা নুংশাগী মৈশা খাঙদুনা

হৌরিবদু। খোইরুম্নরবা পেরুক পানবী খর হৌরিবদুগী মনাক্তা চঙশিন দুনা ফুকলুরে, অদুগা অমুক লৈদুনা য়েংলকই। যুম্নক্কী থাদোক্লকপা ষনশিংনা মনাগী শরুক মখৈ মন-মন্দুনা চাথোকপিগ্রবা মচৈদা ঙায়রবা পেরুক খরগা ফুক্লে। পেরুক খর অদু ফংনবা থিরকপদা খঙহৌদে মতম অয়ুক্কী পূং তরা তাশিল্লকলে। পুর্নিমা মখা তানা য়েংগদবসু পেরুক্না হৌবা উদবনে ব্রাবনা তপ তারে।

নৌরিবা মচাগী লব্রায় থক্তুদা অকনবা নুংশাগী মৈশানা খাম্বীনবা লৈতনা য়ৈথরকই। চরা ফাবা-ফাদবা খরদি ফংলবনিনা থুম্মুক মনুংদা থরো-থরো ওল্লিবা খুইরুম্নরবা পেরুক খর অদুগা লৌবুক্তগী কারকলে। নমগী মচা অদুগা তাইনরিবদু হুমাংনা চোৎ-চোৎ লাউরে। মমা-মচাগী শম মরক্তগী চেন্থরকইবা হুমাংনা মমায়-মমীৎশিংসু পূমচোৎ-চোৎলে। হুমাংনা লূপলক্লবা অদুদদি নমগী মচা অদুসু নুংঙাইরক্তদুনা কপকদবগী শূব্ধ-শূব্ধ নৈবা হৌরকই।

নুংশানা কনখৎলকপনে চাক্লা লামশিল্লকপনে পুর্নিমা ব্রাখল লৈতাদে। মচীন্দু অমুক-অমুকসু মপান থোক্লকই।

"ঐবু পেরুক খজিক অসিনবু ঙসিগী চাক চাদনা লেনবা ঙম্লগদ্রা? ঙমদ্রগনা কমদৌবা?" অসুম্না ব্রাখলনা নম্থরদুনা সড়ক মচি অদুদা তূমিন চৎলিঙৈ, অদুক চাউখ্রবা সড়ক অদু চৎফম ইরৈ-লৈত্রবগুম মারুতি অঙাঙবা অমনা পুর্নিমাগী তুংদা তিৎ-তিৎ হায়দুনা কন্না-কন্না খোংলি। পুর্নিমা খঙশাউ-শাউনিংই।

"কনাগী গাড়ীনো অসুক পাক চাউখ্রবা লম্বী অসিদবু, মী উশিৎখিদ্রেদা।" ফীভমদুদা খোয়দৌ থীৎলদুনা হন্না য়েংথোক্লকপদা মানা খ্বাইদগী হৈনদবা কেশো মতৈ-মনাও ওইরমখি। কেশো উবদা য়েমৌবগুম হৈনদ্রবা পুর্নিমা মচি খর লৈশিল্লগা হেনগৎখ্রসনু খন্না লেপ্পী। হেনগৎখিবদি লায়রদনা কেশো পুর্নিমাদা করেম্নবোইনা নোকফেৎনা য়েংলগা হায়রকই,

"কদায় চৎলুরিবনো পুর্নিমা, অঙাং অদুগা নুংশা মরকসিদা। সে কারকও নয়ূম ফাওবা থিনবীরমগে।"

কেশোগী নুপীদো কেশোগী মবূক খঙলমদে ইচম-চমজৈ।

"ইচে কারকও, অঙাং অদুগা নুংঙাইতে, কারকও সে।" হায়দুনা থোঙদু হাংদোকই।

কেশো অমদি রোজেন লৈকাই অমত্তদগীনি। অদুম ওইনা-ওইনা মহৌশাদগী কয়া তিন্নরকতে থেংনরবদি অদুমক কৌনৈ। মাগী-মাগী থম্মোয়নুংদদি মুকখায়নৈ। অমনা-অমবু কয়া উশিংনদে। কেশো মহৌশাদগী পুর্নিমানা মাবু য়াখিদবগী পেন্দবা লৈ। মশক ফজবা রোজেন্দা য়াখিবা কেশো তশেংনা পেনখিদে। মাবু ইকাইবা পীবনি খনখি। নোংমা তানজা চাবা অমদা মাগী নুপীদু পুরগা রোজেন অমদি পুর্নিমাগী মমাঙদা অপেন্নগে হায়না খনখিবসু লৈখি। মদুগী নুমীৎ অদুমক কেশোগী মফমদা থুংলখি। রোজেন য়াওদ্রবসু মানা হেন্না পেন্ননীংলিবদি পুর্নিমাদনি ঙসিদি তানজা অদুমক লাকলে খন্না কেশো পুর্নিমাদা করেম্নবা ৱাঙাঙদু মখা তানা সুম হেনজিল্লকই।

"পুর্নিমা কারকও থিনবীরমগে হায়বনে।"

"ঐ খোঙনা অসুম য়ৌশিল্লগে য়ৌসু য়ৌগদৌরে।"

"নত্তে নঙবু কদায়দা চৎলুরিনো? রোজেনগী ফজবা শক্তুনা চাবা য়াদ্রব্রা? অঙাং অনৌবদুগা নুংশা মরক্তা ফুদিৎ খপ্পুরিরো? হৌজিকপু ফুদিৎ খপফম্বু লৈরিব্রনে?"

পুর্নিমা শ্বাই লাউই, থম্মোয়গী ইন্থল খঙহেন হেল্লকই মমীৎ অদু কেশোদা খাজোক্লা য়েংলগা পেন্না খুম্লকই,

"নথৌ লৈব্রো? ফুদিৎ খপনীংলগা খপকনি, য়েঙ্খাং থিনীংলগা থিগনি, মীরেম নখোয়বু পান্নবীযুদি হায়খিদেনা। নবূক খর থল্লী হায়দুনা মী উশিংত্রিব্রা? মশক অসিগা।"

কেশোগী নুপীদো মখোয় অনীগী অৱায়-অখুম অদুদা মমীৎ-মনা লংখৎলদুনা অমদা-অমুক য়েং অমদা অমুক য়েং তৌদুনা তিংঙক-মায়ঙক্লনা লৈরিঙৈদা, কেশোদো মাগী নুপীগী মমাঙদা ইকাই নুংশি য়ান্নদুনা মাগী মারুতিদু কন্না থৌখ্রে। পুর্নিমা কেশোগী মতৌদো নোকসু-নোকনীংই, মী উশিৎলমদবগী হায়রগনা শাউনীংই। অসুম্না শাউনীং-শাউনীং লাকপদা ময়ূম য়ৌরকলে। ময়ূম য়ৌরকপগা হুমাংনা লূপলবা মচা অদু থারগা নহোং মচি অদুনা মচাগী হকচাংদা নুংশিৎ লাক্লবা উরু-উরু লৈদুনা অঙ্গীংবা নুংশিৎ কৌরি। পুর্নিমা ঙাইহাক মচাদু ঈংহল্লবা মতুংদা মমাই মমীৎ অদু তৈথোকপিরগা খোল্লাং ইনবীরে। মচা খোল্লাং ইন্না-ইন্না খল্লি,

"ঙসিগা হয়েংগা চাদবদা ঐ ফীভম কয়া তাররোই। ঙরাং নুমিদাংদা পূক থনখিদবনা ঙসি য়ৌরকপদদি চহী অমা চাক চারক্তবগা চপ মাননৈ মসিদবু পেরুক খরসি চারগা খাঙবা ঐ ঙমগনি হায়বা থাজদে। অদুদি কমদৌবা? হুম, ঐ পঙথদুনা লৈথোকপা য়াদরে। ইচে তম্মুগী দুকান্দা চৎলগে মানা থীনা হায়রক্লবসু ঐ তাথোকপা তাই। ঐ শিবা য়াদরি। ইচে তম্মুদা হায়জবা য়াবা হায়জরগে ঙসিগা হয়েংগদা চানবা পীবীখো।"

পুর্নিমা ৱাখল অদুগা ইরোয়ননা মচাদু অমুক পোশিল্লে। অদুগা পেরুক্তু চাকখুম মচিদা হৈদোক্লম্লগা থুম্মুক মচাদু পায়রগা দুকান তম্না লাক্লে। খর লাপলিঙৈদগী উরকই, অঙাঙবা মারুতি অমা খামলিবদু তম্মুগী দুকান মমাঙদা।

"মসিগী অঙাঙবা মারুতিসিবু তা কেশোগী মারুতিদু নৎত্রনে? মানি-মানি ঙশাইগী খোঙচৎ অদুনি। মাগী নুপীসে গাড়ী মনুংদা য়াওরি। অস! দাও হেক য়াগদবা মানদেবো? ওহ্বোক্লা তনজখ্রেদা, মাদি তম্মুগী দুকানসিদগী করি লৈরিবা? বোরা শাফমসিদা ঙাইহাক লৈশিল্লগে মা চৎখ্রগা কোন্না চঙলগে।"

তম্মুগী দুকান্দগী কেশোগা তোমচাগা থোকখরে। পুর্নিমা অশাংবা শ্বর অমা হোনদোক্লগা কেশোনা গাড়ী থৌরগা চৎখিবদু ঙাইরি। কেশো চৎখরে গাড়ীদু থৌরগা, পুর্নিমা চনীং শ্বর তারে। অদুবু মচে তম্মুদু নাহলমখৈগা ইমান মান্নদে, কেশোনা চৎখ্রবা মতুংদা তোমচাদু তম্মুগী দুকান্দ হনজিন্দুনা চঙখি। তোমচাদু তম্মুদা করি হায়রুরবনো খঙদে, তম্মু মচিং হৌরকই।

"হে তোমচা হৌজিকমক থুনা পীরোলাও। নঙগী হান্নগীমকসু পীদদুনা থৌনবদা ইকাইবা খঙদ্রবা নঙনা হৌজিকসু অমুক শেন য়াওদনা, ঐ মচিং লাক্কনি থুনা পীজরো। কেশোনা পীগদবা লৈরবদুদা নঙনা গব-সব তৌরদনা, হে ঙসিদি শোৎপগা য়ারোই নয়ৃমদা লাক্লগা থৌরদৌনি খঙজৌ।"

তোমচাদু তম্মুনা হায়রিবদু থৌ-ৱা কয়া শাদনা উই মচীন্দদি খুম্মী, "পীরগে-পীরগে হেক পাখৎপসিনা।"

অসুম্না তম্মুগা তোমচাগা শ্বর শঙগৎনরিঙৈ নুপী মৌনহা অমসু ঙশাইদগী দুকান মচিদুদা লেপতুনা লৈবা উই। মদুসু তপনা-তপনা চঙশিনখ্রে। পুর্নিমা মদুসু লোইবা ঙাইদুনা মী হাঙবা ঙাইরগে খল্লে। পুর্নিমানা নাথুপতুনা খাঙলিবা বোরা শাফম শঙশাং পরেং অদুগা তম্মুগী দুকানগা লাপনদে ঙাঙনবা হায়নবা লোয়না তানৈ। চঙশিনখিবা নুপী অদুনা অমুক করি হায়রুরবনো খঙদে তম্মু মনা পায়বা য়াদবমখৈ শাউখ্রে।

"করিনো? ঙসিগী নুমীৎ অসিবো? হৌজিক্তা ঐনা তোমচাদা ঙাঙখিবদুবু নঙবু তাহৌদ্রো? নখোয় ইমুংনা য়াম্না ৱাবা ইমুংসু নত্তে, করিগীনো নখোয়না শোৎপা অসুক পামলিবসিবু। ঐ নঙোন্দা করি অমত্তা পীবা ঙম্লরোই শেন য়াওদবগী থবকসে ঐ তৌররোই, চৎলো-চৎলো কনাদগীনো হংলুরো। ঙসি অসিবু করি নুমিৎ ওইরবনো? অয়ুক ঙন্তাদগী দুকান হেক হাংবদগী বাক্সি অসিদা লুপা অমা ফাওবা

তাদরি। কান্নদে থোঙ লোল্লগা চঙখিবনা ফগদৌরি। ধুপ থাওমৈ থাদুনা তাইরেন পুংফাই হায়দোক্লবদি য়ারোইদৌরী। ঙসিসে মতা অমনি শ্বর পৃংফম য়েংলগা থোক্লকপা হায়বদুনি।”

তম্মু সুম হায়না-হায়না থোঙ লোনবা হৌব্রে। পুর্নিমা করম্না মমায় লৈরগা চৎখিবনো খঙহৌদে য়াম্না থুনা মযূম য়ৌরকখি। নমদা তূমলিবা মচাদু নীংথিনা থারগা তূমহল্লে অদুগা ঙশাইগী পেরুক খরদু মৈ হৌগৎলগা ফূৎলে, খোংক্রম মচেৎ অমা লৈরিবদুসু ফূৎচিল্লে। অদুগা চেঙফুদা খাক্তবা য়াদবগী খাকখিবা চেঙ খুয়ামুক্তু ঙারি মতৎ খর লৈবদুগা চগেম ওইনা থোংলে। পেরুক অফূৎপদু ঈংহল্লিঙৈদা চগেমদু মুনবোই-মুন্দবোই পূখমদা হৈদোক্লগা মচিদগী কামক-কামদুনা চাবা হৌরকই। চমফূৎ অদুসু ঈংনবা পূখম অমদা হৈদোক্তুনা থমলে। চগেম খরদু মহাউ খঙদনা লোইশিনখ্রে মবূক্তুদি করি অমত্তা য়াওদবগুম তৌরি। পুর্নিমা পেরুক অফূৎপগী মহীদুসু থকচিল্লে মপং অদুসু লোইনা চাশিল্লে চমফূৎ অদুসু লোইনমক চাশিল্লে মদুদদা হাউবা-হাউতবা মবূক্তু খর থনজরে চাক লাম্বগী অব্রাবদু খর শাফরকলে।

পুর্নিমা মবূক খর থল্লকপদুদা ঙশাইগী নুপী অমা মচে তম্মুনা করি অমত্তা পীখিদবদু নীংশিংলকই। মহাক অদুবু কমদৌরমগদবা নুংঙাইখিদ্রেদা চারা হেল্লম্লদরা? মাগীমকসু চানবা লৈতদুনা ব্রারিঙৈ মীগী অমুকসু ব্রাবি। ব্রাইরু পুবীনা দোল্লাই তোংবীগীদমক ব্রাবি হায়বদুমক হেক থোকই। পুর্নিমা ঙাইহাক পঙথরুবা তুংদা মপামদা চৎলগা চারা অনী অহুম অদুদি হংলুরগে খল্লকই। ইমুংগী চাইরম্বা ময়ামদু লোইশিল্লম্লগা মচাদু অমুক পোশিল্লে অদুগা মপাম মায়গৈ পাংলক্লে। মবূক্তী হামবোই-হামবোইরি। চাক য়াওদনা মহী মনাইনা থনবা পূক্লীনা। চৎনা-চৎনা খল্লি,

“মতম অমদা ঐ, ইমা-ইপাগী মায়োক্তা শীংনদুনা লেপখি। অদুগা ঙসিনা ইনথোকপিরম্লবা মফম অদুদা চানবা লৈতবদগী চারা

নিবা চৎলিবনিকো? হুম! ঐগী খোঙথাং অসিবু চুমলিব্রা? চুমদে হায়রগনা কমদৌবা? নিঙঙোল ওইবীশিংসিবু ময়ূম পানখ্রবা মতুংদা মপামদগী করি অমত্তা হংনদবা হায়নদবরনে? হোয়দা য়াওরমগনিদা ঐগুম্না মপামদগী হংবা মীসু।"

পুর্নিমা করিগুম্বা মতমদা মানা লৈশারিঙৈগী ৱারী অদু কৈদৌঙৈদসু নীংশিংলুবা খক লৈখিদে। অদুবু ঙসিদি হৌখ্রবা ৱারীশিংদু মথং-মথং নীংশিংলকই।

"ইমানা হায়বা য়াও, নঙ অঙাং নৎত্রবনি পুর্নিমা। নঙনা পৎ-তৎনা নুংশিজরিবা নিপা অদুগী ইমুংনা নঙবু পামদে হায়বসি ঐ তারবনি। মাবু ওক্তে শিংদে হায়বগীসু নত্তে। নিপাদো ফৈ হায়বসু তারে মশক্তগী মতৌদগী ৱাৎতে হায়নৈ। অদুবু ইবেম্মা ইমুংদো য়াম্না লায়রবা মাল্লী। ঐখোয়নসু লায়রবনিনা ননীং থুংহনবা ঙমদে মীগী ময়ূমদুদসু লায়রবগী মৈচাক খাঙলুগদবদো ইমা পামদেকো নঙনা ৱাবা ইমা য়েংবা ঙমলোই। কেশোগী ইমুংনসু নঙবু পামজবনা হায়বদা কান্নদে ইমুং অসিদা লৈরবদি নখূৎতা হামদুনা চাগদৌরীবনি। হায়বিদে হায়নি, শকনা চাবা য়াবা নত্তেকো পুর্নিমা।"

"করিগীনো ইমানা কেশোগী ৱা হায়বা য়াম্না পামলিসিবু। ঐ ঙমলোইকো ৱা মখা তাজরুনু চোপচনি, কেশোগী মরন কয়াম চারুরগে?"

"কয়াদনোনে সিবো? ইমানা হায়রিসি তুংগী ফনবনি খনদেনেসে। ইমুংনা পামদবা হায়বসে লৈবদা নুংঙাইতবনি ৱাদি লৌগদবা নিপানা য়ারিদবু হায়শাবা মদুনা ওইবা য়ারক্তবনি পুর্নিমা। নপা য়াম্না শাউরিবনি মখোয়না ঐখোয়দগী করি হেল্লদনা ইচাবু পামজদেকাসু হায় হায়দুনা মনা পায়বা য়াদরিবনি মদু খঙউ। ফরে-ফরে ঐ মখা তানা হায়ররোই, অদুগা নঙ 'সিমদি খঙউ হয়েং ইমুংনা পামদে হায়দুনা তোঙান চারো হায়দুনা খূবাক ময়িগা ইনথোক্লবদি

নখোয় করম্না হিংগনি। মতমদুদা লৈতে হায়দুনা নপামদা লাক্লগা লৈতবগী পারোন থারবদি য়ারোই। ইমুংসিনগা হৌজিক-হৌজিক্কীমকসু চানবা লৈতদুনা খূনীনং খূমাঙ থোৎলগা খাঙলি। মসিদা ঙমগনি হায়দুনা চৎখ্রগা চানবা লৈরক্তবদগী ঙাইহাক্তা লৈতনা নপামদা লাক্লগা তোরোৎ-খরানরবা ইমা পামদেকো। মদু খঙনা নয়ূম পাল্লু। চৎনিদো হায়দুনা ঐখোয়গী ব্রা তাদনা চৎখ্রবদি চরা হেল্লবসু উপ্তুনা খাঙউ। ইমা অমুক হন্না নঙোন্দা ব্রা হায়ররোই। নঙনা সিনা ফগনি হায়বদু খল্লগা তৌজরো। তৌবতবু মীনা উশিৎহন্দবদি য়ারোই।"

"হায়জরোইয়ে, ঐখোয়সু ইখূৎ পাল্লি ইখোঙ পাল্লি। লায়ররবসু শূরগা চাগনি পাখৎপিরুনু নখোয়দগী করিগুম্বা অমত্তা হেক হংলরোই করিসু ব্রারুনু।" পুর্নিমা চৎলম্বদগী চপ লেপ্পী। মমীৎলু অনীদগী পিরাং শীন্থরকই।

"ঐবু হনখ্রসিরা? নৎত্রগা চঙলুখিসিরা? ঐ ইকাইবা খঙদবী হায়বদু নৎত্রিব্রা? ঐগী খোঙথাং অসিবু লানদ্রিব্রা?" পুর্নিমা সড়ক লময়াঙ অদুদা লেপখিবা খোঙফম অদু খজিক ফাওবা লেঙবা ঙমখিদে। হনখ্রসি কদায় চঙশিনসি কদায় পল্লেপফম খঙদনা লেপলি। নুংশিরবা মমীৎ অনী অদুসু পিনা থূমহৎলদুনা।

অচৌবা সড়কনি, মীনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি। চৎলিবা মীয়ামদু মহাক কনা উদে। অদুবু মীওইশিংদুনদি মঙোন্দা মুন্না-মুন্না য়েংলম-য়েংলম্লগা চৎনখি। মদুসু মহাক ইকাইহৌরুদে পিনা থূল্লবা মমীৎ অনীদু মপাম মায়গৈরোমদা মীৎয়েং শান্না য়েংথোকখি।

উরকখি, মপামগী থোঙ্গালদা হৌহৌবা লাইওইরবা সনা খোংনাংদু পি মরক অদুদা মমি শাম্না। মবূক্লীং খঙনুং নুংশিরকই, নীংশিংলকই লৈশারিঙৈ মতমদো। রোজেনগী পোৎথাফমনি খোংনাং মখোঙদো। পিদা লূপলবা মমীৎ অনীদু সনাখোঙনাং অদুদা য়েংলগা হায়রকই।

"হে লাইওইরবা সনাখোঙনাং নঙবু উরগা চঙশিনবা ঙমদনা সড়ক লময়াঙদা লেপলিবা ঐসে, মতম অমদা নঙগী নরুম থূপনা চেন-চোংনা শান্নজরম্বা পুর্নিমাদুনি। করিগীনো ঙসিদি ঐবু উরগা নঙনা শকখঙদ্রিবা অমগুম তৃমিন য়েংদুনা লৈরিবা? ঐবু খঙদ্রব্রা? হায়য়ু নঙ মহৌশাগুম ঐগী ইতেং পাংলরোইদ্রা? ঙসিদি ঐ পাম্মুবা মাগী মকাদা অৱাবা নংলে, ঐ ৱাশক কায়রে ইমাগী মফমদা মায়থীরে। পোকপদগী শাগোন্নরক্লবা পোক্লফম নখোয়না ঐবু ঙসিদি লম্লানবী অমগুম উরদুনা ঐবু ইন্থোকপিরে। ও! অঙাং ওইরিবঁ পুন্সিদো কল্লকইকো হৌজিক্তদা।"

পুর্নিমাখোই মপামগী থোঙ্গালদা সড়ক্কা তাইনবদা মতা চানা হৌবা সনাখোংনাং পান্বীনি। পুর্নিমা খোংনাং অদু উবদা থূপচিল্লুরবা ৱারীশিংদুনা নৌহৌননা নীংশিংহল্লি। নুংশিদ্রা? নিঙঙোলগী মপোক, মসিমক্লনি নিঙঙোলশিংবু য়ূম্লাক শাগৈ ওল্লমদাই; অঙম-অঙম্বা অওং-অউনগা লোয়ননা মপুরোইবগী মকাদা নুংশি-নুংশিনা থিনবীখিবা। নিঙঙোল ওইবীশিংনা মপাম লমদমগা কায়নরমদাই মীৎকুপতা থিংবা ঙমদনা শীন্থখিবা পিরাংশিং ঙসিদি কয়াদা অর্থ চেল্লম্লবা। খন্দুনা য়েংশি, মপামগী ইমুং অদুদগী হেক মখোঙ থাংদোকখিবা নুমিৎ অদুদগী লৈরুরিবা ইমুং অদুনা ৱারে ৱাজবা, নুংঙাইরে নুংঙাইজবা, নিঙঙোলগী মপোকনি। পীকলিবঁ উচেক মপীনা মচাশিংবু পূন্না মচীঞ্জাক ইনবী, পাইবা হৈনবা তম্বী। পাইবা হৈরক্লবা মতমদা মপী-মপাবু থাদোক্লম্লগা মাগী-মাগী কায়দোংফম তোঙান-তোঙানখিবগুম, নিঙঙোলশিংসু উচেক্কা পাঙ্খকনি হায়বদা হায়মনবা থোকলোই। পুরকখি মতম মানা অমুক কায়নবা অমুক উনবা। অঙাং ওইরিবঁ অসুম্না হিংলক্কনি হায়বা থাজরুদে। পোকমিন্নবা মচীন-মনাও, মমা-মপাগা কায়নরক্কনি হায়বসু খল্লুদে। পুর্নিমা মৌপ্পা তোন্দোনবগা পৃখম অমত্তদা মুন্ন-মুন্না চামিন্নখিবদো ঙরাংদা ওইরবোই

নীংই। অদুবু য়ূক্লাক শাগৈ হোংখিবা নুমিৎ অদুদগী মপাম লমদমগা করিগুম্বা পল অমনা থৎপগুম, চঙশিনবা ঙমদনা লৈরকখিবনি। হৌজিক ব্রাখলনা অমা খন, পূক্লীংনা অমা হায়, পল্লেপফম খঙদনা লেপলিবী মহাকসে লৈকায় অসিগী নিঙঙোলনি।

হৃন্দক্তি পুর্নিমা ব্রাশক অমগা লোয়নরকপা মাল্লি। পল্লেপফম খঙদনা লৈরম্বদগী মখোঙদো মপাম মায়গৈরোমদা তপনা-তপনা থাংজিনবা হৌরকই। থম্মোয়নুংদা খল্লিবা ব্রাখলদু চীন্বান য়ৌরকখি।

"লাক্লবনিনা য়ৌদদি য়ৌশিল্লুরগে? করম লেল্লিদসু য়েংলুরগে। চহী কুমজা অমা মপূং ফারকলে, ইপাম মায়গৈরোমদা খোঙ্গুল তারকখিদবা।"

অসুম্না পুর্নিমা মপিদু তৈথোক-তৈথোক্তুনা খোঙথাংদু খর থুগৎতুনা লাকই। মহী-মনাইনা থলহনখ্রবা মবূক অদু নুমিদাংৱাইরম য়ৌরকপদুদদি মবুক্তু হামচৎ-হাম্বোইনবদু অসুম-অসুম হেল্লকই। চৎলিবদু মানদি থুবগুম খল্লি, মঙমদি ইপাঙ পাঙদে। মরাক ময়ুং হাইরিঙৈ ময়ূমদু পাক্লা য়ৌশিনবা ঙমদে। মীওইবা খূদিংমকসে করিগুম্বা পান্দম অমগী মখা পোন্না থবক পাঙথোক্লে। পুর্নিমাসু পান্দম অমগী মখাদনি চৎলিবদু, হোরেনদি পূক থন্না চানবা পুরকলগনি হায়বগী ব্রাখল অদু পুদুনা চৎলিবনি। খঙহৌদে, ঙশাই লাপনা মমি শাম্না পি মরক্তুদা উখিবা লাইওইরবা খোংনাং পানবী অদুগী মখোঙ য়ৌরকখিবা। মীৎকুপ অমত্তসু পন্থদুনা থম্মোয়গী ওইবা ৱারী খরদসু হায়নীংই। খোংনাং অদুদা,

"হে নুংশিরবা সনা-খোংনাং ঐনা ঙসি চাকনিবা অমা ওইনা লাকপগীরা নঙনা ঐবু উরগা হৈনদবা নতৌ উৎলিবা? হায়য়ু নঙ তশেংনা ঐবু হৈনদ্রব্রা? হৈনরমলোই ঐ খঙই, নুংঙাইয়ু তল্লমদ্রবা লাইবকসি উবদা শোয়দনা হৈনরমলোই। ঐ, ব্রাশক পূম্নমক থুগায়দুনা ইকাই-ইকি ৱাংমা লান্না লাক্লবনি সুপ্নতংগী চারা খরগীদমক।"

পুর্নিমা ব্রাহৈ অদুদা য়াওরকপা পিদু খোংনাং মখোঙ অদুদা খিকথরক্লগা চঙলকলে। মখোয়গী খজিক হাংলিবা থোঙ অদু খর ঈল্লগা লাওনা হাংদোকলে, অদুগা য়ুময়াইদা চপ লেপতুনা মমীৎ অদু কোয়না য়েংলি। কনা উদে পুর্নিমা, মানা হংলুগে খন্না লাকলিবদুগা মী অমত্তা উদবদুদা মবূক্লীং নুংশিরকই। মপা মংলেমসু চঙদুম-পাঙদুম ওই ঙাইহাক তূমথরুরমাল্লে। মঙ-ওই, হা-ওই মী অমা চঙলকখিবগুম তৌখি খন্দুনা মমীৎ পাঙথোক্লকপদা মচা পুর্নিমানা য়ুময়ায়দা মবূক্লীং নুংশিনা লেপলম্বদু উরকই। ইথা থাজদনা কুইনা উরুদ্রবা মচা পুর্নিমানা লাক্তুনা লৈরম্বদুদা মপা মংলেমসু মবূক্লীং নুংশিরকই। পূকচেল চেৎপী মচাদো য়ূমসিদা খোঙ্গুল তারক্লরোইদ্রা খনদুনা নীংঙমদনা লৈরম্বা মপানি। পূম্নমক অসিগী মথক্তসু কনা অমত্তনা মংলেম নঙবু নশা নুংঙাইত্রব্রা হায়না হংবীনবা লৈত্রবা মপানি, মদোম ব্রারৌজবা পেনজদবা থম্মোয়নি। অদুবু মংলেম নুংশিরবা মচাবু চহী অমা হেন্না উরক্ত্রবা মীৎসনা অনীদুনা মচাগী শক্তমদু ইখঙ-খঙহৌদনা উরকপা অদুদদি হরাওবনা ঙমখৈ লৈরমদে। পুর্নিমা মপানা নাদুনা লৈরম্বদুদা মবূক্লীং হেন্না নুংশিরকখি। মপা মচামক মরমদি মান্নদে পিরাংদি শীন্থনরী।

"করিগী কপলিবনো, ইপা করিসু তৌরোইয়ে নুপীমচা। নঙনা নুমিদাংব্রাইরম অসিদা হোবে-হোবে লাকলিবু করিগীনো? ঈ নৌরিঙৈ হায়বসিদি নুংশিৎ নুংশা মরক্তা চৎথোকপা ফত্তবনি নঙদুম নারক্তনা তোক্কনি।" মপা মঙলেম ব্রাহৈ খরদু হায়নবা হোৎনবদা খৌনাও অদু কংখিবা মাল্লি, লোক কন্না খূরকই। মপাগী ওইরমলিবা ফীভম অদুদা পুর্নিমাগী পিদো ঈচেল কনখৎলকই। মাগী তায়য়োন্নরবা খোঙথাং অদুগীসু কপনীংই। পূম্নমক খল্লুরগা পুর্নিমা মমীৎ পাঙনা-পাঙনা মঙ মঙলকখি।

"ঐগী পূক্লীং ব্রাখল পূম্নমক থূপচিন্দুনা থমখ্রগে কনা অমত্তা খঙহল্লরোই। কপখ্ররোই ঐসু অব্রাবা পূম্বা খাঙলগে থম্মোয়সি থেমদুনা।"

তানজা অদুদা তোম্দোনবসু মপাগী হীদাক লৈরুবা হল্লকখি। তোম্দোনবা হীদাক্তু মপাদা পীরগা মচেদা ওনশিন্দুনা হরাওনা হায়রকই।

"ইচে লাকপা কয়াম কুইরগে? নঙ লাকপা য়াদরি হায়বদায়নে? করিগী কপলিবনো ইচে। অঙাংদু থারগা ফকসিদা ফম্মু ইচে।" তোম্দোনবা মচেগী মায়থোংদু উরুবদা মাগী শকফম খঙহল হনজিনখিরম্মী। থম্মোয় ফূক্লা কপলুরবা মচে পুর্নিমাসু মায়থোংদু খঙলোৎ লোৎপা য়াদে। কপলরোই খনখ্রবা মাগী থম্মোয়দো থেম্বদি কন্না হোৎনরি। পুর্নিমা মৌপ্পাগী খঙহন-হনজিনখ্রবা শকফম অদুদা য়েংলগা হায়রকই।

"তোম্দোনবা কনানা হায়রিবা? ইচে য়াদুনা লাকলিবসিদি।"

পুর্নিমা অসুম হায়না-হায়না হেন্না শীন্থরকই মাগী পিদো। করম্নদি কপনীংলোইদগে মাগী চারা অনীদুগীদি লায়রদনা কুইনা উরক্রবা মপা অমদি মৌপ্পাগী নুংশিবনা মাগী থম্মোয়দো অসুম-অসুম পুনশিল্লকখি। পোকপদগী চষী তরানিপাল চূপনা লৈরম্লবা নিঙঙোল কাগী ইহাঙ-হাঙলবা অচিকপা অদু উরুরে, নুংওল্লি। মানা মাঙ্গোল হেক কারকপগা নুংশিরবা মমাবু কৌদুনা ও খোংনা কপনীংখিবনি। লোয়ননা নিঙঙোল ওইবীশিংনা অহানবা মপাম কূল্লকপদা অথুম-অহাও খরদসু লৈদুনা পুনৈ। অদু পূম্নমক মাগীদি কদায়? মহাক হরাও নুংঙাইবগী অদুক লাকখিবা নত্তে। খোঙথাং অমদনি মানা থাংলাকখিবদো, পূম্নমক নীংশিংলুরগা মাগী পিদো খাম্বা ঙমখিদবনি।

"নুপীমচা তোকওনে নঙবো ইপা করিসু তৌরোইনে। ঈ নৌরিবৈঁদা কপ্পদি য়াম্না ফত্তে হায়নবনি নকোক্তু চিকপনা লোয়রনি। নঙনা অদুম্না তৌরবদি নৌপ্পাদুসু নুংঙাইররোই তোকও-তোকও।" অসুম্না মচা পুর্নিমাবু থেম্ন-থেম্না মাসু মপিদু তৈথোকই। মংলেম করি-করিগুম্বা মতমদা নিপাগী থম্মোয় ওইদুনসু মবূক্লীং নুংশিরকপা মতাংদা

কপথোকখিবসু য়াওখি। মহাক পাখ্রানি মনীং-মমাঙ হোবা য়ূম্বাননি। পুর্নিমাগী মমাসু খঙহৌদনা লোকখু অমুক্তা ফুনদুনা ঈ ওরগা লায়কন্নবা ঙমদনা লৈখিদবনি। পুর্নিমা মপাগী লোকখু অদু ব্রাদবা ঙমদে। অব্রাৎপদনা থল্লবা মপামগীসু ব্রায় অদুগা মাগী পুক্সি মহিং অদুগীসু ব্রায়। অদুবু পুর্নিমা ওইরকলিবা ফীভম অদুদা কন্দবা য়াদে খন্না অকনবা শাদুনা হায়রকই।

"তোন্দোনবা বাজিগী হীদাক্তী শুনা লৈরকপরা?"

"হীদাক মশীং শুনা লৈনবা শেন লৈতদুনা লোক খূবা ফনবতা লৈরকই।"

"হোয়দা, লোক খূবা ফনবসি থক্লগা ফজরক্কনিদা। লোক খূবসিদা ব্রাবগী ব্রাখকনি, য়াম কন্না নাবদি নত্তেদা।"

"বাজিবু নাবা কয়াম কুইরগে? ডাক্তরনা করি হায়রিনো?"

"ডাক্তরগী ব্রাদি হীদাকশিংসে চারগা য়েংখিসি মদুদা ফত্তবা তারবদি ঈসু, ঈশিংসু, লোকসু তেস তৌরগা য়েংসি সিনিদনা। ইপাসু হীপনীংদবনা লোইরবনি হৌগৎতুনা চেন্নীংলবনি। নাবদি কুইরবনি নঙগী ষষ্ঠি পুজা নংনবা ইপানা ঙমজবা খর অওং-অউন তম্বীগে খনবনি অদুবু থোক নাশিল্লকই। মদুদগী ইপাসু লাকপা ঙমখিদবনি। ইপাদা নাবা ফখিগে অদুগা নঙগী ইপানা অঙম্বা খরদসু পীরক্কনি নুপীমচা। ইপানা নঙগী ননাক্তা লাকখিদবগী ব্রারৌগনু।" মপা মংলেমগী ব্রাহে অদুদা পুর্নিমা কংলুরবা পিদু কুমগী নোং লাকপগুম অমুক নৌহৌরকই।

"বাজি ঐগী অউনপোৎ অদুদি থম্বু থমখ্রো বাজিনা নারবনিনা কদায়দগী চারিবনো? ইচেগী তোন্দোনবা নঙদি নবূক থল্লম্লরোইকো?" পুর্নিমা, ব্রাহে খর অদুদা তাইনদুনা পেন্না কপ্পী।

"ইচে ঐ পূক থন্না চারিয়ে করিগী থল্লোইদগে।" তোন্দোনবসু মচেগা কপ্পী।

"নুপীমচা ইপা শিবমক্তী নত্তেদনা করিগী নৌপ্পাবু মবূক থন্না পীজরোইদগে? ইপানা নাবা ফরগা লোয়না শিংগনি করিসু খল্লুগনু ইচাসিদি। নঙদুম চৎনবা তৌরো, ইপা করিসু তৌরোই। অঙাং অদুগা থেঙখ্রগা নুংঙাইরোই, নুংশিৎ নুংশা মরকসিদা চৎনবা তৌরো নুপীমচা।"

পুর্নিমাগী মীকপ অদুদা, মপা অমদি তোন্দোনবসু, নুংগী ওইবা ৱারী কয়া য়াওরি হায়বসি খঙলমদে। মাগী থিংবা ঙমদ্রবা অফোংবগী পিদুগী মনুংদা অরোনবা অৱাবগী পি অদুসু থৌনা ফনা চেন্থরকখি। পুর্নিমা মচীন অদুনা কাঙথোক্লম্লরোই খনখ্রবনিনা অদুমক থুপচিন্দুনা থম্লগা মচা অদু পোশিন্দুনা চৎকদবগী হৌগৎলকলে।

"তোন্দোনবা ইচেগী ইবুংঙো নঙ ৱারবসু ৱানা বাজিগী মনাক্তগী চৎথোক্কনুকো। চাক ঙস্তানা থোংলগা বাজিবু চাক অশাবদু খর পীজনবা হোৎনৌকো তোন্দোনবা। ইচেদি অমুক চৎলগে।"

"চাক থোংগদবা নুমিদাংগী চেঙবু লৈতরি।" তোন্দোনবা মচে লৈ হায়বা ভাব ওইহৌদবনি। পুর্নিমা মৌপ্পাগী ৱাদু তাবদা মখোঙ থাংবা থোক্তে মানা লৈদুনা সে হায়না পীবসু ঙমদবনিনা পিরাং শীন্থবা নত্তনা উপায় লৈখিদে। তোন্দোনবা মচেগী শীন্থরকইবা পিদু য়েংলগা মাসু মথৱায় নুংঙাইতে কপনীং-কপনীংনা হায়রকই উপায় লৈতনা।

"ইচে নিংঙোলনা মপামদা লাক্লগা কপহৈদে হায়বদায়নে? নঙ কপকনু ইচে ঐ নুংঙাইতেয়ে। নঙনা কপ্পদো ঐসু কপনীংই ইচে।"

"কনানা হায়রিবনো তোন্দোনবা, করিগী কপ্পা য়ারোইদগে। ইচে কপনীংই নখোয়বু নুমিদাং কদায়দগী চেঙনা চাগদৌরীনো হা?

"অদুগী ওইরে ইচানা কপলিববো? লৈ-লৈ লৌফম লৈ। মখা থংবগী ননেনা চেঙ খর লৌখিবদু লৌশিল্লুরগা লোইরে। ইপা লৈরিসিদি।"

পুর্নিমা মপাদা অমুক ওনশিল্লগা, "ঐ বাজিগী চানবা করি অমত্তা পুরক্তে অদুবু নোংমা লাক্কে তানজা চাবা নুমিৎ অমদা চাবা য়াবা করি করিনো পুরগা।"

"নঙনা পুরক্কুনসু ইপা চাবা য়াদরী, ইচিনসি ইখা-খারি। চৎনবা তৌরো থেঙখিনি, নঙবু রোজেন্না লৌবীরগদ্রনে?"

"মা লৈতে লাংফৈ চৎখি।" অতেনবা পাউখুমনি।

"কদায়দা? করি লমদা? করি শূবা চৎখিবা? কয়াম কুইরবা?

"তিপাইমুক থাঙলোন অশোমদনি হায়রম্মী। চীং কল্লগা লম্বী শেম্বনিসু হায়বগুম তৌই।"

"ফৈ-ফৈ তন্দনা চৎলিবদো য়াম ফরবনি। অদু নঙবু নথন্তা লৈবদু কিবরনে ইচাবো?"

"কিদেদা বাজি লৈকাই পাল্লিবু করিগী কিগদোইনো?"

"হোয়-হোয় কিফমবুদি থোক্তে। অদু নঙগী চানা থক্লবদি থম্লম্বা নৎত্রো?" পুর্নিমা ঙাইহাকতং তিংঙাক মায়ঙকনৈ।

"হোয় থমলম্মী বাজি। ঐ চৎলগে, তোন্দোনবা ইচে চৎলগে।"

"হোয় ইচে খর তোয়না লাকউকো।"

"ঙাইখোনে নঙবু মখা থংবগী ইনেনা চেঙ লৈতে হায়রক্লবদি কমদৌবা?"

"চেঙফুদা চেঙ খরদি লৈরি। মদু থোংলগা লোইরে।"

পুর্নিমা মৌপ্পাগী ব্রাদু তাবদা থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম চৈনা ফাওরকই। পীনীংই মৌপ্পা অদুদা লুপা চামরি-চামঙা সিনা বাজিগী হীদাক লৈনৌ, সিনা চেঙ ব্রান্নৌ। অদুবু করিদি উপায় লৈ, তাবদা ব্রারবা অচাকপা ব্রারীদু পুরগা ঙশাই লাকখিবা লম্বী অদুদা অমুক হল্লকলে। পুর্নিমা মৌপ্পা অমদি মপাগী মমাঙদা অকনবা শাখিবনি। অদুবু সড়ক য়ৌরকপা মতম অদুদদি মমীৎ অদু তন্দল পাইরকই। মখোঙ অদুসু চোকথরকপগুম তৌরকই। চৎতবদি য়াদে অসুম্না ব্রান-ব্রানা

মরাক ময়ুং হাই-হাইদুনা লাকপদা নুংশিরবা মপাম লমদমদো তামহৌরে। মীৎকুপ খরগী মমাঙদদি ব্রাজখিবনি মপা অমদি মৌপ্পাগীদমক। অদুবু খর লাপল্লক্লবা মতম অসিদদি মপামগী অব্রাবা অদু লায়রবগী মৈনা ঙম্নমক চাকথেকখ্রমাল্লে মীৎকুপ অমত্তসু চোন্থনা খন্থরুবা ঙমখিদে। কয়াদা কনখ্রবা লায়রবগী মৈশানো।

অদুক পাক-চাউখ্রবা লম্বী অদো মথন্তা চৎপদা থুংই। খন্দবসু ঙমদে, "হোরেনসু চারুবরোইকো? অহিং অসিবু করম্না লেল্লসিবা!" সুম খন্না লাকপদা পুর্নিমা হুমাং অকুপ্পী কারকই। মকোক্তুদা সনজীং অমনা ননথরকপগুম খোঙথাংদো মঙম চৎতে। অদুবু সন্ধ্যা য়াচঙবগী ধুপ থাওমৈগী নুংশিরবা মরক অদুদা ব্রান-ব্রানা লাকপনা মখোয়গী লায়রা খাঙপোক অদু উচিন-নাচিন্না য়ৌশিল্লকলে। ইনাক-খুনবা তরানা লায়রবা অমা শৌগৎপা ঙমদে হায়বদু হৌজিক-হৌজিকমক পুর্নিমাগী মফমদা থোক্লরে।

সন্ধ্যা য়াচঙবনি কনাদগী করি হংলুগনি উপায় লৈতে। চেঙ খূয়া অমগী লাকফম লৈতে। অহিং অদু ঈশিং থক-থক্তুনা খাঙবা নত্তনা করি উপায় লৈ। নোং ঙাল্লকলে পুর্নিমা ব্রাবদদি তপ তারে, অদুবু মপুরোইবনা লাক্কনি থারম্বা নুমিৎনি। রোজেন মহৌশাদগী ওইদবা ব্রা ঙাঙদে শোয়দনা লাক্কনি হায়বসিনি পুর্নিমানা খনজরিবসি। মহাক হৌগৎতুনা চৎপদা চপ চানা ব্রারে হীপতুনা লৈনীংই। অদুবু মপুরোইবনা লাক্কনি থারম্বা নুমিৎনিনা তূমশিনবা য়াদে খন্না অব্রাবা অদু কাওথোকপা তমদুনা খাঙলি। ব্রাবা হেনমল্লকপদগী মওন-মওন খল্লকই। কদায়দগী ব্রাখলনো খঙদে। চাওবগী নুপীনা মৈনীং কূমলিঙৈদু খঙনীং নীংশিংলকই, "ইবেম্মা চাশিল্লু-চাশিল্লু চাদনা কনবা হৌনদে, চারগা নপাঙ্গলদু কনগদৌরীবনি। য়েক্রম অসিগা চাগেরা ঙাগা চাগেরা নঙনা অপাম্বা অমগা চারো।"

“মীগীদি মনেম্নসু মকুনসু কয়াদা লুনা চান্না তৌরিবা। মদুগীসু মথক্তা মমানসু, পূম্নমক্নসু লুনা তৌই। পোকপদা ঙায়রিবা মচাদুসু লৌবিগদবগী নাওরোইবী কয়ানি লৈরীবা। ঐগী ইচানা লৌবীনবা কনা লৈতনা ইমা ইচাদা তরক-তরক, মপোকসে থীমনখ্রে। ঐগীদি ইমাসু লৈত্রবা মসিগীসু মথক্তা ইনেম্নসু ইকুনসু মচাবু ইনাকখুনবা নুপী লৌ হায়রগা য়াদে হায়দুনা ইনথোকপিরে। ঐবু পামদরিবনি হায়দুনা হন্না ফাওবা য়েংবীরক্ত্রে মসিবু ঐগী ইরাল্লা?”

পুর্নিমা অসুম খন্না মচাদু পল্লগা ইমুংগী থোঙজীন মপান্দা ফক থাদুনা মচাদু খোল্লাং ইল্লি। খঙহৌদে মতম অয়ুক্কী পূং মাপন মখায় তারকলে। মখোয়গী য়ূমথংনবা সুমিতাখোয়গী চাকশঙদা মথন মথন চাক থাংলক্তুনা চাগদবগী মরাঙ-মরাঙই। সুমিতাখোয়গী য়ূম্না ময়ামগী খ্বাইগী মমাঙ চৎখৎলগা শাই। পুর্নিমাখোয়না লৈরিবদি মমাঙ শঙ্গোইগী নমবোনদা পাকখল অমা খন্থরগা লৈবনি। সুমিতাখোয়গী চাকশঙগা পুর্নিমাগী পাকখল অদুগা মায়য়োকনৈ। তৌবতবু য়ূম অনীদুগী মরক্তা লম্বী অমদি চাউনা লৈ। সুমিতাখোয়গী চাকশঙগী নোংচুপ ওনবা থোঙদু হাইদোকপদা পুর্নিমাখোয় থোঙদুগা মপা চাননৈ। ইমুংগী থোঙজিন ময়াদা ফমলিবা পুর্নিমাবুদি কনানসু উদে। মানদি ময়াম চারিবদু শেংনমক উদ্রবসু ঙাঙনবা-শক্লবা পূম্নমক্তুদি শেংনা তাবা ফংই। সুমিতাখোয়গী থোঙদু হাংদোক্লবদি মখোয় লোইনমক উবা ফংগদবনি। মখোয় ময়ামদু চাবা হৌরকলে।

“ইনাওবীখোয় য়েঙ্খাংসিদি য়াম্না হাওইনে। ঙা অয়াইবগা খামেন অশীনবগা থোংবা ওইরমাল্লে য়াম্নবু হাউরমখ্রে।”

“ইনম্মখোয়সু অসুক হাউরিসিদি। কংলায়েনগা য়োংচাক মরূ অকংবগা ওইরমাল্লে কংমেৎ তৌরিসিনা ইনম্মা।”

“মানি-মানি নখোয় তামোচৌগীদি, কংলায়েনসু হাপচিন্বা য়োংচাকসু হাপচিন্বা অদুগা মহী পঙয়াম য়ামহন্দনা কংমেৎ ওই করিওই

তৌবীবা অদুগা চমফুৎ অমা ফূৎপিবা লোইরে ইবেম্মা পামজবসি। ঙাইখো ইচল তোম্বীগীসিনা করি য়েঙ্খাংনো?"

"ঐখোয়দি কোবী ইচম চম্না থোংবনিদা।"

"ঙা অঙৌবসু য়াওরিনে, হাউনি-হাউনি অঙাংশা চাশিল্লু চাক য়েঙ্খাং য়াম্না লৈরিকো।"

পুর্নিমা ময়াম্না ঙাঙনরিবদু তারুরগা অরাম খৌরাংবগী হুমাং কাংলিবা মাঙোন্দদি হৌনবগুম থোক্লরে, নুংগী অৱাবদু ঈশিংনা থেম্বা ঙল্লক্লে। অদুবু চানীংবগী গু-গু খোংলিবা মবূক্তু খ্বাংচেৎ কন্না শেৎশিল্লগা অরাম খৌরাংবদু ফাথনবা কন্না হোৎনজরি। ঙা থোংবগী মহাউ কাউখ্রবা লৈতোন অদুনা মখোয়গী অহাউবা মথেল ময়ামশিংদু থোইনা মীতারুদে। মাগী হায়ববু অচম্বা য়েঙ্খাং খরগা চাক খরগবু লৈরবদি য়ারে অসিনি মানা খনজরিবা। চানীংবনা ঙাওরবা মবূক অদুদা মথন্তা চৈজে।

"চানা থক্লবনা লৈত-লৈরক্লবদি পূকনুং অসিসুনে চানীংবনা খোইরেন মশা হেক্তা পাল্লি। ঐবু কমদৌসিবা? মখোয় ময়াম্না চারিবসিদা ঐসু চাক চখোম অমা অনীদসু হুপলুসিরনে ঐবো? ইকাই-ইকি হুনদোক্লুনা চাখোম অমা অনীদসু হুপলুরবদি ঐনা ৱারিবসি খরদি ফগনিকো। ঐবু ইকাইবা খঙদে হায়নখিগদ্রা। হুম, ঐ চাবা য়াদে, মখোয়দগীনি ঐনা চেঙ পূরগা চাখিবদো। মখোয়শিংগী মরক্তা কেশোগী মীসু য়াওরি, ইমানা মমৌ ওইনীংজবা মনিসনাগী মীসু য়াওরি। হৌজিক ঐগী ওইরিবা ফীভম অসিদা মখোয়গী মরক্তা হেক চঙলুবদা ঐবু হয়েং তুংগী মীরোলশিংনা ফাওবা ৱারীনহৌরগনি। ঐ খাঙবা তাই, হে পূক নঙসু খিৎ তপথৌবা।"

অসুম্না মীগী চাকখোম খূদিংগা মাগী পিগা ওন্নরী। অরাম খৌরাংবনা খাঙঙমদ্রবা থম্মোয় অদু হন্দক্তি খাঙদুনা লৈবা ঙল্লক্লদুনা ৱাশক অমগা লোয়নরকই, "ইকাইবনা শিবা হৌনদে, ঐ হেক্তা চাবা য়াওরুরগে।"

পুর্নিমা মচাদু মথাদা চেৎনা কোল্লগা পোশিন্নবা হৌগৎলকই। হামচৎ-হামবোইনরবা হকচাংদুদা থোংলিবা ফিশিংদু তগোম-তগোম্মী। অদুবু মচাদু নমদা হাইগৎলগা পোশিল্লে। অদুগা ফনেক অদু কন্না শেৎচিল্লে খ্বাং অদুদা খ্বাংচেৎ কন্না লাকশিল্লে, অপাবা ইনফি অদুনা মচাদু কোনশিল্লগা খোঙকাপ অমা-অনী থাংবা হৌরকপদা ময়াম চারম্বদু লোইশিনখ্রে।

লাইবক থীবনি পুর্নিমা, থাংদোকলুবা খোঙফমদু অমুক হনজিল্লকপা তাখি। হকচাংনা হাইরং-হাইরং হান্নগী ফমফম অদুদা অমুক নৌহৌননা ফমথরকলে। মনাক্তা লৈরিবা ঈশিংদু থাংগক্তুনা থক্লগা মপুরোইবনা চঙলক্কদবা মায়গৈ অদুদা মমীৎ কুপতবা মখৈ য়েংলি। পুর্নিমাগী পিদো থৌনা ফৈ, চানীং-থকনীংবনা ঙাওরবা থব্রায়দো থেমজিনবীবদি লায়রদনা পি মানা হৌদুনা হেক্তা মপান থোক্লকই। মীগী চাখোম উরগা য়োৎখিবা মাগী তিনদো অঙকপনি। অদুবু উপায় লৈখিদে, খনখিবা ব্রাখল অদো খজিক ফাওবা পাঙথোক্লম্বা ঙমদনা লেনবা তাখি। পীকলিবা মচা অদুদি মমা চারা হেল্লে থক্কনু হায়বা য়াদে। অঙাংনিনা ঈশিং অমুক চৎখিবগা খোমলাং অমুক থকপা হায়বসি অঙাংগী হৌনশানি। পুর্নিমা মচাদু মথাদা ওন্থরগা খোম্লাং ইনবিরি। মচানা খোমজিংবদুদা নাবনা চিক-চিক লাউরকই। খল্লি মহাক্লা মাগী খোম্লাংদু অমৃত ওইনা থোক্লক্লম্লরোই ঈ ওইনা থোক্লম্লনি।

“ইমাগী নুংশিবা নঙবু খোম্লাং চিংবসে ঙাইহাক্তদি লেপখোবা? ইমাগী খোম্লাংসে ঈ ওইনা থোকপরা য়েংখিগেকো।” সুম হায়না-হায়না পুর্নিমাগী মীৎলুদগী শীন্থরকইবা পিদুনা মথাদা পমলিবা মচা অদুসু চোৎলমখি। মচাগী মচীন্দগী খোম্লাংদু শৎতোক্তুনা খজিক মেৎলগা য়েংই। অদুবু লাইবক থীবনি ঈসু থোকতে খোম্লাংসু থোক্লক্তে। পুর্নিমা থব্রায় ব্রাবগী চাং-ব্রাংখৎলকই। মপুরোইবগী

লৈফমদু উনবা খূনীং কাঙদুনা য়েংনীংই, তানবসু য়াম্না হৌনা কৌনীংই। মচাদুসু মচীন্দগী খোল্লাংদু শৎতোকখিবদুদা থেম্বা ঙমদনা কপলকই। উপায় লৈতে পুর্নিমা অমুক ইনশিল্লি মচাগী মচিন্দা। মতমসে ফনদি থেঙজিল্লকলে, রোজেনদি লাকপা কৌবা লৈতে। পুর্নিমানদি খল্লি, "মচীন থীবা নিপা নত্তে থেঙলবসু থেঙনা শোয়দনা লাক্কনি। মানা হেক লাকপগা পূক থন্না চাগনি। অদুবু লাক্কদবা মান্ন-মান্না লাক্তে। করিগুম্বা নুমিৎ তাবা ফাওবা মহাক লাক্তবা তারবদি ইমা ইচাদি কমদৌবা? চাদা থক্তবগী খৌগংলবা থৱায় অসিবু ঈশিং খক্তনা থেমদুনা হয়েং ফাওবা ঙাইখো হায়বা য়াখিগদ্রা?"

পুর্নিমা থৱায় ৱাবগী চাং অসুম হেনগৎলকই। হেন্না হেন্না খল্লকই, খন্না-খন্না মপুরোইবা ঙাইনা-ঙাইনা নুমিৎসু তাশিল্লকখি। লাঙক্তনরবা পুর্নিমাগী ৱাখলনি, "ঙসিগী অহিং অসিমদি ইমা ইচা তূমখিবদগী কনানা খঙগনি হৌগৎলকখিদবা। তম্বা ঙমদবা পুন্সি খোঙচৎসে, তম্বা ঙমদনা অসুম্মক লৈহৌরগনিকো? হুম! ঐ শিবা য়াদরি ইচা পীকলি। অদুবু মীওইবা চাদ্রবদি শি হায়বসিবু অশেংবা নত্তব্রনে? মানি চাদ্রবদি শি অদুদি ঐ ইমাখোয়দা চঙলগা চারা অমসিদি হংলুবনা চুমলোইদ্রা? ইমানসু বাজিনসু ঐবু নুংশিবীদ্রবসু ইচল লৈরি ইনাও লৈরি ঐখোয় কৈদৌনুংদসু তৎনবা য়ারোই। অহল অনীনা মবূক পেনদবগী মতম খর শাউজরবসু মখোয়গীসু মচানি মমৌনি মখোয়নবু কয়াম কুইনা ওইনদুনা লৈবা ঙমগনি। নুংশিরবা মশুনা চাওরক্লবা মতমদবু মশু অসিবু হন্না য়েংদবা ঙমগদ্রা? ঙমলোই ঙমফমসু থোক্তে, অদুদি ঐ চঙলগা হেক্তা হায়রুরগে। চেঙ মেরুক অনীখক্তা লৌখিগে। মসি ফাওবদি মখোয়সু য়াফম থোকই।"

অসুম্না পুর্নিমা খনবা য়াবা খল্লবা তুংদা মনেম মকুগী মনাক্তা ইকাই হঙ্গোইনা চঙলকই। ইমুংদো কন্না লাউনরি পুর্নিমা মাঙ্গোল কাখৎতরি, ইমুংদা লাউনরীবদু ঙাইহাক ইচুম তাফম অদুদা লেপলগা তরি।

"মমা, নচা নুপাসু লৈবা উদে লাংফৈ চৎখি হায়না তাই। মৌদুবু করি চারি করম লেল্লি হায়বদু অমুক্তদি য়েংবীরুবনা চুমগনিদা ঐখোয়বো। মচানগা অনৌবা চেনবনে পূমইন ইন্থোকপসি চুমদবা মাল্লি, ব্রাখল খর খনবদি ফৈদা।"

"করি? করি হায়বা মখোয় পাবুংগী ব্রাদুবো? য়েংলুরোই হংলুরোই খর ব্রাসনু মসি থোক্কনি হায়দুনা ঐনা কয়ারকনো হায়খিবা। মখোয়গী করি চারি হায়না হংলুরগা ঐখোয়নবু করি পীনিঙাই লৈবগে? থবক শূরুই শেন পীরক্তে করিনো তৌদোইসিবো? হৌজিক নুমিদাংগীবু চেঙ লৈবীরবরো নচা ময়ামসি ঙসি অহিংসিদি চারা হেনবা শোয়দ্রবনি হৌজিক য়াচঙলকপসিদা কনাদগীনো ঐনা চেঙ হংলুগদবা। অঙাংশিংসিদি চাবদনি পাংলিবা। মখোয়শিংসিগী মহৈ তম্নববু হোৎনগদ্রা মবূক থন্নববু হোৎনগদ্রা ঙমজদ্রে খ্বাঙসে তেক্লবনি তেক্লবা। মহৈ তমলিবা নচাশিংদা করম্না থবক শূরুসি হায়রুগনি। ঐনা খ্বাইদগী শাউনীংলিবদি নচা অহল শাবসিদনি। ইনাক খুনবা নুপী লৌ য়াদবা অনম কনবা নচাসে ব্রাসনু। ইমুংনা লায়রবনীনা মাবু করিসু খাইবা ঙমদে খর কোমজনবা হায়বদবু য়াবা কৌবা লৈতবনিনা ঐ খঙদে মখোয়গী ব্রা।"

পুর্নিমা ঙাঙনরিবদু তাবদা ইখং-খংই, য়াম থুনা মাগী ময়ূমদুদা চঙলকই। উপায় লৈতে অহিং লেন্নবা। ঈশিং খর কল্লগা থক্লগা মচাদু কোল্লগা তূমশিনবা থেন্নগে খন্না ঈশিং কনবা চাকখুমদা চঙলকই। অদুবু চৎলিবদো শৎ তিংখৎলগা চৎপা ঙমদে। শ্বর অদু তৎখিবগুম তৌরকই। হকচাংদা খর নপতুনা লৈরীবা শ্বর অদু খোঙথাং খূদিংগী খর-খর নান্থখিবগুমসু তৌরকই। মথাদা মচাসু কোল্লি, থাদোক্লবা য়াদে মচাগা খোল্লাংগা। পোকপদগী মবূক ফনা পোক্লকপা অঙাংনি, অদুবু হৌজিক্তি মবূক থন্দবগীরা করিগীনো খঙদে খজিক্তা লেঙলুবা য়াদে কপ্পনা থেন্বা ঙমদে। ঈশিংদু ব্রানা চৎলগা কল্লুরে অদুগা ফম্মাংদা

থল্লগা মচাদু কোল্লগা তূমশিনবা থেম্মী। মচুম থোক্কবা খোল্লাংদু চিংবদা মচাদু ব্বারব্রা খঙদে তূমিন লৈখ্রে। কপসু কপখিদরে তূমলিব্রা ব্বান্থরিব্রা খঙদে। পুর্নিমাসু অমরোমদা অমুক ওল্লগা ব্বারিবদু ফগদ্রা খন্দুনা ওল্লি। মদুসু চপ মান্নে, অমুক লোংনা হীপ্পী শ্বরদু তৎখ্রবোই নীংই, অমুক চেপতুনা য়েংই মদুসু চনীং-চমাঙ শম্লদে। উপতুনা লৈরগা খর ফগদ্রা য়েংই, অদুসু নমগী শরক্কু মাগী হকচাং নত্তবগুম তৌরকই। মখোঙ মখূৎতুসু ইপঙ-পঙশিলকই। পুর্নিমা হকচাং পূম্বা ইচোক চোকথরকপা হৌরকই। মখোঙ পাল্লি-মখূৎ পাল্লি হায়বা খঙলক্তবগুম অঙ্গীংবা হুমাংনা হকচাংদু নপ-নপ লাউরকই। মচাদুনা তূমিন লৈখিবদু থব্বায় ব্বারকই মানা ব্বারিবদুগুম অব্বাবা মায়য়োক্লদুনা মচাদু ব্বান্থরীব্রা হায়দুনা য়েংই। করি থোইদোকপা মিন্থনদি কায়দবগুম তৌই ব্বাবগী তূমখিবা ওইরম্লনি খল্লি। পুর্নিমা ব্বাবা হেননমল্লকপদুদা ব্বাখল অমা খঙলাক লাকই। মপানা নোংমা হায়খিবদু নীংশিংলকখি। মপানা নহা ওইরিঙৈদা লাংফৈ চৎখিবগী ব্বারীনি।

"ভাই চাক্তী ফজনা লামলে কমদৌসিবা ইবাননিবো?"

"হোয়নে চাবা য়াবা মনা মশীংসু লৈতে য়ৌগদবদি য়াম্লা ব্বাৎলি। ভাই ঈশিং য়াওখিবা নৎত্রা?"

"ঈশিংদি য়াওরি।"

"লৈবাক অফবা খর ঈশিং অদুদা থীৎচিল্লগা মীৎ-না উইশিং দুনা থকচিনখ্রবদি নুমীদাংব্বাইরম ফাওবা চাক চাদ্রবসু খাঙবা ঙম্বনি ঐদি তোয়না তৌরবনি ভাই।"

"মদুবু ফরমগদ্রনে?"

"খঙদে ভাই ফবা ফত্তবদি পূক্তি ফজনা খাঙই।"

পুর্নিমা মপাগী ব্বারীদু মপানা তৌখিবদুমক য়েংলগে খল্লকলে।

"ফরে ঙসি অহিং অসিমা লৈবাক থীৎলগা থকচিল্লগা খাঙলগে। মা ঙসি য়ৌরকপা নংদ্রগসু হয়েংদি শোয়দনা য়ৌরক্কনিদনা

মহাক্না লাকপা ফাওবদং খাঙবা ঙম্নবা লৈবাক অসি থীৎলগা থকচিল্লগা খাঙবা হায়বদুনি।" অসুম্না পুর্নিমা খল্লিবা ৱাখলদু থবক ওইনা পাঙথোক্লবা হৌগৎলকপদা মকোক্তু উরু-উরু লৈরকই, মমীৎ তনদল পাইরকই। অদুবু খনখিবা ৱাখল অদুদি পাঙথোক্তবা য়াদে খন্না চাকখুম মচিদগী লৈপাক খর থাঙনা তৌথোক্লগা ঈশিংগা থীৎলগা থকচিল্লে। শিনীংদবগী থকপনি লৈবাক অথীৎপনবু কয়াম্না হাউরুনি। চাক-য়েঙ্খাংগুম হাউবদি নত্তবনিনা লৈবাক অথীৎপদু তেংগোৎ অমা থকচিন্নবা হোৎনবদা ওগে-ওগে তৌই। অদুবু নমফু-হাফুদা তেংগোৎ অদুমদি লোইনবা মীৎ-না উইশিন্দুনা থকচিনখরে।

পুর্নিমা শিদদি শিররোই খন্দুনা ফমুং কাখৎলগা মচা কোন্দুনা তুম্বা থেম্মী। হৌজিক মমা মচাগী ওইরিবা ফীভমদুগা থাউ কংলবা মাগী পূদোন অদুগা খেন্নদে। শাহুম খরদা কল্লুবদা মুৎকদবগী ঙাইরিবা পূদোননি। পুর্নিমাসুনি, হৌজিক ওইরিবা ফীভম অদুদগী ঈশিং অমুক্তা চৎখিবদা মখোঙ অমুক্তা হামখিবদা হকচাংদা খজিক নপতুনা লৈরিবা শ্বর অদু লোইখিবা য়ানা লৈরবনি। ফমুং মথক্তা য়াতারিবা মশামক অশিবা মীরা নৎত্রগা হিংলিবা মীরা খঙদবগুম তৌরকই। অসুম্না থোক-থোক ওল্লম্বদগী ৱারমাল্লে তুমথ্রে। পুর্নিমাগী থৱায়না অপীকপা মচা অদু হুন্দোক্লম্লগা চৎখিবা ঙমদ্রদুনা চারা নিবা ইমুং-ইমুংদা চৎলি।

শোমদা মপা মংলেম নাবা ফত্তরিবা ফাওবা তোন্দোনবগী মমান্নবা ইনাওচাগা তুমিন্নসি হায়দুনা তোন্দোনবা ইনাওচাগা নুমিদাং নুমিৎ খূদিংগী তুম্মিন্নে।

"তোন্দোনবা-তোন্দোনবা, থোঙ হাংউ ইচে লাকইয়ে। করিগীনো অসুক ঙল্লিঙৈদবু তুমলিবদু হৌগৎলউ থোঙসে অমুক্তা হাংলখো। পুর্নিমা মৌপ্পা অদু কৌবা তামল্লক্তবদুদা থোঙদু দং-দং থীল্লগা অমুকসু কৌই, তোন্দোনবা ইচে লাকইয়ে থোঙসি অমুক্তা হাংলো।"

"হুম! ইচেনিনে, করিগীনো অহিং অসিদা লাকইবসিবো? ইবাইগা খৎনরকলব্রা? ইচে লাকএ হাংলগে।"

"করিগীনো অসুক ঙন্না তূমলিদি।"

"ইচে হৌজিক ঙনদ্রবনি, নঙবু কিদরো অহিংসিদা নথন্তা লাকলিসিবো। নোংসু কন্না চুরি অঙাংদুসু লোইনা চোৎলম্লনি সে অঙাংদু থারকউ ফি হান্না হোংলুখো।"

"তোন্দোনবা ইচে ফি হোংবা লায়রি ঐখোয়বু চাক লৈখিব্রা ইচে চাক লাম্বনা লোইরে চাক লৈরবদি খরদা চাখিগেবা। ইচেবু চাক খজিক্তদি পীজৌবা তোন্দোনবা।"

"ইচে চাক লৈখি খরদা নৎত্রবসু নবূক থন্না চাখো। ইচে নঙ, য়াম্নসু ময়েং তারে করিগী চাক চাদরিবনো ইবাইগা খৎনবগীরা?"

"ইচেগী তোন্দোনবা চাক হান্না থিরকউ ইচে চাদবনা শ্বরসে হোনবা ঙমশিল্লকত্রে। নবাইদো লাংফৈ চৎখিবদগী হল্লক্ত্রে। মা ঐবু কাউখ্রমাল্লে।" তোন্দোনবা মচেগী চাক থিগে হায়দুনা চফু উইয়ানদু হাংদোক্তুনা য়েংলুবদদি চাক য়েঙ্খাংদু খজিক ফাওবা লৈরমদ্রে।

"ইচেনা চাক লাম্বদগী শ্বর ফাওবা হোনবা ঙমদরে হায়রি অদুগা চাক য়েঙ্খাংদি অমত্তা লৈরমদ্রে ঐবু কমদৌসিবা। হুম ইচেসে য়াম্না ফীভম চাদনা উরে কুচু কুমেনসু তাইফেৎ তারে। ঐ মাবু চাক পীজদবা য়াদে। অদুদি চাক প্রপ-প্রপ থোংগৎলগে।

"করি তৌরে তোন্দোনবা চাক থিরক্রুবদি। করিগীনো নঙনা মুরূম-মুরূম শোল্লিবো? নমীৎতা ঈরা চেল্লদুনা নঙনা তৌরিবদুবু করিনো চাক লৈরমদ্রব্রা?"

"ইচে কুইরোই থুনা লোইরক্কনি ব্বারবসু ব্বানা ঙাইহাক্তা ঙাইবীয়ুকো ইচে।"

"মফম অসিদসু চাখোম অমা ফাওবা চানিঙাই লৈত্রবকো। ঐ চাদনা হনখিবা তারব্রা। হুম, ঐ চৎলগে নবাই লাক্লম্লনি নঙগী চাক্তো

ইচে নোংমা লাক্লগা চাররগে তোন্দোনবা ইচে চৎলে। নবাই ঐবু ঙাইরম্লনিয়ে।"

"ইচে, চৎখিগনো চাক লোইরক্লগনিয়ে। নোংসু কন্না চুরি চাক চারগা ঐ থিনবীগে ইচে চৎখিগনো। ইবাই লাকখিরোইয়ে নুমিদাংনে, ইচে-ইচে ঙাইখোও ইচে।"

"তোন্দোনবা-তোন্দোনবা নমীৎ পাঙলো নঙবু জ্ঞান তারব্রা?" ইনাওচানা তোন্দোনববু হৌদোকই।

"ইবুংঙো, ইনাওচা মশাদু নোম্লগা হৌদোকউ।"

"নমঙদা করি তৌরম্লগে নঙনা ইচে কৌরগা অদুক কন্না কপলকইবো।"

"হৌজিক্কীদুবু মঙ! মঙনিকো? ইচেদো করি তৌরবনো ঙসিগী মঙসে নুংঙাইখিদ্রেদা। ইনাওচা পূং কয়া তাপ্রে নঙ খঙব্রা?"

তোন্দোনবা মমঙ ওইরবসু মা তশেংনা কপনীংই মবূক্লীং নুংশি মচেগী মায়গৈ য়েংদুনা ৱাখল খল্লি। মপা মংলেমদি তূম্বগা তূমদবগা তূমদবনা নম্লবা মপানিনা পুলিস স্তেসনদগী য়ৈরকপা কাংশিগী মখোল বজারদগী য়ৈরকপা কাংশিগী খোঞ্জেল অহিংগা ওইবনা ময়েক শেংনা তায়। মচাগী মিপাইবা মতৌদুদা হায়রকই।

"পূং অহুম তাখরে, নমঙদা করি তৌরম্বনো? মঙ নুংঙাইত্রবদি মোন্দু মথক মখা ওস্থোক্লরগা অমুক তূমথবা য়াব্রা য়েংউ তোনতোনবা।

"বাজি ঐগী মঙদো মওং অমনি, ঐ হৌজিকমক ইচেগী মনাক্তা চৎকনি। ইচেদো করিনো অমদি তৌরমগদবা মাল্লি। চেঙ য়েঞ্ছাং ঙা চাক অরৈবা খর পুরগা ঐ চৎলুগে বাজি।"

"ঙাইখো-ঙাইখো হাথু-হাথুখিনু ঙাইহাক লৈরবদি নোং ঙাল্লকলগনি অদুগা চৎলু। মতম্লগা ফত্তবনে নোংনগা তাদবা কুইরবগী অমুক্তং হৈথরগে হায়দুনা অঙকপা ফংনা পাইশিল্লকইবা, নোংসিগা ঙাইহাক্তং ইরাং য়েংখো।"

"ঐনা পোৎ চৈ য়োমলিঙৈদা নোং অদুম ঙানজরক্লনি হৌগৎলো ইনাওচা ইবানি চৎসি। ঐ লৈফম খণ্ডদরে ইচেগী মনাক্তা প্রপ-প্রপ চৎনীংই।" তোম্দোনবা অহিং ওইরবসু কিহৌরুদে মাগী মঙদো তশেংনা মঙনি হায়নীংদে। ইমুংগী অরৈবা খর য়োমশিল্লে অদুগা মপান্দা থোক্কুনা নোং ঙাল্লকদবা কয়াম ৱাৎলি য়েংলি। মশা মংলেমসু ঙাইহাক্তং তূমথরুবদুদা মচা পুর্নিমানা মরমদি খঙদনা য়াম্না ৱারৌনা মনাক্তা লাক্লগা কপলম্মী। পূম্নমক্কু নীংশিংলুরগা চীম্বান থোক্লা হায়রকই।

"ইচাদো খঙদেনে অৱাবা তারব্রা? পূকচেল চেংশী লেপখিবা হোংদবী ইচানি। মচু কয়ানা তিল্লবা সংসার অসিদগী মানা খনজখিবনি অপাম্বা মচু, কৈদৌনুংদসু ৱারবসু ৱায় হায়রক্লরোইদ্রবা ইচানি। তোম্দোনবা নোং ঙাল্লক্লবদি চৎলো-চৎলো করি-করি পুবা য়াবা পুরো।"

"হোয় বাজি নোং ঙালথোক্লক্লে চৎলগে।" তোম্দোনবা নোংঙানবা ঙাইঙমদে মচেগী মনাক্তা চৎনীংবনা নোং ঙাল্লমগুম নীংই। তোম্দোনবা অমদি ইনাওচা ময়োমদু পুরগা মচেগী মনাক্তা চেনবোই চৎপোই হোবে-হোবে লাকই। নুংশিৎনা হু-হু ঙংলদুনা কন্না শীৎলি। মখোয় অনী অকনবা নুংশিৎ অদুগা মায়য়োক্লনা লাকই। অমুবা নোংগী মপৈশিংসু নুংশিৎকী মতুং ইন্নরি। নোং কন্না চুরক্কদবা মাল্লি। মীপূম খূদিংসু হরাওনরী। কুমগী নোং লাক্লনি অৱা মৈশা কোক্লনি। পোম্বী চেক্লাশিংসু হরাওনরি নোং-নুংশিৎ লাকপদুদা মথন-মথন মরাঙ-মরাঙই। তোম্দোনবগী মঙগা চান্নরকপা অদুদা মখক্তা ফাওবা ঙক্কবা ঙল্লমদে। মহাক অমদি ইনাওচা মচেগী য়ুম য়ৌরক্লে। ঙাইঙমদে মখোয় অনীমক অফিং-অফাইনি।

"ইচে-ইচে থোঙ হাংউ, ইনাওচাগা ইবানী লাকইয়ে।" পুর্নিমা ফমুং থক্তা অশিবগুম তিংদম্না তারি। মৌপ্পা তোম্দোনবনা কৌবদু তাদি

তায়, অদুবু হৌগৎতুনা থোঙদু হাংলুবা ঙমদে। মখোয় অনী তানবা খুম্বসু ঙমদে। খুমদি খুন্মী অদুবু মৌপ্বা অনীনা তাদে। তোন্দোনবা মচেদগী পাউখুম ফংলকত্রবদা থব্রায় ব্রাবগী চাং হেনগৎলক্কুনা থোঙদু নমখায়রন্মী। মখোয় অনী ফমুং তম্না চেনশিল্লি মচেগী শক্তমদু মুন্না য়েংই।

“ইচে-ইচে নঙ করি তৌরে হা।” পাখৎনা হংই।

পুর্নিমা মৌপ্বা অনীগী শক্তমদু উবদা হান্না ঙাইদুনা লৈরবা মাগী পিদুনদি পাউখুম পীরি। মহাক শ্বর হোল্লি হায়বতা মঙায়, পাঙ্গল য়াওদে।

“ইচে করিসু তৌদে চাক চাদবগী ব্রাবনি।” মানা থানুংদা হায়রিবদু মখোয় অনীনা তাদে। ইনাওচা, তোন্দোনবা মচেদগী পাউখুম ফংদে, পিরাংখক্তি উই। মখোয় অনী মচেগী ফীভমদু উবদা ব্রা মখা তাদ্রে চাক হান্না প্রপ-প্রপ থোঙগৎলি। তোন্দোনবগী ব্রাখলদদি মচেদো শিরম্লগনি খল্লুবনি। মচেনা মব্রা মরীনমক ঙাঙবা ঙমজদ্রবসু কনবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈরি খন্দুনা কপনা-কপনা পাখৎপাগা লোয়ননা থোংলিবা চাকনি। তোন্দোনবা অমদি ইনাওচা মচেগী ওইরমলিবা ফীভম অদুদা থম্মোয় কায়খি।

পুর্নিমা মৌপ্বা অনীনা লাক্লগা হোৎনররিবা অদুদা অঙকপা পোকই। মব্রা-মরীন ঙাঙদে মৌপ্বা অনীনা তৌরিবদু য়েংলগা শীন্থরকইবা পিদুসু অঙকপনি।

তোন্দোনবগা ইনাওচাগনা থোঙলিবা চাক্কু মখোয় অনী চঙদুনা থোংলবনিনা থুনা লোয়রক্লে। তোন্দোনবনা মচেবু মচীন ময়া শেংদোকহল্লি। ইনাওচানা চাকতু পুখমদা পানা থিরগা থুনা ইংনবা শনদোকই। তোন্দোনবা মচেবু ঙাকপিরি অদুগা ইনাওচানা চাক্কু থাংদোক্লক্লগা ফমুংদা পুশিল্লগা চাক পীজনবা হোৎনরি। পুর্নিমা তায়ফেৎ তারবা শকফম পাঙ্গল য়াওদ্রবা হকচাং অদুনা মৌপ্বা অনীনা

পীজনীংনা থোংলিবা চাক্তু চাবা হৌরকলে।

পুর্নিমা চাক চানা-চানা থম্মোয়নুংদা হংলি।

"নখোয় অনীবু কনানা হায়বগীনো নখোয়না ইনাক্তা লাক্লিবসিবু? অঙাং অনী অদুদি পুর্নিমানা হংলিবদু তাদে, খঙদে মচেগী শীন্থরকইবা পিদুখক উই। তোন্দোনবা মচেগী পিদু উবদা থম্মোয়দো পুবা ঙমদে। মখোয় অনীসু কপ্পী।

"ইচে কপ্পা লায়রি চাক্তু হান্না চাখো। ইচে নঙ নবূক কনমল্লি করিগীনো নঙনা নথন্তা চারা হেনদুনা শিজগে থৌরাংলম্মিবা। ঐখোয় লৈরি হায়বা কাউব্রা? পীকলিবা নচাসি নুংশিদ্রা? চাক চানা-চানা কপহৈদে হায়নৈ কপকনু নবূক থন্নবা হান্না চাখো।" তোন্দোনবা মচেদদি কপকনু হায়, অদুবু মখোয় অনীসু মপিদু খাম্বা ঙমদে।

"ইচেগী তোন্দোনবা ইচেসু খঙই। অদুবু ইচেগী শীন্থরকইবা পিসি চাক চারি পি নঙ শিন্থরকখিনু হায়বা য়াদে। পি মাসু চাক মাবু উনীংবা মাল্লি। চারা কয়ারক শুরকলে, নচে ঐনা চাক মশক উরক্ত্রিবা। অদুবু তোন্দোনবা নখোয় অনীগী থৌজালদগী থৱায় মহাক্লসু কয়াদা হরাওজরিবা। পীকলিবা ইচাসে থাদোক্তুনদি চৎলরোই খল্লিমাল্লে।" তোন্দোনবা মচেদগী করিগুম্বা ৱাহৈ অমত্তা তাবা ফংদরি। মচেনা হায়রকপদো তানীংই। অদুবু তোন্দোনবা তশেংনা মচেদা পেনদে।

"ইচে নঙসে য়াম্না শাউনীংই। চেঙ লৈত্রবসু য়ূমদা লাক্লগা হংলবা য়াদ্রা? য়ূমদুদা নঙগীসু হক য়াওরি, ঐসিবু নঙগী ইরেমখাক নত্তব্রা? করিগীনো নঙনা লম্লানবা অমগুম, কনা লৈত্রবা তোল্ল-তারগুম হিংলিবা। হায়য়ু ইচে নঙ ঐবু নুংশিদব্রা?"

"ইচেগী তোন্দোনবা ইচেনা নঙবু নুংশিবদি চাংদমফম লৈতে ইচল ইপ্পাগী মরীদু ইচেনা কৈদৌনুংদা থতৎকে হায়নসু খনখিদে। ইচে লাক্লম্মী নোংমা, নুমিদাংৱাই অমদা। সুপ্লতংগী চারা অমখক্তা ওইরবসু হংলুগে খন্না। ঐ ঙমখিদে ইয়ূম্মক ওইরবসু তশেংনা ইকাই নুমিৎ অদো

অদুম্মক ফোঙদোক্লমদনা ৱাখলনা অমা খল পূক্নীংনা অমা হায় খোঙথাংনা অমা থাং হল্লকখিবনি। নুমীৎ অদুদগী ঙসি ফাওবা নচে ঐসে চাক্কী মশক উরক্ত্রিবনি তোন্দোনবা। ঙসি নখোয় অনীনা ইচেগী নাক্তা লাক্লমদ্রবদি মতুং তারকপদি নচে ঐগী থৱায়সে নখোয়গা থেংনরমদবসু য়াই। ঙসিদি নচে, নখোয়গী থৌজালদগী শিদি শিররোইকো। ঐগী লাইবকসে কয়াদা ফত্ত্রবা।”

পুর্নিমা থম্মোয়নুংগী ৱারীশিংদু হায়না-হায়না পিগা চামিন্নরিবা চাক অদু লোইরক্লে। তোন্দোনবা ইনাওচা ঙশাইদগী মচেগা লোন ফাওনদরি মচেগী শীন্থরিবা পিদুগী অর্থ মখোয় খঙদে। মচেগী থম্মোয় নুংগী ৱারী মখোয় তাদে। তোন্দোনবসু কপ্পী ইনাওচাসু কপ্পী মচেসু কপ্পী। পুর্নিমা মৌপ্পা অনীদুদা হায়নীংবা ৱাসু কয়ানি, তমনীংবা মপাউসু কোঙ্গায়নি, অদুবু খোঞ্জেন থোকনা শান্ননীংবা ৱারীদুদি মপান থোক্লকউ য়াখিদে। মাগী খুত্ত্রবা খৌনাও অদুদা ৱারীদুনা ফুনজিন্দুনা লৈরে। তোন্দোনবা অমদি ইনাওচা মচেগী অৱাবা শক্তমদমক উই লোনদি ফাওনবা ঙমদরি।

পুর্নিমা মাগী অৱাবদু মৌপ্পা অনীনদি অঙাংনিনা মপুঙফানা খঙবা ঙমদে। ঙসিদি মৌপ্পা অনীনা কৃদগী শৎহৌরে অদুবু মপুরোইবনা হয়েং ফাওবা লাক্ত্রবদি অমুক কৃদা হীপকদৌরিব্রা হায়বগী ৱাখলদা ঈরাক্লবা হৌরকই। মপামসু খম থেংনা লৈজদবা ইমুংনি, অদুগীসু মথক্তা মপাসু নারি। পূন্নমকসি খল্লুরগা পুর্নিমা মপামদগী চারা অনীসুনা লৌরগা চাবদা য়োৎপা ঙমলোই। অদুমওইনমক মহাক চারা অমগী লাকফম লম্বী মীৎ-না উইশিন্দুনা য়েংলকপদা মপুরোইবা লাক্তনদি লম্বী লৈতে। কৈদৌঙৈ লাক্কনি খঙদরিবা তম্বা ঙমরিবা মপুরোইববু লাকহননীংবগী শোনবদা মৌপ্পা অনী অদুগা ৱারী শান্নগনি হায়বা ফাওবা মরক-মরক কাউই। মতম মাদি খামদুনা থম্বা য়াদবনিনা নুমিদাংৱাইরম য়ৌরকলে মদু ফাওবদা রোজেনদি লাকপা কৌবা লৈতরে।

অশোমদসু মপা নাদুনা লৈরীবনিনা মৌপ্পা অনীদু থেঙজিল্লকপদুদা চৎহনখ্রে। খঙহৌদে অহিংগী মতমনা য়ৌরকখিবা। অহিং অসিসু পুর্নিমা মমীৎ অনীদু উইশিল্লু হায়বা য়াদরে। "মহাকনা হয়েং ফাওবা লাক্ত্রবদি, ঐবু ঈ মতূমসিগা কমদৌবা? অসুম্না পুর্নিমা অৱাবা ঈপাক্তা অসুম-অসুম লুপথখিদুনা শ্বর অদু ফাওবা হোনফম খঙদবগুম তৌরকই। পুর্নিমা ৱাখলদো ৱাবা হেনমনখিবদগী হকচাং অদুসু ইচোক চোকথরক্তুনা ঙাইহাক্তুংদু ৱামনবদগী তূমথখিরম্মী। খঙদে তম্বা ঙমদে, পুর্নিমা মীকপ থোক্লকখিগদৌরীব্রা থোক্লকরোইদৌরীব্রা? তৌবগীদি মহাক অয়ুক্তু মবুক থন্নদি চাখি।○



লোইরবা